লাইরিক অসি ইবদা মতেং
লৌখিবা মৈতৈগী পুয়াশিং :—

১। মৈতৈ নিংথৌরোল লম্বুবা
২। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা
৩। খুমন নিংথৌরোল
৪। হৈজিং হৈরাও
৫। চায়নরোল
৬। পান্থোইবী খোঙ্গুল
৭। নুমিৎ কাপ্পা
৮। খোংচোংনুবী নোঙ্গারোল
৯। ফৌওইবী বারোল
১০। লুরাংলোন খোঙ্গুল
১১। পোইরৈতোন খুন্থোকপা
১২। চেংলৈরোল
১৩। চীংগোয়রোল
১৪। নোংমাইজিং চীঙ্গোল
১৫। তোরৈরোল লম্বুবা
১৬। নোংবান পোম্বী লুরাউবা
১৭। মোইরাং শৈশকলোন
১৮। কংলৈ লমথোন

অসিনচিংবা।।



কোংজবা :— অইবা মশানা ( শোক ১৯৮৮ )
ছাপা নক্ষাম :— সোল প্রেস, শিংজমৈ, ইম্ফাল

# হীরম লামায়

| হীরম | লামায় |
|---|---|

## অয়াংপল্লি

মৈদিংঙু য়ারবগী মজাইয়ুঙো অয়াংবনা খৃষ্টাব্দ ৮২১ দগী মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা নিংথৌগী য়াথংদগী মীয়াম্না থোনখিবা পল্লিনি হায়দুনা নিংথৌগী মমিং লৌরগা পল্লি অসিগী মমিংবু অয়াংপাল্লি থোনখি।

## অরোং

মরেম হাওনা চহী খুদিংগী মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাঙোইবা অমস্তুং খুমন নিংথৌ চিংখোং থোঙ্গাইবা নিংথৌ অনিদা চারিক লোই কাই। ওল্লকপা চহীদা মরেম হাওনা চারিক লোই কাবা লাকপদা মোইরাং নিংথৌনা নখোয়না লোই হাবা চারিকসি কৌয়ি পরেংস্তু মরিদা ওই হায়রুবদগী ওল্লকপা চহীদা মরেম হাওনা মোইরাংদতা নওনা খুমনদস্তু লোই কারক্লে। মসিদা শাউদুনা নিংথৌ অনিনা মখোয় মখোয়গী অকল অথোগা লোয়ননা হি তোংহনা মরেম হাওদা লান্দাবা চংলি। লান্দা মরেম হাওয়াস্তু মায়থীবা পীরম্লগা হল্লকপদা লুমিং তাখিহনা অহীং লেকপা তারবদা নিংথৌ অনিনা পোত্থানবা অহীং লেক্লবা শঙ অমা শাবদা শঙমায় অনি লোংখি। মদু উবদা লৈবাক অনিগী মীয়াম্না লাইজ ঈশিংনা ঈমায় অনি লোংবনে, শঙনা শঙমায় অনি লোংবনে, মফম অসি অরোঙবগী অরোঙবা ঙাক্তা ঙায়রে অরোং হায়বদু মওইরে ঙাঙনবদগী অরোং কৌনখি।

## ইকোপ

খুমন নিংথৌ চিংখোং থোঙ্গাইবগী ঙাংবা পামহৈবগা, ছুইতৌ য়েনকাবগী মানবি চিংজারোই কৌবা মতিক মথৌনা লৈরবা অথাকপা কাওরেল অনি অসি নোংমদি লাইগী নোং-দমদগী লৈবাক অনিগী মীয়াম মমাঙদা চিয়েননা রায়নরম্মী। কাওরেন অনি রায়নরমদাইদা খুমাং খোংতুনা মচী ফেংদ্রনা লাউ খোংনরম্লগা খঙহৌদনা চেনশিন্নদ্রনা মচী অনি অদ্র কন্না থেংনবদা চীরেল নোংথাং কুপ্নগি। ঙাঙবা পাম-হৈবগী মচীনা হাইবদা মানবি চিংজারোইগী মচী কোপখি। মদ্র উবদা খুমন মীয়াম্না হরাওদ্রনা খুবাক খুনা নোকখি। ওন্থোকপা মতৌ হায়বদ্রনি, কাওরেল অনি চীয়েনবদবু মচী কোপ্পা অসিদি ইলম লমলেন অসিনা ওইবা তাই, লমলেন ফেল চীকোপ হায়বদ্র ওইরে ঙাঙনবনগী মকম অদ্র **ইকোপ** কৌনখি।

## ইকৌ

মথংলেন চীংশোং নিন্দুম নিত্রাঙ্গনা পোইরৈ তমদা কুমথিববু নুমিৎ তাশিল্লক্রবা ফাওনা হল্লক্রবদা অবুংগী মচল থেম্বীনা মমুমদা লৈথোকপা ঙম্লক্রুনা নুংশা খীবগা লোয়ননা মথংলেন মমান মচাবু কৌর কৌরদুনা চেল্লকই হায়বগী মকম অদ্র **ইকৌ** কৌনখি।

## ইচাই

পেম্বীনা মশাবি চীংশো· নিন্দুম নিদ্রাম্বৰু কৌৰ কৌৰ-দ্ৰুনা চেল্লকপগী ৰাখিবনা মশা পূম্বা হুমা·না ইচাই চাইনা চোংলম্মী ' মশাদা চোংলিবা অচাইবা হুমাংদ্ৰু খিনা লাম-দ্ৰুবা তৈথোকখি হায়বগী মফম অদ্ৰু ইচাই কৌনখি।

## ইথোই

পোইরৈ তমদা কুমখিবা মশাবিনা হল্লকনি হায়রম্বা নুমিৎ মশীং থোইবে (হেল্লে) হায়না পেম্বীনা চেলনা চেলনা শোল্লম্মী হায়বগী মফম অদ্ৰু ইথোই কৌনখি।

## ইহাং

পোইরৈ তমদা কুমখিবা মশাবিনা হায়রম্বা মতম হেল্লবা ফাওবদা হল্লকখিগনি খন্দুনা লৈজরিবী পেম্বীদ্ৰু মশাবিনা মহল্লক্ত্ৰবদা মথৱায় ৰাৱদ্ৰুনা মমুমদা লৈবা ঙমদ্রে। লম্বীদা চংনা চংনা ঐদি ইতোমদা ঙাইরে কনামগা লৈদে হা·লেদকো হায়না কপ্পা কপ্পা শোল্লম্মী হায়বদগী মফম অদ্ৰু ইহাং কৌনখি।

## ইঙেলচীং

মশাবি ঙাওকুরোইনাই অতান শোইশেনবা তকক্পা ফায়নখিবা মফম অহুদা নুরাং চনু খো·চো·গ্নবী মতা তকক্পা ঙাইবমু লাক্কদবা মতম হেল্লবা ফাওবা লাকখিনি খন্দুনা

কম্নগা ঙায়রম্বদগী হৌগংতুনা মশাবি তরুক্না লাক্কদবা মায়কৈদা ওন্দুনা লমদম তাম্না মুন্না য়েংলম্মী হায়বগী মক্মদ্ লময়েংচীং হায়নবহ্ মমৈথংদা ইঙ্গেলচাং কৌনখি।

## ইতম

নোংমা থুম্নুরোং অয়াংবনা য়াওরৌ শাদানবা চংলমদাইদা মোমনু তালোয় নাছুই নারাংবম চন্নু য়েংলগা "শানৌ ইনেম্মচাও! ঙসি নশাবি ঐনা য়াওরৌ শাতানবা চংপসি শা কংদ্রবদি অহৌং লেক্কুনা শা ঙানবা হোংনরক্কে। ঐগী ইতুংদা নহাক শুমাংদগী হেন্দোক্কনু য়ুমদা মোইথাপ নাইহুনা লেঙ-দনা লৈয়্। নতাগী য়ুমদা কোয়গনু, কৈরোয় লৈকায় লাম্না মৈ লৌকগনু" হায়রগা তরা চয়োম নমদাপো মখুংস্তু তা পায়হুনা শাদানবা চংখি। মথংলেম্না চংথ্রবদা ঙাখাবম নিঙোল মেলিবা হঞ্জবী লাক্কুনা খোয়নৌ ইতা নহাক্না শুমাং কাওবা থোক্কনা লৈরিবসি ওম্নোক্না নথংলেনবু নুংশিখ্রবোই নোক-নবিরে। 'খোয়নৌ ইতাও! ঐনা মপাল থোক্কবদি শা কৈনা শোক্কনি খরাই থোঙ্গাল লানগনু হায়রমবদগী থোক্ক-বনি' থুম্বু মেলিবা হঞ্জবীনা ইশি শিনা নোক্কুনা করেম্নবিরে। 'অপঙবী! য়াওরৌ শাদানবা চংপদস্ু তরা চয়োম পুহুনা অহৌং লেকপা হৌনব্রা? নশাবিদি শাদানবা চংপা নত্তে, চেংলৌ শবহেনবী চকপা থোংখোং লৈহৌনুবীগা হৈরাং লোনচংনবা তাউজিং লোনহাইনবা লৈবনি, মদ্গী চংপনি'

হায়রক্নবদা নাছুই নারাংবম চন্নুদো ইকায়বনা বা ঙাঙদনা মরু লুক্নুনা লৈখি ইত্তা কান্নদে ঐখোয়স্তু লোং পুরগা লেমলৈ ঙা ফাবা শাদ্‌না নশাবিগী খোঙ্গুল লীরুসি হায়নহ্নুনা মখোয় অনিদ্‌ লোং লুদা থোংলগা লাকপদা অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা মকোক্তা কুপলিবা লোংহু ওনথদ্‌না ঈশিংদা লুপত্ত্রে। ঈশিংদা তাখিবা লোংদ্‌ মখোয় অনিনা খুনগংকদবগী হোংন-রিংঙদা নোংবান থুমুরোং অয়াংবনা হল্লকপদা থেংনরে। য়োইবু-নাই ইনেম্মচা নঙবু শুমাং হেন্দোকনু পাওমেন্নরম্নগা মফম অসিদা লৈরমলিবা করিগীনো হায়না শাউরব্নবদা নারাংবম চন্নুদো কিবনা মশা থক থক নিকলে। থংলেন ইবুংঙো শাউ-বিগনু। ইশাবি নয়াথং মতুং ইন্না মাঙ্গোন্দা মোইথাপ নাইদ্‌না লৈজববু হঙা লুরাং মেলিবা হঙবীনা থংলেন নঙবু চেংলৌ শকহেনবী চকপা থোংখোং লৈচৌনুবীগীদা অহীং য়ারেকপা চংপা ওইরিনি চংতুনা য়েংলুসি হায়না হোরবদগী লোং লুদা থোংদ্‌না লাকপদা খংহৌদনা অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা হুমদ্‌না লোংহু ঈশিং ঈয়াইদা তাপে। মশানৌগী রাদ্‌ তাবদা থুমুরোং অয়াংবা শাউবা য়াদদ্‌না মপুংস্তু তানা ঈশিং ঈয়াইদ্‌ কয়া য়াম্না লুবগে অরু অথেন তমদ্‌না য়েংলম্মী হায়বগী মফম অদ্‌ হতম কৌনখি ;



## ইথাই

লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্বীনা খোয়নৌ মতা তক্কা (চীমুং লৈমা চিংমিংনবী, হাইনু লৈমা হাইমিংনবী, লেমলৈ চারাক ঙাওইবী, নিংঙেল মুরাবী, তোইবী কোনমিন্নবী, অমসুং কোংলাংনু) লোয়ননা পোইরৈ মৈত্রবাক থাদোক্কুনা চৎলসি হায়না রাতাম্নবদু মায়কৈ ঙাকপা কৌব্রু, রাংব্রেন, মারজিং অমসুং পাংজীং লাই মরিনা তারদুনা মানা মানা পুবা মায়কৈদা হেন্দোক্কুনা চংহনগনুসি, মখোয় তরেৎনা চৎপ্রবদি পোইরৈ মৈত্রবাক অসি অরা-অনা তারগনি খন্নরদুনা মায়কৈ মরি শীনবা থুংনা ঙাক শেল্লম্মী। ফৌওইবীনা মতাশিংগা লোয়ননা কৌব্রু মায়কৈ পাংলকপদা কৌব্রুনা ঈয়ৈ তুরেলগী ঈশিং য়েখৎতুনা তুরেল পানা চেলহল্লবদা মতা তক্কি ঈরোইরগা ঈরান্দুনা চংখ্রে। ফৌওইবীদি ঈরানবা ঙমদদুনা ফৈয়েংদা মুমিং নিনি ক্ষাইরম্নগা মোইরাং লাইজি পাংনা লাকই। থারম পুরিবা থাংজীংগা মৈরম পুরিবা রাংব্রেনগা অনিনা রাতাররগা ফৌওইবীনা লাকপা মায়কৈদা চাংজো মাপা নাইদনা ঈশিংগী ঈপাক ওইহল্লে। পাল্লবা ঈশিং ঈপাক অদু উবদা ফৌওইবীনা ঙক্কুনা লৈরিঙৈদা রাংব্রেননা শজি ওন্দুনা ঈশিং ঈপাক্তা কুম্নগা ফৌওইবীগী মমাঙদা তুবং তুবং চেল্লি। ফৌওইবীনা শজিদা ঈশিং ঈপাক অসি কয়া য়াম্না লুবক্লে হংলল্লবদা মরৌ চাওবী লৌনমবী শজিনা অথেনবা ঈশিংদনা শুক্ক খুদক কুম্নগা মরেপ

থুমনিং থুমনিং য়ানা ঈরাল্লি। অদ্গা অরুবা ঈশিংদনা ভাউরগা ঈরোইদ্না ঈরাল্লি। মদু উবদা ফৌওইবীনা ঈরানবা কিরদ্না কোঙ্গেংনা হি ওই, কৌদ্রাংকোন কৌবা নাপীনা নৌ ওই, চেক্লা শেম্বাংনা হিনাউ শারগা ঈপাক্লু ঈরানবদগী ঈয়াই ম্মৌরকপদা থাংজীংনা নোংলৈ নুংশিং ওইনা লাক্লগা হুম্বদা হি চেপ্পনা ফৌওইবী ঈশিং মনুংদা ঈরাক্লরে। মত্ত উবদা নাউশেক্লা কনগদবগী চেনশিল্লক্লখদা নাউশেক্কী মথাদা কোল্লগা য়ানা কংফাল তান্না কাখংখি! কংফাল ম্মৌরবদা ফৌওইবীনা হরাওদুনা "হা নাউশেক! নহাক্লা ঐগী থরায় কনবিবগী ভসিদগী নহাক্লা ঐগা ইতা শান্নরসি" হায়খি। ফৌওইবীনা কোনবগী নাউশেক্কী মথা শাবনি হায়নৈ। করম্না ফভবা লাইনা ঈশিং থৈজিনবনো হায়না ফৌওইবীনা তেংথা নাউ-রোইননা মিকপখি হায়দুনা ইথৈ হায়নবদগী ঈমথংদা মফম অদু ইথাই কৌনখি।

## ইথাই পুনমচৌং

লুয়াং নিংথৌ লাম্মৌ লাঙবনা হৈরেম কাংহম্ম পায়দুনা, য়াংহনবা অমম্লুং য়াংথুবা কৌবা মচানুপা অনি পোক্লম্মী। মনাও য়াংথুবদু অতোল অতানি খম্মুনা মমা মপানা লুনা চায়া তৌবদু উবদা ময়াম্বা য়াংহনবা মথরায় লুংঙাইরমদে। মপানা শিয়মদাইদা লল-থুম পীবদা মভনা লুয়াংগী নিংথৌ পুডম কাওবা পীররমগদ্রা মপুক্লিংদা চিংনবদগী মনাও য়াংথুবগী

মাঙনবা মতম পুন্নমক্তা খল্লম্মী। অদুবু য়াংখুবনদি ময়াম্ববু য়াম্না নাঁংই, ময়াম্বনা হায়বা রাফম অমত্তা হিক্তোক্তো নোংমদি য়াংহনবনা মনাও য়াংখুববু মপা খঙহন্দনা উচেক মরুম লোকলুসি হায়না লোন্না হৌরগা অরাপ্পা উমং তান্না পুরম্মী। য়াংখুবদি ময়াম্বনা শিল্লিবা ফত্ত-খুজিল থৌরাং অহু খঙদবদগী উচেক মরুম লোক্লুবা রাংলবা উজাউ পাম্বী অমগী মতোল লোম্না কাথংলম্মী। য়াংখুবনা উতোন হেক য়ৌবগা কাকয়েন মীঙম্বা কোবা চাউরবা উচেক অহু পাইরকপনা হানদুনা মকোন্দগী মরুম লোকপা নংহৌদ্রে। কাকয়েন মীঙম্বনা শাউহনা নঙ হাংপা তারে হায়রক্লবদা য়াংখুবা কিহনা কপলক্লে। মতম অসিদা য়াংহনবদি ময়ুম তান্না চেনখ্রে, মমা মপানা মনাও উত্রা হংবদা খঙদে উদে থুমই। য়াংখুবনা কপ্না কপ্না ইয়াম্বাগী নঙগী নরুম লোকলুচো হায়বদগী ঐনা উতোন লোম্না কারকপনি ঐবু হাংপিগনু হায়রকপহু কাকয়েন মীঙম্বনা নুংশিরহনা মথরায় কনবিগে খল্লহনা উতোন্দগী কুমথরো হায়রকলে। ঐদি রাংলবা উতোন অসিদগী অমুক কুমথবা ঙমরোই হায়না মমা কৌহনা কপলকলে। কাকয়েন মীঙম্বনা কপকনু ঐ থাংদবিগে হায়রক্লবদা উচেক্লবু মী থাংদবা ঙমলোই খন্দুনা য়াংখুবনা খাদ্রে। ঐদি মী চেনবা ঙম্মী হায়বগী ঐগী ইমিংবু কাকয়েন মীঙম্বা নমু পোং চেনবা কৌরিবনি। অসি হায়রম্লগা কাকয়েন মীঙম্বনা উখাদা তারিবা চাউরবা মুংপাক অদুময়ানা চিকুমা উতোন লোম্না পুখংলকপদু উবদা

য়াংখুবদ্ থাজরে, মাবু থাংদবিরো হায়রকলে। কাকয়েন মীঙম্বনা য়াংখুববু উখাদা থাংদবিরগা মতুং মনাউদি নয়াম্বনা হায়বা ৱাফম অমত্তা ইল্লুনু মানা নঙবু হাংনবা তৌবনি হায়রম্লগা কাকয়েন মীঙম্বা পাইখি।

মতম খরা লৈরগা নোংমস্থ য়াংহনবনা মনাও য়াংখুবদা ঐখোয়বু পোকপা ইপা অসি অহল ওইরে শিগদবা মতম কুইশিল্লক্লে, ইচিল ইনাও কুয়া লোক্তা চংতুনা উজাউ অমা য়াল্লগা কু শাকুসি হায়রম্মী। মচিল মনাওনা কু শারে। কু শাবা লোইরবদা য়াংহনবনা শানৌতোন, পম্বোগী হকচাং চনগদ্রা চল্লোইদ্রা ইয়াম্বা য়েংগে, নঙ কু মন্নুংদা চংঙ্ হায়রক্লবদা য়াংখুবনা কাকয়েন মীঙম্বনা হায়খিবা ৱাফমদ্ থুদক্তা নীংশিংলক্ত্না ঐদি নহানি, পম্বোগা হকচাং চাউবা মাম্নবা ইয়াম্বনা কু মন্নুংদা চংবিয়ু, ননাউ য়েংজগে খুমলকই। মনাউগী অচুম্বা ৱাঙ্ক তাবদা মথা তাবা য়াদহনা চনবরা চন্দবরা মূম্না য়েংঙ্, হায়রম্লগা য়াংহনবনা কু মন্নুংদা হেক চঙখিবগা য়াং-খুবনা থুনা কূমায় য়ৈশিল্লে। মানা তৌগে খল্লম্বদ্ মনাওনা পাংথোক্লবদা হায়ফম তৌফম খঙদদ্না মনাও নুপাদা ইয়াম্বগী বাঁশী লৌরুরগা কু মন্নুংদা পীরকউ হায়রক্লে। য়াংখুবনা ময়ুমদগী বাঁশী লৌরুরগা পীরে। অদ্দগী কু অদু তুরেন্দা ইহবদা ঈচেলনা পুহনা তাউথরকলে। কু মন্নুংদা বাঁশী খোংল খোংলদ্না অশুম তাউথরকপনা ইথাই কাইরেম্বগী হিদেন তাকম য়ৌরহুনা শিংনাং তৌজা মরক্তা কু অদ্

য়্যেশিনন্দুনা লৈরে। নুমিৎ অদুগী অহৌং তাংলো অথেংবদা ইথাই কাইরেম্বগী মমোম লাইগলেম্বীগী মমঙদা য়াংহনবনা কু মন্নুংদা বাঁশী খোংলদুনা চাদ-থক্তনা য়াম্না রানা হিদেন তাকমদা লৈরিবদু উরে। নোং হেক ঙানবগা মরা লাইগলেম্বীনা চক্কু অমা পায়রগা ভূরেলগী হিদেন তাকমদা ঈশিং শোকপা কুম-লকপদা শিংনাং তৌজা মহক্তা য়্যেশিন্দুনা লৈরিবা কূ অদু চিংশিল্লগা কূগী অংহোবদা য়েংবদা মশক মতৌ চঙখোনবা য়াংহনবু উবদা নুরাগী থম্মোয় শুক্কাংথ্রবোই কুমায় হাংদোক্লগা য়াংহনববু মমা মপা খঙহন্দনা পুশিল্লক্কুনা মপাগী ফৌয়াম হাপ্পা কৈদা লোংতুনা থমখি। মুমিং খুদিংগী লাইগলেম্বীনা কৈ মন্নুংদা চান-থক্কুবা পুশিল্লগা মখোয় অনি চানিম্নৈ। অসুম্না মতম খরা লৈবগা লাইংলেম্বী ইবেম্মা হৈরাং মক্ক ভুনখিবা তাউজিং মমি তপ্লক্রে। মমোম লাইগলেম্বীনা পুবন্নুং ফিয়ানবা মঙং মতৌদু উবদা মপা ইথাই কাইরেম্বদু মপুক্কিংদা চিংনবা পোক্কুনা মমোমগী লমচৎ শাজৎ কুংা য়েংশিনবা হৌরগলে। নোংমা লাইগলেম্বীনা মশাবিনা চানবা চাক য়েনশাং য়েংম্লগা কৈ মন্নুংদা পুশিনখিবদু মপা কাই-রেম্বনা উহৌরদুনা মথুংতা থাঙশাং অমা পায়রগা কৈ তাম্না লাক্রে। মপা কাইরেম্বগী মংৌদু উবদা কৈ মন্নুংদা লোংলিবা য়াংহনবদি পৈম্না মইপ মরক্তা লোংতুনা লৈক্রে। কাইরেম্বনা কৈ মন্নুংদা চঙহুনা থিবদা ফংলক্কুবদা ফক্লাংদা ভাদুনা লৈহিবা পৈম্না মইপ ঔদদা নহকো পৈম্না ফকপা অসুম্না বক্কবদি,

নুংঙাইগ্রনিদকো হায়না মখুৎস্র থাঙশাং অদুনা পৈয়া মপৈদু হাইথংপদা য়াংকনবগী মঙক য়াংখ্রে। অদুদগী হৌনা মী অমা লোংপদা চঙবা পৈয়া মপৈ অদুবু পৈয়া মীহাং অমা কৌনখি।

মতুং মতম চাদনা মপুরোইবা য়াংকনবনা শিখিবগী নুংঙাইতবা মৈচাক্লা লাইগলেম্মী চাবা থকপা চঙদনা অঙাওবীগী মতৌগুম মচী মচীদা লেপ্তুনা বপসি কপঙমদা রানা থম্মোয় মৈচাক খাঙলকপা থাবুম বয়া হৌরে। হনখিবা হৈবা মরু-নদি ময়োল চোংদুনা পান্দোং খাঙিল্লক গোইদাম থাবুম তরা শুজিল্লরবদা লাইগলেম্মী ইবেম্মা ময়ুমদা নিংঙাইদনা লৈথোকপা য়াদদূনা মপাগী মকপ লোকখা হাওখা নিংথৌ য়েনরাইবগী মমোম মাগা খোয়নৌ মত্তা শান্নজবী রান্দংগু কৌহল্লগা লোন্না রাত্রাম্নদুনা লোইবী মংগী মশাইকোন্দা কোরৌ শিংবুম শরদং লৈরুনবা শাম্নরে। নুরা রান্দংনুনা মপা হথাই কাইরেম্বদা মত্তা লাইগলেম্মীহ্ কুমসিগী লোইবী হাওখা হয়াওবদা জগোয় শামিন্নরুগে খন্দুনা ইত্তান্ন চৌবা লাবচবনি হায়শিন্নরগা লাইগলেম্মীবু লোইবী মশাইকোন্দা পুখি। হাওখা নিংথৌগী মনাক য়েৌবা তন্দানিতুবা পুখিংগা লাইগলেম্মী ইবেম্মা মপাবি অমা থংজরে. মপাদিগী মমিং খোঙজল লৈলাইবা থোক্লে। মপাবি নাউরা. অপিশকপু মচা রুন্দুংনুদা শিন্নরম্নগা লাইগলেম্মী ময়ুমদা হল্লক্লে। মহুম য়েৌরগা মমাদা নম তাংবঙ মীশকস্র মান্দবা য়াওরৌ শাশকম্ম নজবা নাউরা অমা শিনা

কংলে হায়বা মমোমগী মীনম্বা রাহু থাজহুনা মমা মপা অনিদি হরাওজখি। লোইবী হাওধুন্দা মতা রান্দংন্নুনা য়োকখিবা মপারি খোঙ্গল তেলহৈবদি চহী তরামঙা শুরদুনা মপাঙ্গল শরেপ শারক্রবদা পুরক্লগা মতা লাইগলেম্বীদা শিন্নররে। লাইগলেম্বীগী মপারি খোঙ্গল তেলহৈববু উবদা ইথাই কাইরেম্বদি ইকায় মুংশি য়ান্নঙবোই মগু খোঙ্গল তেলহৈববু য়াইবী মথরায় লৌনবা রাখল তৌবা গৌখি। মপাগী মওং মতৌদ, উবদা লাইগলেম্বীনা মপারি খোঙ্গল তেলহৈববু চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা লৈখি।

নোংমা ইথাই কাইরেম্বনা মগু খোঙ্গল তেলহৈববু ঙা ফাক্লসি হোৎনা পুখি। মমা লাইগলেম্বীনা চংলমদাইদা মঙোন্দা লোম্না পুকমেন পাওমেন্নবা রাহু তাবদা খোঙ্গল তেলহৈবা মপুক্লিংদা চিংন চিংননা মপুগী মতুং ইনখি। ইথাইগী ঈরেল য়োরগা ইল হুনবদা ঈশিং মনুংদা পন্দবা ইলবু পন্নে হায়শিন্নহনা মগু তেলহৈবদা পল্লিবা ইলগী খোংজি লৌখোক-উচো থোদারে। মপুনা পল্লি হায়রিবা মকম অহুদা খোঙ্গল তেলহৈবনা ঈরুপগ্রগা অতোপ্পা মকমদা লোম্না কাউগত্তনা লৈরে। কাইরেম্বদি মগু তেলহৈবগী লৌশিংদ, খঙদবনা মানা লুপথখিবা মকম অহমক্তদা শিরসন্নু মতাঙুম মখুংতা পায়রিবা লোঙনা খিনবহ তেলহৈবনা লাপ্পা উহৌরে। মপু খঙহন্দনা মানা অমুক ঈরুপ্তনা লাক্লগা মনাক নক্লা কাওসংলকপদ, উবদা কাইরেম্বা য়ান্না শাউরে। ঈরুপ্পবু অদুয়া লুপ্পবদি কদায়দগী পল্লিবা ইলগী খোংজি লৌখোকপা য়াগদগে হায়রকপা মপুগী রাহু

ত্থাবদা ঐদি মহানিদা করম্না ঈরুপকদগে থঙদে, ইপুম্না অমুক্তা তাকপিম্বু, মতুংদা ঐ লুপচগে হায়রকলে তেলহৈবনা। কাইরেম্বনা মানা পায়রিবা লোঙতু মগু তেলহৈবদা শিন্নরম্লগা তংম্না লুপকদবনি হায়না ঈয়াইদা লুপথখি। কাইরেম্বনা ঈশিং মন্নু'দগী থাওগৎলকপন্থু উবদা তেলহৈবনা মখুংতা পায়রিবা লোঙনা থিন্দুনা মপুবু নমন্থনা হাংখি। মপু ইথাই কাইরেম্বগ লোঙনা নমদুনা হাংখিবা মফম অদু ইথাই পুনমচৌং কৌনখি।

## ইন্ফাল (য়ুমফাল)

নোংমা লুবাং গুরুনা লাইয়াম থুনদিন্নবা চংপদা লম্বীদা তিংথৌ মতোন্দা লিক্লাগুম্না লংনা ফজরবা অমা পকুনা লৈবদু উবদা মখুংতা নিকথবদা লিক্লা ওইরমত্রে য়াই ওইরম্রে। লুবাং গুরুনা য়াই অদু মচা পোক্তবী মাগী তরুকগুবা মুপ্পী পুয়াংবা চন্নু হাওশিয়াংদা শিন্নরম্মী। হাওশিয়াংনা য়াইমু শিনৌ লশিংনা য়োন্নগা চেকশিন্না তাবু মন্নুংদা থমখি। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা য়াই থমলিবা তাবু মন্নুংদগী অঙাংনা কপ্পগী খোঞ্জেল তাকুনা হাংদোকুনা য়েংবদা মশক মতৌ ফজরবী মথোয় অমা ফংজরে। লাইগী নোংদমদগী লিক্লা য়াইওইবনা ওনবা মহোমনি হায়বগী লিক্লাবীচা নোংদম্নু মমিং থোক্লে। নোংদংমু নোংম-নোংমগী চাউশিল্লকুনা লৈশাবী কারকুনা ফজরকপা পাঙ্গ অসি পুরৈরোম্বনা তাক্কুনা য়েংবা লাকপদা মপুক্লিং থোরদাম্লরো

।মপা লুরাং গুরু খগুচন্দনা তালোয় শীংদা চল্লে। অসুম্না মতম খরা লৈরগা মমোমগী পুকনুং ফিয়ানবা হৈরাং মমি তস্কম ।মওং মতৌদ্ উবদা লুরাং গুরুনা শাউহুনা মথুংতা ঈশিং পায়রগা ইমোঙ্মু মপুক্লিং নৌহন্দ্না হৈরাং লোনচংনবা ভাউজিং লোনহাইনবা নহাক নমু তাইবং মী ওইরবস্ন খোমুম লাই ওইরবস্মু ঐগী ইমাংদা থোরক্লবদি থুংতা পায়রিবা ঈশিং অম্বিনা চাইদ্না উং ওলহনগনি হায়রক্লদা লোংপম্ন য়াদদ্না পুরৈলোম্বা থোরবলে! পুরৈলোম্বা উবদা লুরাং গুরুনা মকোক নোম্না, খুরুম্নগা গুরুনা থৌজানবিদ্না ননাই ওইরিবী ইমোম অসে পলেম মমা হাওশিংয়াংগী নাক্তা থম্বিয়ু হায়জখি। লুরাং গুরুগী য়াহ্ব তাবদা পুরৈলোম্বনা পেনবিগনা নহাক চহী ৫০০ পুনসিরো হায়রম্নগা ইনখি।

লোইদাম থাবুম তরা মপুং ফারহনা লিক্লাবীচা নোংদংনু মপারি অমা কংজরে। মপা লুরাং গুরুগী তৌবা ঙস্না মতিক মথৌনাদ্ য়েংনিংহ্না লিক্লাবীচা নোংদংমুনা মাঙ্গোনদা নাউস্নুম অমা শেম্নগা মপারিদি গুমদনা ইমুংদা লৈরিবা মপাবু কৌরগা "ইপা ইবুঙো! নমোম লাইজ ঈশিং শোকলুখিগে, মাঙ্গোন্দা গুমলিবা পারি নাউরা অসি পম্বৌনা য়েংবিরমু" হায়রম্নগা চংখি। ইমুংদ লৈরিবা লুরাং গুরু পুনশিবনা অঙাংগী মথোল মরা তাদবদা চিংনদ্না মপান্দা থোরক্লগা য়েংবদা নাউগুমকমদা অঙাং লৈরমম্রে। মদ্ উবদা লুরাং গুরুনা খুংশোথীহ্না মমোয়া হল্লক্তিংঙদা মকৈথাকী ভুয়ৈ তারগা মাঙখিবা

অঙাং অদ্গা মশক চপ মান্নবা অঙাং অমা শারগা নাউস্থম মথক্তা হিপহল্লে। ঙহাক লৈরগী লিক্তাবীচা নোংদংম্মুনা য়েনখাদা লোম্না চঙক্লগা মপাদা অঙাং কদায়দা লৈবগে হংলকলে। মপানা নপারি নাউরা অপিশক অদ্ মাঙ্গোম্দা হিপতুনা লৈরিবনি খুম্নকপা মপাগী রাত তাবদা নোংদংম্মুনা য়েংবদা মনঙ্গন্দা পোরিবা অঙাং অঙ্গগা মশক চপ মান্নবা অঙাং অমা হিগুনা লৈরম্বদ্ উবদা ঙকলে। মপাগী তোৱা ঙস্না মতিক মঙনদ্ উবদা কিরম্বনা মপাগী নাক্তা চঙশিল্লগা খুরুমদনা 'ইপা ইবুঙো, নমোমগী ইরাল ঙাকপিম্ম হায়রকলে। মমোমগী য়াদ্ তাবদা লুরাং গুরুনা খঙলদনা মোমোন নোক্তনা ইমোমগী নরাইবক্তা নপারি অনি ফংজো তমখিবননি। ইপানা শাবা অঙাং অসিনা ফমমেন্দা গুস্না হানবনিনা নপারিগী মমিংবু মন্দোল অহল কৌরো, ননঙ্গন্দা পোরিবা অঙাং অদ্না খোমদোম অতোনবা কৌরো হায়না লুরাং গুরুনা মপারি অনিগী মমিং থোনখিখি।

মন্দোল অহল খোমদোন অতোম্বা মচিল মনাওনা লুরাং 'গুরুদা মপানি খনম্বনা পম্মো কৌবদ্ মযাম্নবশিংনা নোক্তরম্মী। মযামবশিংনা নোক-খেদ্না করেম্নবা অদ্দা মথরার সুংঙাই-'তদ্না মখোয়বু প্তোকপা অশেঙবা মপাগী মমিং লৈকম হংলক্লবদা লোংপা য়াদদ্না মপাগী মমিং লৈকম তাকপিখি। মচিল মনাওনা মপাগী খোঙ্গুল লীরকপদ্ উবদা পুৰিরলোম্বনা অঙাং অনিসি য়াওরবদি কোরৌ নোঙ্গানবা য়ারোই খল্লদ্না

হুংবদা খুদ্দা যাদনবা নরোল খোক্লনবা লৈওন পাংতা কুব্লগা ইরোইগুম্বা লৈওনবদগী মলৈ লোমদ্রনা বা ডাওবা য়াদ্রে। মচিল মনাওনা লাক্লগা মপাদা খুক্লমদ্রনা হংবদা পুরৈলোম্বনা য়াদি ডাওদনা মমিংতা য়েংদ্রনা লৈবদু উবদা শাউদুনা মচিল মনাওনা উলৈরোম মাশানা কুবদা মরোল খোকলে, মখোয় অনি এগী ইচানি হায়রে। পুরৈলোম্বনা মচানুপা অনিদা নখোয় অনিদি নমাগী নাক্তা লৈয়ু ইপা মতম খরদং কোরো নোঙ্গানরুখিগে হায়রম্লগা কোরৌ নোঙ্গানরকপদা তাইবঙ মালেমবু শেম্বিরিবা খৌদ্র নুংপাক থক্তা ফমলিবা গুরুনা উরদ্রনা কোরৌ নোঙ্গাবা য়াত্রি মতম বাংলি হায়দ্রনা থিংলে। গুরুগী লুংকালদি য়ুম-গুম্বা লেওদনা লৈ হায়বগী মকম অদ্রবু য়ুমফাল হায়নবদগী মমৈথংদা ইম্ফাল কৌনখি।

## উচিবা

হুইদাও কোংদেল লকাবীচানা উক্তোং হোংগে খুম্বুম্বা নোংমা উমুম ডারোবী কোখা উ অদ্র য়াম্লগা মারেং হুংতুনা নারেংদা খোরি থাংলগা তুরেল লাম্না চিংলকপদা খোরি তংতুনা লাইজ ঈরোনহুংদা লুপখি। হুইদাও কোংদেল লকাবীচানা মমাই শুমন লাইস্তু চাউবদা লাইজ ঈরোনহুংদা ঈরুম্লগা মারেং পুম্নু থোদাবন্ন লাইস্তু চাউবনা মথুংতা পায়খিবা চৈ-ঙদ্র লৈরাইদা খুংশিন্নগা মারেং পুনশদকপী খোরি পুদ্রনা লাইজ ঈরোনহুংদা ঈরুপখিবনু মুমিং তাম্না লাওবা কাউঁমংলক্লে।

মীয়ামা ঈরোনন্নুংদা ঈরুপ্তুনা থিবস্থু কংদ্রবদা নোংঙাল্লগা উটি ওইনা ফাওগংলক্কুনা লৈরাইদা থুংলিবা চৈস্থদা তোংলৈ। মানা তোংবদগী চৈস্থ অদু রানৌ চোংখংলক্কুনা রা ওইনা হৌরে। উচি তোংবদগী চৈস্থনা রা ওইনা হৌখি। হায়বগী মফম অদু উচিরা কৌনখি।

## ওকস্থ

হাওকুরোইনাই অতান শোইশেনবা চহুই চাকরানবা মখোয় তরুক্লা ঙা ফাহনা লৈরিঙৈদা লুরাং চম্থ খোংচেংস্থবী মতা তরুক্লা ঙা লৌবা লাকই। নোংমদি মশানৌ মনেম্মচা তরুক্লা লেমলৈ ঙায়াম ফারম্মু লৌরগে হায়নবা ম্নুমিং অদুদা লাকদ্রা খন্দুনা ঙাইববু লাক্কবদা শোইশেনবা মখোয় তরুক্লা মশানৌশিংদু ওকদবগী লাকপদু লম্বী শোইনদুনা ওকদ্রবদা মথরায় নুংঙাইতনা ওকদ্রে শোল্লম্মী হায়বগী মফম অদু ওকস্থ কৌনখি

## কংলা

লাইজ ঈশিং ঈপাক্লা মালেম পুম্বা লুপপ্রবদা মালেম, ময়োল ওইরিবা পুংময়োল্দি রাংবনা হান্না ঈশিং কংখি। মালেম পুংময়োলনা হান্না লাইজ ঈশিং কংই হায়বগী কংলা পুং ময়োল কৌনখি।

## কোংবা

ঙাঙোই য়োইমোংবনা মনাও তাউখিংমাংগা লোয়ননা হি ভোংহনা কাকয়েন মীঙম্বা হাংপা লাকপদা লমখাংদা

লৈমরেল থেংনুদনা মচিল মনাওনা কাবয়েন মীওম্বা হাংকে থল্লবদি থাঙ অথৌবা তেল অতুম্বা শারগা হাংলু নত্রবদি হাংপা ওমলোই তাকপিরে। থাঙ তেল শানবা য়োংতি কন্নায়দগী লৌকুগদগে হংলক্লবদা বাংথে ওকথিয়ামদা য়োংতেক থাঙতেক লৈবনি, মদু লৌরগা শাগদবনি হায়রম্লগা লৈমরেলদি মাঙথোকক্রে। য়োইমোংবা তাভাথিংমাং মচিল মনাওনা হনপ্রগা পুগা অমা চুপ্লা হিন্নুংদা চাকয়াম পেদুনা চাক পুগহল্লে! মচিল মনাওনা অপুম্বা চাক পিক থম্না য়াওবা হিচু হোল্দুনা লাক্লগা থাদুনা লোইবী হাওয়ামদা ওসি অহীং অসিদদি নখোয়গী খুলদা লেকখিগে. হয়েং নোং ওাল্লগা কাকয়েন মীচম্বা হাংপা চংকদবনি হায়রবদা লোইবী হাওয়ামস্থু য়ারে। অহীং তুমলিৈড্রেদা হিদা য়াওরিবা চাকয়াম অসি নখোয়গী ওক য়েম্না চাথোকখিদনবা ওককোন য়েনকোন মথোঙ চেকশিন্না লোনশিন্দুনা থম্মু হায়রবদা লোইবী হাওয়াম্না মখোয় মখোয়গী ওক-য়েন ফাজিল্লগা ওককোল য়েনকোল পুম্নমক মথোঙ লোনশিনখি। লোইবী হাওয়াম্না তুমগ্রবা অহীং তাংলো অথেংবদা মচিল মনাওনা লোম্না চংলগা ওককোল য়েনকোল পুম্নমক্কী মথোঙ হাংতোক্লগা হিদা য়াওবা অপুম্বা চাকয়ামচু শীজথোকলে। নোংঙাল্লগা মখোয় মখোয়গী ওককোল য়েনকোন্দা ওক-য়েন অমত্তা লৈরমত্রবদা হাওয়াম্না মুংশাথীনা চেলংলচুনা য়েংবদা চাক হিপোং অদু লোইনা চাথোকলমলে। লোইবী হাওয়াম্না মচিল মনাওদা চাক হিপোং অসিগী মহুংতু

সনা-লুপা ওইনা শিংগে হায়জবসু মচিল মনাওনা সনা লুপাদি পামদে, নখোয়না শিংগে খঙলগা নখোয়গী নমুম নয়ুমদা লৈরিবা য়োংতেক থাঙতেক অদু ওইনা শিংঙু হায়রকলে। ওক য়েম্মা চাক চাথোকলুবগী ৱাংথৈ একথিয়াম খুলনা মখোয়গী মরিবা য়োংতেক থাঙতেক পুম্নমকপু কোংই হায়বগী মফম অদু কোংবা কৌনখি।

## কাংদাবী

পাম্হোইবীনা মশাবি লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীং-শোম্বা ( নোংপোক নিংথৌ বু উননিংবগী ইল চিংথুনা ঙা ফারিবৈদা নোং চূরক্লুনা মানা শেংলি-ইল্লিবা মফি মরোলদু পুমচোং চোংলে। নুংশা শারকপদা মফি-মবোলদু শুমদোক-লগা ফৌরিবৈদা তোকপা অমগা শঙাই অমগা লাক্লুনা মানা লৈরিবা মফম অদু কোয়রম্লগা হনখি। ঙাহাক লৈরগা নোংপোক নিংথৌনা তাংখুল শাদুনা লাকপদু উবদা পাংহোইবী ইকায়দুনা লেপলম্বদগী কমথরগা "অঙৌবা ইশাবি-ও! তমফা থৈনা অদুক কুইনা ঙায়জবদি লাকপিদগা চৈর ফিজোল কংক্রিবৈদা লাকপিবা অসিদি ওখোক্লা ইকায়জথ্রেদা" হায়-রক্লবদা "শানৌ তমফা ৱাঙমলোন! চৈর ফিনা কংদবগী তোবনি, করিগী ইকায়রুদগে। চৈর ফিবু কংদব লমলেন অসি কংদা কৌসি হায়রকপা নোংপোক নিংথৌগী ৱাদুদগী মফম অদু কাংদাবী কৌনখি।

## ককচিং

পৌবান ইরুমলাই কৌবা মকোক অনি লোঙবা মঙম অমত্তা পানবা লাইরেন অদুনা সুমিং পুদিংগী রাইথৌ খমপুং, চীংখম চাউপোক, মুংলৌ ঙাংলৌ লান্না চাক্লাই। নোংমদি লাই-রেন মকোক অমনা ঙাংলৌ লান্না চাক্লারগা অতোপ্পা মকোক অদুনা চোইজিংদা চাক্লাদনা ঙানবা তেকচা পাম্বনা থুমলিবা লূদা চঙবা ঙা অদু ফাদনা চাথোকই। ঙানবা তেকচা পাম্বনা লূ কাইবা লাকপদা লূ মন্নুংদা চঙবা ঙা ফাদনা চারিবা লাইরেন মকোক অদু মথুংতা পায়রিবা থাঙলেন মথুংস্তুনা চিংনদনা লাইরেন মকোক অদু ককথংলি হায়বগী মফম অদু ককচিং কৌনখি।

## ককয়াই ( ককময়াই )

লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্বীনা খোয়নৌ মতা তরুক্কা লোয়ননা নোংপোক মায়কৈ লমলেম রাযরং কারন লম্বুবা ( খাই মূংজেং পিবগী মকুবোকনা লৈবা ) লমদা লৈরুসি ঙাঙনহনা লাক্লম্মী। খোয়নৌ মতা তরুক্কা পায়রিবা রাগী চৈস্নুগা ফৌওইবীনা পায়রিবা চৈস্নুগা মতাং কনানা শাংবগে-মেংনবদা ফৌওইবীগী চৈস্নুনা মতাং অমা হেল্লে। অহেনবা মতাং অসি ককথংতুনা ঐখোয়না পায়রিবা চৈস্নু অসিগা শাংবা মায়হনসি ঙাঙনহনা অহেনবা চৈস্নু মতাং অদু ককখিবগী মফম অদু ককময়াই হায়নবদগী মমৈথংদা ককয়াই কৌনখি।

## ককবা

নিংথৌ লাইতোং পুরাংস্নগা থুমন পুম্নাংবা পুরুমস্নগা অনিনা তা চাইনবদা লাইতোং পুরাংস্ননা হুনবা তাদি পুরুমস্নদদি পান্দনা লৈপাক্লা যুংদুনা তোকলে। পুম্নাংবা পুরুমস্ননা তা হুনবদদি লাইতোং পুরাংস্নগী মথুক কাওনা লেংলে। হায়নখিবা রাকম মতুং ইন্না পুরুমস্ননা লাইতোং পুরাংস্নগী মথুক ককখি হায়বগী মকম অদু ককবা কৌনখি।

## কাকৈখেল

মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী মঙাইবুতো থুই নিঙোমবনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা শা-লান পাম্বদগী লাইরেম্বীব ঈরাং থৌনিখি। মেরা থাগী তরানি পানথা লাইরেম্বীগী ঈরাংপা লোইবা মুমিংতা লৈবাকী অখঙ-অহৈ মাইকৌ মাইবশিংগা তান্নরগা কাক তান্নি। অখঙ-অহৈ মাইকৌশিংনা তাকপা মতুং ইন্না লেপ্পা মকম কাক তানবদা মকম অদুদা মীয়াম্না তিস্নুনা কৈখেল চাউনা কাদুনা কাক তানবগী কুইম অদু য়েংনখি। মুমিং অদুদগী হৌনা কাক তানবা লোইরবা কাওবা লেপ্পনা কৈখেল কাবা হৌখি। কাক তানবদা কাখিবা কৈখেল হায়বগী মকম অদু কাকৈখেল কৌরখি।

## করাম

মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংগু থৌরান থাবনা খুমন নিংথৌ পুক্সিবগা নিংথৌ অনিনা শামুরৌগীদি মথক রাংজিংগীনা মখাদা লৈবা লম অসি মৃন্নবদা মৈতৈনা চঙমগনা লৈরে। ওন্নকপা চহীদা লম ওন্দুনা য়েংনবদা খুমনগী লম ওইরমলে। খুমনগী লমবু মৈতৈ নিংথৌনা লম করাম্নদগী লৌখিবা লমনি হায়বগী মকম অদু করাম কৌনখি।

## কাইনা

লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চৌংথৈরাকপনা মপারি পুরাবা মমোম পুরিবী অনিগী মতিক মথৌনা তেংবা ঙম্না য়েংগে থল্লদুনা মপারি মমোমবু কৌশিল্লগা পারি ইদুদো পুরাবা নহাক্না ঙম্না নতিক নথৌনানা লাংবল উয়ুংখোক তোঙন্না অসি নিংশা শোরনা কাম্নগা দুনেকউ হায়রবনা মপারি পুরাবনা মানা হেক ঙম্নমখৈ শোরনা কাম্নবু উযংখোক থুদেকপা ঙমদে। মমোম পুরিবীদনা থৌদু নুং অমা পায়গা মসি থুগায়দু হায়রবদা মমোম পুরিবীনা মানা হেক ঙম্নমখৈ শোরনা কামদুনা থুগায়রে। মদু উবদা কাইনৌ চৌংথৈরাকপা মপানা পুরিবী নঙদি অঁগী অশেংবা ইমোমনি, পুরাবা নঙদি ইপারিনি হায়নিংদে নতিক নথৌনা লৈতে হায়দুনা মমুমদগী হাংদোকপিরে। মপানা তাংখোকখিবদগী পুরাবদি মপাগী নাক্তা লৈবা ঙমদদুনা মমুমদগী থোরকপদা মচেম পুরিবীনা ইদুনা

তাম্মরকই। ইহুনিংথৌ লংমাই পুরাবও! নহাক্না করিমত্তা চাদ-থক্কনা চংনিবদ্ ইচেম পাছেন্দনা লৈংথৈবা চম্মোইদৌরে। ইচেম্মা থোংবা তরা চাক চান্দ্রবশ লনখাংদা চানবা চেং লাপ-খিগে হায়না মপা থম্ভহন্দনা লোম্মা চেং মচং থরা ১ফিদা খোম্থিরে। লংমাই পুরাবনা মচেম্মা পীরকপা চেং অদু পুরগা লাথাই কান্দোং চীংমায় কাখংলকপদা নাম্বুদুনা চেং হৈদোক্লে। তুবগী অনা চৈনখোল পাঙলিহৈদা শৈপাক্লা তাবা চেং অদু লময়েন্না খুন্দুনা চাথোকখ্রে। লংমাই পুরাবনা মচেমগী নাক্না অমুক হন্না লাক্লগা ইচেম্মা পীবা চেং অদুদি নাম্বুত্তনা হৈদোকপদগী লময়েন্না খুন্দুনা চাথোকখ্রে হায়বরুবদা মচেম্মা ইহুনিংথৌ লময়েন অদু কাও হায়দুনা চেংগা লংগা পীরে। লংমাই পুরাবনা লাক্লগা মাগী ভুকমদা চেং হৈদোক্লুনা লাং থাকপদা লময়েন অদু কাবে' লময়েন অদু মপুংনা পায়রগা নঙগী নংথাঙ অনিগা নংনাক্ন ঐগীনি, অরেপ্পা নশা অসিনা ইচেম পুরিবীদা লংগা হায়রক্লবদা লময়েন্না শাউগনু লংমাই পুরাবা! ঐবু কাংথোক্লগা বরি কানগনি। ঐনা অমুক খোংবদা নমুম নৈকে শাবিগে, তাংলোয় থিবিগে। ঐনা অমুক হন্না খোংবদনা নয়ম থলগোন থলহনগে, কাইরে য়েনগোন থলহনগে, নরল নথুম পীবিগে। অদুম্না ডাঙনহনা লময়েন অদু হাংতনা পূহনা লাকলে। লময়েন অতনা খোংল খোং-লহনা লংমাই পুরাবগী মহুম মকৈ শাবিরে, মরল মপুম পীবিরে, অরাং-অপা লৈতনা মরাং কাইনা লাথাই কান্দোংচীংদা

পানখি হায়বগী মফম অদু কাইনা লাখাই ফান্দোংচীং (কাইনা) কৌনখি।

## কাইরং

মৈদিংঙু উরা কোম্বোবগী মজাইবুঙো নাওথিংখোংনা পুমস্নমো চিংয়াইনু লংমাই নিংথৌ চনু পেতঙা লিকলু লৌথিবী, কৈরুহাংবী, নম্বনচাউবী, শাংখু লমহু লৌহোংবী, খোইরুম লাংমৈ চনু, নিংথৌ কুরাউবা চনু লৈমা লৈখোং তেনবী, নোংবান শরি শোম্বী, অমস্থং ইরেং কোনদবী হায়রিবী মুপী মাপল অসি লৌগনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। তরেংশুবা তালোয় নিংথৌ কুরাউবা চনু লৈমা লৈখোং তেনবীনা মপাগী নাক্তা চংলুরগা মপাম লমদগী পোইরৈ তমদা কুমকপদা মতুংদা লপী লম্ফ কুদুনা লমখাংদা মাগা লোয়নরকপা মপাগী মনাই লেরা লম্বুদা থৌদাহনা কাইরং পাম্বী অমা ফুরুগা থাহল্লি। লম খঙনবগীদমক্তা কাইরং পাম্বী থারম্বী হায়বগী মফম অদু কাইরং কৌনখি।

## ক্বাক্তা

হাওনু কোন্দে লৌঙাকপী, তাইগোন লৌশংবীনা লৌশঙগী শগাই মথক্তা চাক খোংহনা লৌদা তাবা উচেক ঙাকই। নোংমা কৈ অমনা চাক খোংবগী মৈখু উবদা চাগদবগী লৌশঙ তান্না লাক্লগা শগাই ময়াদা মরা কাখোহনা মখিৎ উইংশিল্লুনা তুমদুনা লৈবদু উবদা মহাক কিবনা মশা থক থক

নিকলে চাক থোংফন শংদ্রে। লৌশিং শিংবী মুরানা মথুংতা শিরিবা খুদোপ অদু লৌথোক্লুনা মৈদা ইক্লুনা শাহন্নগী ময়া কাহনা ৯মংনবা কৈগী ময়াদা থাদরম্মী। অশাবা খুদোপ্পা কৈগী ময়াদা ভাবনা মরৈ পোক্লুনা কৈত্র খোংল-লাউরদুনা চেনখি। মৈচাক শাবা ভমদদুনা অম্ভাওবগী মতৌঙম কোয়না চেল্লবগ কৈং গোশভ অদুদা শিররে। কৈনা লাক্লুনা শিনবদা বাক ময়াম পাইরক্লুনা ভারৈ হায়বগী মফম অদু হ্বাক্লা কৌনখি।

## কৈরাউ

শেলোই অভাংভাবী লংমাই অভাংভাবা মচল মবুং অনিনা পুমিং পুদিংগী লৌশভগী শগাই মথক্তা ফমদুনা পন্নিং ভিংদুনা লুক্রাক গেংভুনা উচেক ভাকই। মচলগী মশক মতৌ ফজবদু উবনা মবুং অভাং ভানবা পায়দুনা মচলবু শেলোই লংমাই কনাদস্থু থাজরোই মানা লৌগনি হায়রক্লবদা মচল অভাংভাবীনা কবি বানো ইবুং! নমু ভাইবঙ মীগী লমচং চংতনা শা-উচেক্কী লমচং চংলবদি শেলোই লংমাইগী ইপা ইভোল ইবুং ইপাশিংগী মমাঙদা করম্না মায় অসি পুদুনা চংকনি, অভাবা মীনা ঐখোয় অনিবু থিনা ভাঙনগনি। অহুমীস্থ মথক্তা মমিং মনা শিংবা কোয়োহনবনা ভাইবঙ মীগী অহুম-অয়ান য়েংগদবগী কোরো থক্তা, ভাদ্রিবনি হায়-অবদু মবুংনা য়াখিদে। মচল মবুং অনিনা ভাঙনরিবা বাহু

পামব কৈনা শগাই মখাদা তারম্মী। কৈ উবদা কিয়দুনা শেলোই অতাংঙাবীনা মখুৎনাউবীদা শিরিবা খুদোপ্তু মৈদা ইক্তুনা শাহল্লগা কৈগী মরাইবক্তা থাবদা কৈ অদু খংদুনা লাউখোংদূনা চেনখি হায়বগী মখম অদু কৈরাউ কৌংখি।

## কোম্বা

মৈতৈ লৈমা মরোংঙম্বীগা রাংঙমলোন খুরাই লৈমা মরাম-বীগা অরাংবা চনু নাওই নরাংবীগা খোয়নৌ মতা অগুয়া ঈশিং শোকপা লাকপদা লম্মখাংদা মৈতৈ লৈমা মরোংঙম্বীগী মথুনাউবীদা শিরিবা লিকশং তমফা শিংবা কোন্নু সনা খুদোপতু কোমদনুনা মথুংতগী লৈ তাক্তা তাখি। পুরাগা কোন্নু সনা মখুদোপতু কোমদুনা তারে কোম-তা হায়বদগী মখম অদু কোম্বা কৌনখি।

## কোংবা ঙাচৈংথেল

লুরাং নিংথৌ লাম্বো লাক্লাবগী মচানুপা অহল য়াংহনবনু মনাওনুপা য়াংথুবনা কুয়া লোক্তগী কুদা হাপ্তুনা কুমার য়ৈশিল্লগা ফুরেলদা ঈশিং ঈচেল মতুং ইল্লা ইম্বরম্মগা মরুমদা হল্লকই। মমা হৈরেম কাংহৈমু খিং খিং কাংহৈমুনা নয়াম্বা কুদারদা চৎখিবগে হংবদা মরাম্বদি কুদা হাপ্লগা ফুরেলদা ইম্বরমদে তমকপা মচাগী রাদু ভাবদা মমাবা কপ্তুনা মচানুপা মুহল য়াংহবনবগী খোঙুল লীবা চেল্লকই। ফুমিৎ থাহন্ত

অমশিল্লরুবদা কোংবা তুরেল তোরৈ মতুং ইন্না নপারিবু কৌর-কৌরগুনা তান্নরকপদা অমম্বা ঈবোনকংপা মশাক্তি উদনা ঙানা চোং-ফনবগী মখোল অদু ৎাবদা মচা য়াংহনবা ওইরবোই নীংদুনা ঈশিংদা কুমগুনা য়েংবদা মচা ৎঙ্গন্দ্রে। লেমৈগী ঙানা চোংজবা অদুবু মাবু লক্লাদবনি থন্দুনা শাউদুনা ঙাবু চৈরম্মী হায়বগী মফম অদুবু কোংবা ঙাচেথেল কৌনখি।

## ক্যামগৈ

পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা পাল্লম্বা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী তরা চেংগৈ লোইমোম কেগৈ শারম্মী হায়বগী ক্যাম্বা নিংথোগী মমিং লৌদুনা মফম অদু ক্যামগৈ কৌনখি।

## কৈরেলফাবী অমসুং কৈবুল

খেন্দে নিংথৌ হাওজক লাইবগী তালোয় শেন্দো তোঙাম হোই হোইবীগী মশক মতৌ ফজবগী পাউহ্ তাবদা মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বনা মশক য়েংগদবগী মনাই থাদুনা খেন্দে নিংথৌদা শক থঙনসি মরূপ শান্নসি হায়দুনা চাক কৌই। খেন্দে নিংথৌনা মতুপ্পা লোয়ননা লাকুনা মৈতৈ লৈবাক্তা নুমিৎ মঙানি লৈরম্মী। মতমদুদা মৈতৈ নিংথৌনা মনাইশিংগা লৌতুনরগা খেন্দে নিংথৌ শঙ্কন্দনা যাগী কুপী শেন্দো তোঙাম হোই হোইবীবু মশানা য়াদনা হৈরাং লোনচংনখি। মথুমদা হক্কুম্বা মকুনা তমদুনা তারবদা খেন্দে নিংথৌনা লমন গুমনব-গীদমক্তা মৈতৈ নিংথৌবু অমুক চাক কৌবগদি মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বনা লৈবাক লৈমা য়াংলৈঙম্বীবুদি পুদনা মনাই মশাগা

লোয়ননা হিয়াং হিরেন তোংদ্না হাওতক লাইবগী ময়ুমদা চাক চাবা লাকই। মরেং চাউবা মৈতৈ নিংথৌগী মবুকচেল অমত্ত উবদা খেন্দে নিংথৌনা পাউদ্না মথুলগী হাওয়াম কৌরগা মৈতৈ নিংথৌ হাংনবগীদমক্তা লোয়না রাজাগরম্মী। হাও খরনা মৈতৈ নিংথৌনা তোংলকপা হিয়াং হিরেন থুগায়রে, খরনা মৈতৈ নিংথৌ হাংপদা তেংবাংবিয় হায়না মোইরাংদা লান লেকপা চংখি। পাউ অসি তাবদা মোইরাংস্সু মৈতৈ নিংথৌ হাংনবগীদমক্তা লান লুমদ্ৰ লৈখি। অহৌং অত্ত খেন্দে নিংথৌগী ময়ুমদা চংমিন-থকমিয়হনা লেল্লগা নোং হেক ডানবগা খেন্দে নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা হল্লো হায়না থোঙ্গাল রাংমা ল্যাম্না থিনদোক্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বনা মনাই মশলগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা হনগদবগী হিয়াং হিরেন থিরকপদা লৈরমদবদা ডক্কুনা মতাও খেন্দে নিংথৌদা হি অমত্তা পীয় হায়জখি। খেন্দে নিংথৌনা হি লৈতে তায়দ্না হি পীত্রবদা মৈতৈ নিংথৌদ্ তৌকম খত্তদনা মনাইশিংগা লোয়ননা মথোতনা মোইরাংগী লম শমত্তনা লাকপদা লম্বথাংদা লুমদ্না লৈরিবা মোইরাংগী খোংমৌ লানমীশিংনা চোংথোরক্লনা মৈতৈ নিংথৌ মারে। মৈতৈ নিংথৌবু মোইরাংনা কৈ কৌই মৈতৈগী নিংথৌ-রেলবু কাই তায়বগী মকম অদুবু কৈরেলকাবা কৌনখি।

মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্ববু মখোত মথুং পুল্লুনা থুমুশেম চীংলক্তা থমই। মৈতৈ নিংথৌবু পুল্লি হায়বগী কৈপুল হায়নবাপী মবৈথংদা কৈবুল কৌনখি।

## কোইচৌং

কঙ্গোং চেংশু চেংয়াঙ্গগী মচাঙ্গুপা অরামঙানা লা হেকপা [illegible]াকপদা পুনজামগী লাইরুরেং শিলহৈবা চঙ্গু লিনগোইগী [illegible]চাঙ্গুপা নোংয়াই লিকমন লাঙ্বনা থাঙ্গ কঙ্গোং মচা নংখায়না [illegible]ঐগী ইলমদা করিগী লা হেকপা লাকলিবনো, ঐবু উশিং-[illegible]ওইদদুনা তৌরিবনি ঙায়না মঙুংতা পুংলায় পায়রগা ফুগদবগী [illegible]চৌংয়া কোইনা তাংগ্রে হায়বগী মকম অদু কোইচৌং কৌনখি।

## করোংথেল্

চৌংখোং পোউরেতোয়া মৈতৈ লৈমা লৈনাউতাবীগা লোয়ননা পোইরৈ মৈতৈগী লমদম অসিবু শিরোই-নারোইদবা অফবা করম্না খুন্দাবা য়াবা মফম লৈরিগদকে খিরকপদা লমশাং চংপগী চোকথরবী লৈমা লৈনাউতাবীনা য়ামনখিবদগী তুমখখি। লৈমা লৈনাউতাবীনা লোংনা মফা কাবা থেন্দুনা হিগুনা লৈখি কায়বগী মফম অদু করোংথেল কৌনখি।

## কৈতোং

খেরে লোংবম চঙুনা পোকপা কাচেং তাংখু, তাংহনবা মচিল মনাওনা পুমিং খুদিংগী চৌংদা শীং য়ানবা চংলি। নোংমদি মখোয় অনিনা শীং কোকথোং অময়ম পূরগা ময়ুমদা হৈরকপদা পুমিং তাখোকখ্রে। পুমিং তাবগা কাওবা মপাদি দয়ুমদা হায়কে। মচিল মনাওবা মপা কনায়দা চংখিবগে হবগা

মমানা নপাদি লবুক্তা কৈগা থেংনম্ননা পামব কৈজাউ পাঙ্গনবগী মবুক মন্নুংদা লৈখ্রে তাকপিরে। কাচেং তাংখু, তাংহনবা মচিল মনাওনা শাউহনা মথুন্তা লিক্লুং তেল পায়রগা পামব কৈজাউ হাংনবা চীংমায়দা লুমদুনা লৈখি। কৈজাউদু লাকপা উবদা মচিল মনাওনা তেল কাপগে তৌরক্লবদা কৈগী মবুক মন্নুংদা লৈরিবা মপানা উরদুনা ইচাশা! নগোয়গী তেলনা পাল্লবদি কৈদা নত্তনা ইপাম্ম শিরগনি। কৈ অসিদি মতোমদা চৎচবা কাওবা ঙমদ্রবনি অদুনা মাগী মকোক য়েখায়রগা হাংতোকউ হায়রকপা মপাগী ৱাদু তাবদা মচিল মনাওনা অকিবা লৈতনা চেনশিল্লক্লুনা কৈদু মকোক য়েখায়দুনা হাংতোকলে। কৈগী মবুক মন্নুংদা লৈরিবা মপা অদু মতৌ বরয়া লৌথোকসিগে খমবা হৌরকলে। কৈগী মখয়াৎ শেগায়রগা মপাবু লৌথোকপদা মীনা কৈগী লুখাকনি হায়খিনি। কৈগী মথুল হোগায়দুনা লৌথোক্লবস্থ কৈথি ফাইরকপদা য়াওরকপনি মীনা থিনা ছাউনখিনি। অশুমা খররগা মচিল মনাওনা কৈগী মবুক লেনখায়রগা লৌথোক্কে তৌরিঙৈদা মপানা কৈগী মবুক মন্নুংদগী চোংথোক্লুনা চেনখ্রগা উদা কাখৎলুনা উতোন্দা তোংদুনা লৈখি হায়বগী মফম অদু কৈতোং কৌনখি।

## কাঙ্গরেল ওয়চাৎ অমসুং মণলাউ মচীংলেন

হৈরেম খুনজানগী শল্লম কাওবনা হুমিং খুদিংগী মণ লোল্লি। মানা শেল্লিবা মণ ময়াম অমু চংজুনা য়োইগংতে।

মখোয়গী মমিং কৌর কৌরদুনা যণয়াম খোমজিল্লি। শল্লম কাওবগী মখোল তাবদা কাওরেলশিংনা মাগী মনাক তান্না অওম্বা চীংচেপ্তা লাকপদা খোঙকম চেংতবা কাওরেল খরা চীংদগী ওক্তে হায়দুনা মফম অহুবু কাওরেল ওস্থচীং কৌনখি।

মানা চীংমায়দা লেপ্লগা কাওরেল ময়ামগী মমিং কৌদুনা যণয়াম খোমজিনবা মফম অদুবু যণলাউ মচীংলেন কৌনখি।

## কৈশিচীং

চীংখোং পোইরৈতোন্না লোইবী চীংদা চংতুনা করম্বা শিরোই-নারোইদবা অফবা খুন্দাবা য়াবা মফম থিরকপদা চীংমায়দগী লোক তয়া কুমথরকই। চীংমায়দা কৈ অমা শিদুনা লৈরম্দু উবদা মসিদি কৈ শিবা চীংনিনা হায়বদগী মফম অদু কৈশিচীং কৌনখি।

## কাংশোইবী

কেগে অকোংজাম্বনা ফৌওইবীবু তান্নরপদা লম্মখাংদা থেংনদুনা মখোয় অনিনা মফম অদুদা ঙাকপ্লৌ ফরগা ঙা কাংশোই চামিন্নখি হায়বগী মফম অদু কাংশোইবা কৌনখি।

## কক্লা শমজি লমদাইথেং

মশানৌ হাওস্থ কৈশিতোম্বীবু মকোক কক্লগা লুগাং লালোই তরেংনা পুতনা চংশ্বিবু কাকলেন নোংদম স্থজা

অথৌবনা তান্নরকপদা য়ুগী ময়াইনা চংপদা ৱারবা লালোই তরেংনা মথুংস্থ মরোং চুংনা মাইথা ওইরগা তিমেন তানা মোনখাংনদ্না তূম্নবা থেংনরম্মী। মুজা অথৌবনা নিংঙাইবা লৈতনা তুমলিবা লালোই তরেংকী মশম পুল্লিবদ্ থোকতুনা শমদোন শমদোন পুনশিন্নরগা তাথোক্লা ফুহনা হৌদোক্লগা মঙক কক্লুনা হাংথিবা মফম অদুবু কক্লা শমজ্রি লমদাইথেং কৌনখি।

## কোকপতা

নোংবান কোকপা ৱাংবনা লাইজ ঈশিং ঈপাক্তা ঈরোইদ্না শান্নবদা লাইনা লোদ্না শিখি হায়দ্না মফম অদু কোকপতা কৌনখি।

## কৈথেলমানবী

চীংখোং পোইরৈতান্না চীং-মান্দা কোয়না চৎতুনা শিরোই-নারোইদবা মফম থিরকপদা ঙাঙোই য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিল মনাওনা তমব মুপা অহমগা লোয়নবা ভুরেল তেংমিন-নবকপদ্ থেংনরম্মী। মখোয় মঙানা পোথাম্নিত্তদা য়োইমোংবনা ঐখোয়না পোথাম্নিবা লমলেন অমি থাক কৈথেললেনবী মান-খেদা শোল্লম্মী হায়বগী মফম অদুবু কৈথেলমানবী কৌনখি।

❋

## থরদাক

মোইরাং নিংথৌ পুরিংলাই থাঙ্গ ইফেল লাম্বগী হাক্তক্তা মোইরাং কুমথি কুমগাংদুনা নোং তাদবদগী অৱাবা তাররক্লবদা মদাইরেম তো তো রো তৌমৈশাং কৌবনা নোং কৌথবদগী নোং তারে। নোং য়াম্না তামনখিবনা কংলা থুয়ক্লবদা মোইরাং নিংথৌনা কেগে মীয়াম খোমগংলগা মীয়াম্না লমলেন থাঙ্গ চীংলক অচনবদগী হৌরগা মোইরাংগী খোরি অমস্তুং নোংগাং অনি ফাওনা তৌহ্নবা ঈশিং চিথখি। লমলেন খোরি অমস্তুং নোংগাং অনিগী মমিং লৌদুনা নৌনা তৌরিবা খোং অপ্তগী মমিং কেগে খোরিতাক মোইরাং নোংগাংখোং কৌনরম্বদগী ঈশিংবু খোপ্পা তাক্লা পুথখি হায়হুনা থরদাক কৌনখি।

## থাবী

নোংমাইনু অহোংবীগী মপারি ভাঙোই য়োইমোংবগা মশাগী তাউথিংমাংগা মচিল মনাওনা শিংচুং য়ুংহনা থরাই চাংদোন থন্দুনা লু থুমদুনা ভা ফারম্মী। নোংমদি মচিল মনাওনা থুম্বা লুহু কাইবদা ভাগী মহুংতা থরোই নিংথাবী ভাক্লা চঙলম্মী। ভাদি চঙদনা থরোই নিংথাবী ভাক্তা চঙই হায়দুনা মকম অদু থাবা কৌনখি।

## থাবী থানকমলেন

থারম লাংবা য়াহৈবগা থাবী লুকোন চহু থাবী য়াই-ভবীগা মথোয় অনিনা মহৈ তারবদা মানা মানা পাররিবা

য়াইগী মতিক মঙল য়েংনখি। খাবী য়াইতম্বীনা মাগী য়াই থাবদা য়াংহৈবা শিবা ঙমব্রে, অতুগা লাংবা য়াংহৈবনা থাবা য়াই চাবদা খাবী য়াইতম্বীদি খুদক্তা শিরে। মানা শিংবদা মচাদুপা চাখারাজা পোনজেনবা, অমুরাজা খোকনিংশুম্বনা শাঁউদনা মখুংতা থাঙ পায়রগা মমা হাংপগী লমন পুম্নবা খিরকপদা লমখাংদা লাংবা য়াংহৈবগা খেংনরে ' নঙনা য়াই থাদুনা ইমাবু হাংলবনিনা নঙবুম্ন ঐনা হাংপা তারে হায়রবদা লাংবা য়াংহৈবনা কিরদুনা নমাগা ঐগা য়াই য়েংনদে, মতোমদা শিজবা ওইরিনি, ঐ হৌদোকপিগে হায়দুনা ময়ুমদগী য়াই লৌরগা লুখুমদা থম্নগা হৌদোকপদা খাবী য়াইতম্বীদু তুম্মু-বদগী হৌগংলকপগুম হিংগংলকই হায়বগী মফম অদু খাবা খানকমলেন কৌনখি।

## খয়োল তেশা তেনবা

খাবী য়াইতম্বীগা লাংবা য়াংহৈবগা অনিনা মাগী মাগী য়াইগী মতিক মঙল চাং য়েংনবদা খঙনরগুনা মমৈথংদা মখোয় অনি ইরাওনা তেনা-নৌননা রারোইনখি হায়বগী মফম অদু খায়োল তেশা তেনবা কৌনখি।

## খারমমান ( খারম্লান )

হোংনেম য়োইখুম্লাওনা থাঙ্গ নিংঙোল কংলোংখেম চনু শংদিং ঙাংবীবু কোইবসি কোইবসি থাঙ্গ মলেকাইগী মবুং

মৌপ্না মপা-মতোনশিংনা লকুগে খল্লুনা নোংমদি মশাবি য়োই খুল্লাও লাকলোইদবা নুমিৎতা থাঙ্গ অমুকোই কম্বোং অঙৌকোই অনিনা নশাবি য়োইখুল্লাও লাকনি ত্রুা চাকঙল থোংলগা ঙাইরম্মু পাউ চেল্লকই হায়শিনবিরে। মপা মতোন ঙইরিবা মখোয় অনিগী বাহু অচুম্বা ওইরবোই খল্লদুনা ত্রুা চাকঙল থোংলগা ময়ুমদা ঙাইজববু লাক্রুবদা মপান থোক্লা পোঙ্গাল বাংমা লাম্না ঙাইরম্মী। নুমিং ত্তারবা ফাওবা মশাবি মমানমচা লাক্রুবদা নীংবা কায়থনা পাঙ্গ অমুকোই কম্বোং অঙৌকোই অনিগী মনাঙা চংলগা চৈরুবে অযুক নুংথিন্দা লান লাক্রুববু থাঙ্গ লান্দাবক্লে হায়শিন্না, নুমিদাংদা মৈ চাক্রুববু খাম্বী মৈহৌনরে লাওশিনদুনা মীগী মপোং মচৈ চুরানবস্থু য়ারোইদবদা করিগী অহুল ওইনা নচিল থিরিবগে হায়রকলে। মাগী অশাউবা বাঙাংদু ত্তাবদা চিঙ্গিবী চেস্তাক ঙাথা চুরান-থনা চাবী শমখোইবী নঙনম্থু ঐখোয়বু বারকপা শাই হায়না লাউ খোংহনা খংনরম্মী। অম্ময়া মখোয়না খংনবা অসিদগী মপা মচা শাগৈ-নাইত য়ম্বায় চোংখোক্রুরক্রুনা মীচং শঙ্গন নাই-নচনা লান-ওইননা খংনরম্মী হায়বগী মথম অদু থারমলান হায়নবদগী মমৈথংদা থারম্মান কৌনখি।

## খুল্লা

পামাগী মচল থিংঙা তাউবীনা লায়রবদগী চয়া হেল্লবদা নোংম্বদি মানা হৈরাং লৈবাং খয়া হেক্লপা মখিং লাইরেন

পাখংবনু ঈরাং থৌনিজৈ। নুরাগী শেঙলবা মবুকচেল উবদা চিংঙ্ মথিং লাইরেন পাখংবনা পেনবিরদুনা ষণগোন নাইকোন থম্না, কোরি শেঙ্গাও পৈনা লনকুবিরম্নগা মথিং লাইরেন পাখং-বনা তুবি মঙাইরোই, লাইরেন মহিকশাং পূম্নমক্কা লোয়্নননা চৌংলক লাইজ অখুবদা ইন্না-ইন্না খুনা কাখি হায়বগী খুকা কৌবদগী মমৈথংদা মফম অদু থুগা কৌনখি।

## খোজুইমান

মোইরাংচা থংবী লিরাহনবগা লুরাংচা খারং খোইনুচা, খাঙতেঙ লৌঙাকপগা অনিসি লৌ লোয়্নহুনা লৌ ঙাকমিন্নরম্মী। নোংমদি থংবী লিরাহনবনা খারং খোইনু চাগী তৌত্রি অদু অমুক্কা খোংনরুগে হায়হনা রায়রম্মী। নোংঙাল্লগা মানা রাইরুবা তৌত্রি অদু খারং খোইনুচানা খোংবদা খোইদুনা খোংবা য়াদ্রে। খারং খোইনুচানা নঙনা ঐগী তৌত্রি রায়-রুবদগী খোইরে শিংঙ্ হায়রবদা থংবী লিরাহনবনা হান্না খোইজধনি ঐনা খোইহনবা নত্তে খাজদ্রগা লাইগী খুদম চাংদম য়েংনসি খুম্নকলে। অসুম্না মখোয় অনি রারেপ্পরগা খোইজু তোল্লোং খোয়্নগা মৈ খাঙনা য়েংনবদা মৈখু অদু মোইরাং পাংনা চংলংদা থংবী লিরাহনবা ইকায়রে। থংবী লিরাহনবনা অখোইবা তৌত্রি অদু খোইজু তোল্লোং মৈ খাদুনা শাহন্নগা চুমখোকলে। অখোইবা তৌত্রিদ্ খোইজু তোল্লোং মৈ খাদ্না চুম্বদা হায়্নগী তৌত্রিশা মায়ৈ হায়বগী মফম অদ খোইজুমান কৌনখি।

## খোম্বীতোক

মৈদিংঙু শামৈরাংগী মজাইবুঙো উরা কোম্বোবনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা শেলোই লংমাইগী লুচিংবা অচোম য়ুমলেম্বনা মীয়াম খোম্নগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবগী শেম-শাবগী পাউ তাবদা নিংথৌ পুক্লিং লাংতক্লরম্মী। উরা কোম্বোবনা মনাই থাদুনা লান তৌনবগী মছুংতা মচা মচা পীনরগা চারো মৌরোনদুনা ঙাই-শেল ওইনসি হায়নবদা য়ানরদুনা মজাইবুঙো নাউথিংখোংবু শেলোই লংমাইগী নিংথৌগী মচাম্বুপী পেতঙা লিকলু লৌথিবীগা লুহোংদুনা শেলোই লংমাইদা য়াওং ইনহনখি। মতম খর লৈরগা নোংমা উরা কোম্বোবগী মনাই নোংবান কদেম শোইশেনবনা নিংথৌগী হৈঙাং পাংতা লূ থুম-হনা ঙা ফারিংঙদা শেলোই লংমাই মীয়াম্না থুনকম ঙাংজেং, হাঙ-তক চৌংশাং লোই চনগদবগী লাকপদু উবদা কিরহনা মশাদা ঙা পুম্বা তৈশিল্লগা নিংশা শোর থিংহনা শিশিন্নদুনা লৈরে, শেলোই লংমাই মীয়াম্না শিশিন্নদুনা লৈরিবা কদেম শোইশেনববু উবদা শিরব্রা শিদ্রিব্রা খঙগদবগী মখোঙনা তাদুনা য়েংলম্মী। শেলোই লংমাইনা অশিববু তোংপা কৌই। খোঙনা অশিববু তারম্মী হায়-দুনা খোঙতোং হায়নবদগী মকম অদু খোম্বীতোক কৌনখি।

## খোংজি য়াইরোক

শেলোই লংমাইশিংনা চংশ্রবদা নোংবান কদেম শোই-শেনবনা চেল্লকুনা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্বোবদা হঙ্ংলরে।

মনাইগী ম্বাদ, তাবদা ঐগী ইনাইনি খঙনা খঙনা থিনা ত্তোবদি নিংথৌ ঐবু উশিং-উংইদনুা লানশিংনবনি হায়বগী শাউ-বনা মৈতৈগী অকল অথৌ ময়ামদা লান লুম্নগা শেলোই লংমাই হাংলু ম্বাথং পীরে। নিংথৌগী ম্বাথং ফংলবদা মৈতৈগী অকল অথৌশিংনা নাগা তুরেল খোংনুংদা লান লুমহনা লৈব্রে। খুনফম ঙাংজেং, হাওকপ চীংশাং লান ঙগ্রদুনা শেলোই লংমাইশিংনা হরাওনা হল্লকপদা লান লুমলিবা মৈতৈশিংনা চোংথোরকলগা থৎতুনা হাংলে। মীয়ামগী মনুংদগী তুং-থংবা শেলোই লংমাই তরাখক্তি নাম্বোক্তুনা চেনশ্রগা শেলোই লংমাই কাংবুদা পাউ তমলুরে। পাউদু তাবদা শেলোই লংমাইনা শাউদুনা ম্বাওং ইন্দুনা লৈরিবা নাউথিংথোংদা লমন খুঝবা ম্বা তাম্নরে। নোংমা অথেংবা অহীংদা শেলোই লংমাই খরনা পেতঙা লিকলু লৌথি-বীগী ময়ুম কোয়শিল্লগা মশাবি নাউথিংখোংবু পুথোরকন্ট হাংপা তারে হায়রক্লবদা লৌশিং চাউবী পেতঙা লিকলু লৌথিবীনা মশাবিগী ম্বাইবী মথাই কনবা ঙমত্রা য়েংগে খল্লহনা অশাউবনা মাঙওইনরিবা শেলোই মপা-মতোলশিংদা হায়জখি "শেলোই ইপাচা, লংমাই ইয়েল্লুশিংও! ইশাবিবু হাংপা তাব্রবনিনা শিদ্রিহৈ অসিদা মাগা ঐগা পাল অমত্তদি ফুংহুনা চামিন-নথিগে। ইপা ইত্তোল নপোয় পূম্নমক্লা ঐগী লৈজবা অচা-অথক খরসি চা-থক্লগা মপান্দা পোথাবিরো" হায়না থেল্লগা মখোয়না থকদবা য়ুদা ম্বাই হাপচিনহুনা পীথকলে। ম্বাইগী মথাইনা শেলোই লংমাই ময়াম ঙাওহনা অশিংগুম তাহুনা

লৈরিবৈদা নাউথিংখোংনা য়ুমগী ফক্লাংগী পৈয়া থদংতুনা চেন-থিহনা খুমন নিংথৌ পুনশিবগী ময়ুমদা লোংতুনা লৈখি। মপান্দা ঙাওহনা তুমলিবা শেলোই লংমাই ময়ামদ, ঙাওবা ফরদনা ইমুংদা চংলকপদা পেন্তাঙানা পালগী মছত্তা নুং ফুংলসদু থেংনরে। নাউথিংখোং চেনশ্রে খঙলবদা শেলোই লংমাই মীয়াম্না মৈবুল পায়দনা পুং য়ৈদনা তান্নরকই। শেলোই লংমাইনা পুংবু খোং, মৈবু য়াই কৌই। অঙীংদা শেলোই লংমাইনা মৈবুল পায়রগা পুং য়ৈদনা খোং-লাউরদনা তান্নরকই হায়বগী মফম অদবু খোংজি য়াইরোক কৌনখি।

## খোংজোম

মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবগী মপারি হোংনেম য়োই খুজ্জাওনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরবদা উক্রোং হোংনবগী-দমক্তা লমলেন লালোই লৌচীংথাং চীথাং য়াইলংমৈদা হৌবা তলা পামেল অরোংববু য়ানখুরগা খোংজি নারেং হুৎতুনা থৌরি থাংলগা নিংথৌগী উশিং লাউবনা হোই লাউরগা মীয়ামনা চিংদনা পুরকই। তলা পামেল অরোংবনা থেংহনা উশিং লাউবগী মখোঙদা শোকই হায়বগী মফম অহু খোংশোক হায়ব-দগী মমৈথংদা খোংজোম কৌনখি।

## খোময়ান

লোংজমচা চাউবানা লৌ খোইয়িবৈদা নচা অমনা লক্ক-বিংদনা "হো ইপু চাউবা! নহাক্কা হৌজিক্তা পৌ খোইরিবা

অসিবু কুমদি চংত্রে হায়রবদা চাউরানা কদায় য়োৎত্রে ফারুগে হায়না পোৎপু লাঙ্গোল থনমগা চেনখি। চাউরানা কুম পুবা লাই থেংনত্রা কদায় য়োঙবগে হায়না হংল হংলহনা কুম ফাগদবগী ওয়াররকই। কুম পুবা লাইনা মতৌ য়েংগে খল্লদুনা মমাঙদা চংল-রবদা চাউরানা মথুং তিংথোক্নুনা থংলে। কুম নঙ চংপা য়াদে ঐগী লৌ লোইত্রি হায়রক্লবদা কুম্না ঐদি ইকুম লোইরে চংতবা য়াদে হায়না খাম্না য়াদ্রবদা চাউরানা কুম পুবা লাইদু কোনশিল্লুনা ফারে। কুম পুবা লাইনা নঙগী লৌদি কদায়দনো হংবদা ঐগী লৌদি ইরক অসিদনি হায়না চাউরানা মথুং থিল্লুনা তাকই। ঙমখৈ তাকউ হায়রক্লবদা চাউরানা চেনখিঙনা মায়কৈ মরিদা হামুল নৈরগা অসি ফাওবনি তাকই। নঙগী লৌয়াম অসি লোইবা ফাওবা ঐ নৈবা য়াদে, ঐনা পীরিবা মরু অসি নঙগী লৌ ময়ায়দা থাউ। পোইদু য়োৎত্রিবমখৈ য়েংসনু। পোইদু থা লোইরমদাইদা ঐখোয় অনি নঙগী লৌফমদা উনসি হায়-রক্লগা চংখি। কুম পুথা লাইনা পীরম্বা মরু অদু চাউরানা মাগী লবুক ময়াইদা থারে। হায়নখিবা, মতুংইন্না পোইদু থা লোইরমদাইদা চাউরানা লাক্নুনা য়েংবদা ইরক্তা মরী চংতুনা খোংক্রম য়াম্লা পাল্লুনা নৈরমলে। মদু উবদা শাউদুনা চাউরবা খোংক্রম অমা হেক্লগা লংতুনা থুগায়বদা খোংক্রম মনুংদা কৌ পিকথনা য়াউররে। কৌয়ামতু উবদা চাউরা শাউবা করে, খোংক্রম ময়ামদু হেক্লপা মখুমদা পুররে। ইরক্তা মরী চংতুনা খোংক্রম য়াম্দুনা পায়মী হায়বদগী মফম অদু খোময়ান কৌনখি।

## থুমুজাম্বা লমজাউ

কেগে থুম্ নৈনিজাম্বা অথোবনা লমলেন তোরবুংগী লমমদা খোযুম লাই ফওবনা মোইরাং লৈবাক্তা চওবা ওমদনবা ড'ক শেন্দুনা লৈখি। নিংথোদা হঙ্ংলগা মোইরাংগী য়ুম্নাক ওনা পুবগা মফম অহুদা হুনদা-লৈত্তাদুনা লৈমিন্নখি। থুম্ নৈনিজাম্বগী মমিং লোদুনা মফম অদুবু থুমুজাম্বা লমজাউ কোনখি।

## থুরুখুল ( খোরিখুল )

লুরাং চনু খোংচোংনুবী মতা তরুক্কা কোৎগৌ নোংঙ্গারকপদা খোয়নৌ মতা লৈমা য়াংদৌবীদী লোইদাম থাবুম য়াম্নকপনা লৌরি ঝানবদা লোইবী চৌংজাউ কাবগুম রাবনা মখোঙ্খা বা য়'রক্লুবদা মতাশিং য়ে'লগা "খোয়নৌ ইতা মঙামক! খোয়নৌ ঐদি লোইদাম থাবুম তরা মপুং ফারকপনা নাউরেংলে। পবি নাউরেংবী কুম্নকখিগে" হায়না পাওয়েম্নরক্লবদা খোয়নৌ মতা মত্তাদি কোৎরৌ নোঙ্গানখি লৈমা য়াংদৌবীদী মপারি পেংকত্রা পোক্তা, মনোম শাংকত্রা শাংতা, চেক্লা হরি নোংঙ্গ ওইনা পোক্লকলে। পলেম মমা লৈমা য়াংদৌবীনা নাউবাগী মখোইবু মথুংম্ থাওনা লেল্লি হায়দুনা খোইরেল থুল হাক্লবগী খোরিখুল কৌনৈ, হৌজিক্কা মফম অদু থুরুখুল কৌনরি।

## খাগেমপলি

মৈদিংগু খাগেম্বনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা লম্বী থোঙ অচৌবা য়াম্না শেম্লম্মী, তু-খোং কয়াম্মু তৌরম্মী। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না থোনবা পল্লিনি হায়দুনা নিংথৌগী মমিং লৌরগা খাগেমপলি কৌনখি।

## খ্বাইরম্বন্দ

খ্বাই মুংজেংবী চনুনা লমলেন মলমথৈদা মুমিং খুদিংগী অচা-অথক মরাং কায়না য়োল্লি। নোংমদি লাইনিংথৌ সনা-মহীনা শাইওন পুথোক্লুনা খ্বাই মুংজেংবী চনুবু লক্লবদা মানা শাউবদু উবদা লম্বীদা চংপা খ্বাই মীয়াম্না পন্দুনা লমদমদুনা কুম্মৈগুম য়েংনখি হায়বগী মকম অদু খ্বাইরম্বন্দ কৌনখি।

## থোংমন

ভাঙোই য়োইমোংবনা তৌবা তুরেল অচৌবগী মরিলনা কংলাগা কৈথেল অচৌবগা অনিগী মরক্তা খায়দুনা চেল্লিবদু চেন্দনবা হায়গী তুরেল মরীল অদু কুল্লগা অনৌবা তুরেল মরীল অসি তৌখি। হায়না চেল্লম্বা তুরেল মরীল অদু থিংখিবদগী থোং অমনবা ওইরে হায়বদগী মকম অদু থোংমন কৌনখি।

## থোক্লাংভাক

নিংথৌ লাইতোং পুরাংস্বগা খুমন পুয়াংবা পুরামস্বগা অথৌবা অনিনা লাইবক চাং য়েংনসি হায়নদুনা তিমেন তা

চায়নখি। তা চায়নরমদাইদা মানা মানা পায়নরিবা তাগী মখোক্তু করি য়ানো, তামিংনা কয়া শুবগে হংনখি। নিংথৌ পূরাংস্তনা ঐগী তিমেন তাগী তাথোক্তি অরাং লমদমদা লৈবা লোইচীং কোরৌ নোংগা নকুনবা অরাংবা চাংথুলখোক চীং-দাই লমগী অরোন শৌপাল লোইকেন খোকনি, কংলা মৈচল খোকনি, তাখোক্তা তাংমিং মাপল পাল্লি হায়খি। পাথৌ পুয়াংবা পুরামস্থ নঙগী তিমেন নথুংস্থুদি করি খোকনো, তাং-মিংনা কয়া শুবগে হংবদা ঐগী তাথোক্তি থাজীং খোইরেন খোক, মোইরাং খোকলোই সুরাবীনা চেয়খোকনি, খোক্লাং তাংমিং তরেং পাল্লি তাকখি অস্থয়া অখোবা অনিনা মানা মানা পায়নরিবা মথুংস্থ তিমেন তাগী খোক্লাং তাংমিং তাক্লখি হায়বগী মফম অদু খোক্লাংতাক কৌনখি।

## খোংহামপাৎ

মৈদিংঙু খোংতেকচা য়োইরেনবনা অঙম অথৌ মনাই ছমকুমাথোংগা লোয়ননা কোরৌ নোঙ্গানসি ভাঙনহনা নোঙ্গা-রমদাইদা মখোং হাম্লম্মী হায়হনা য়োইবু খোংহামলম হায়বদগী মফম অদু খোংহামপাৎ কৌনখি।

## থুরাই

গুরু শিদবনা নমু ভাইবঙ কনা থহন্দনা লোয়া থুপা শানথুপলগে থম্লদুনা অথুবা মফমদগী খোয়কপহ মীয়ায়া ইরাই লাইনা উখি হায়বদগী মফম অদু থুরাই কৌনখি।

## খুংতেকপি

লংমাই চিংগী কাইরেনৌ চাংশোন্নবা উনদসি হায়নবা লমদম শেলোক মদাকনা লংমাই লোকখনমদা তখা ইবেম্মা পন্থোইবীনা শমূ খুংখাংগোনবু থেক্লা মশাবিবু ঙাম্নরুখী হায়বগী মফম অদু খুংতেকপি কৌনখি।

## খোইনাই তাইবিলো

নোংত্রকগী মচানুপা কৌবরেন, অঙাংঙাগী মচানুপা থোকচাউ অহনবা মখোয় অনিনা চেন্দে লিসিংখা, মেন্তোং নুংকাইচৌ থাদোক্তুনা মোইরাং লমদমদা লাকপা খুন্দা-লৈতাহুনা লৈখি। মফম অদুদা লৈবগ্গা মোইরাংগী মবী মচা, মপা মকোল পুন্নমক্না অলৈ-লৈতা শেংন-থাগনদুনা অরোংব অপা মেনশিল তাইশিন্নহুনা পুকচেল খোয়াংল তিন্নবা নুংঙাইনা পানমিন্নখি হায়বগী মফম অদু খোইনাই তাইবিলো কৌনখি।

## খুললৈতাই

য়াংরেং শাদানবা পামজবা কোন্তৈজমচা সামন কৌবনা শেলোই লমাই নিংথৌগী মচানুপী শেংকোইন্নু শাকবী লৌরগা নুপী মযুমদা য়ংও ইন্দুনা লৈখি। নোংমা মানা শাদানবা চংপদা খুমনগী পাখংশিংনা শীংঙংখোক্লা মকোক্তা থাবদগী মকোক ঙাওদুনা ঈশিংদা চোংখবদগী লুপ্তুনা শিখি। মঙানিঙবা নুমিংতা মখোঙনা মথক্তা থাঙ্গংলগা কারোংচাক য়ুংদুনা ঈশিং ঈমায়দা লুকেং লুকেং তাউরকপদু উধদা মীয়াম্না [illegible]হুনা

য়েংনরম্মী। মথুল থাদোক্লুনা মুপী ময়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈরিবা মানা মতু-মচা কায়নঙ্নুনা ওন্থোক্লা মীশি চাদনা শিরিবসি থুল ঙসিদা অত্তাঙবনি ঙাঙনবদগী মক্ষম অহু থুললৈতাই কৌনখি।

## থুলদিনবী

'ওইনামলোং চীংগী চীংয়াইদা থাজগী মচেং কেন্দুনা ম্যালেম লৈদা তাবগুম অহীংদা পুমলং লংনা ঙাম্লিবা চৈস্তু মঙ্গ ওইনামোক থুলগী নিংথৌগী হ্যালোয় হাওনু কাসনমুগী মমঙদা ডরম্মী। নোংঙাল্লগা খুঙ্গাগী মীয়ামগা লোয়ননা চংতুনা চৈস্তু অদু-লোক-রগা য়াম্না চেকশিন্না ময়ুমদা থম্মী। অযুক নুংথিন্দদি চুমগী চৈস্তু অমগুম ইচম চম্না লৈবা, নুংদাংদনা' থাজগী মঙালগুম ফজনা ঙানবা চৈস্তু অদুগী পাউহু মাবু পোকপা মপাগী মরুপ খোয়রী নামোংয়াংনা তায়দুনা মাগী মনাক্তা লাক্লগা চৈস্তু অহুগী মকক অমা মোইরাংদা পুরকই। খোবরী নামোইয়াংনা চৈস্তু মকক অহু মাগী থোংজিন্দা ঙাম্বনা থঙ্গদগী লৈপাক্তা তাবদা মাগী হুইনা কাল্লুবদগী থুদক্তা হুই অদু খোংকাপ অমা কাওবা চংপা ঙমদনা শিরে। মদু উবদা য়ুমলোয়বনা শাউদ্না মাগী ওর্মাংদা লংথোক-খিবদা চৈস্নদ্ বানৌ চোংহুনা বা ওইনা হোৌদ্না ইকুই কুইদনা বাপল কায়ক্লে। বা অদ্দা ওক য়েম্না শোৌকলুবদা মরাই তাদ্না শিরে। মণনা ঙাক্লবদসু মণলাই তাদুনা থুদক্তা শিরে। মীনা বাদু শোৌকলুরবসু খোংকাপ অমা কাওবা চংপা ঙমদনা বাদ্দা ঙাম্নগা হুদ্না শি। অঙকপা মীশি অস্ত্রি কৈরোয় লৈকায়গী মীয়াম্না

অরুবা য়াকম অমা ওইনরে। নোংমা মোইরাংগী মীয়াম্না য়াপল অদু মরু ফংনা উশোই য়াশোই অমত্তা থাক্তনা ফুক্তোক্লগা য়াম্না চেকশিন্না পুরগা লাপ্পা মী তাদবা চীংথক্তা লংথোকখি। লংথোকখিবা য়াদুনা অমুক য়ানৌ চোংখংলক্তুনা য়াগী য়াপল ফারক্লে। থাজগী মঙালগুম্না য়াম্না ঙানবা য়াপল অদু য়ায়রুংচানা শোকলুবদগী থুদক্তা শিরে। য়ায়রুংচানা ভুদুনা শিখিবা মফমনি হায়বগী য়াইতুবী কৌনবদগী মোইরাংগী অশৈবশিংনা অঙকপা য়াপল অছু য়েংবদা পুলগী মীয়াম থূলদিয়খি হায়বদগী মফম অছু খুনদিনবী কৌনখি।

## থোকঙা তাংজপুং

লুয়াং লোইনাই য়াওশা তাম্বনা শাগী শারম লিদুনা শাদানবা লাকপদা লোইয়মচাবা অহোংবনা মানা শাদানবদা ফারকপা শাশিং অদু মীয়ামদা পীজহনা য়ু পীথকুনা লৈরম্বদু থেংনরম্মী। য়ু অছু থকপদা হেন্না ঙাওনবা হিদাক মনা অয়াকপা হাপ্পুনা থিংলম্মী। অছুগুম্বা য়ু অছু য়াম্না থকমনখিবদগী লোইনাই য়াওশা তানবহ চংপা ঙমদদুনা মথুক্তা পায়রিবা তংগী তাথোক অদুদা শৌরগা তার তারদুনা য়ানা চংলি। থর চংলগা মথোঙ থাংদুনা চংপা ঙমদহুনা তাথোক্তা শৌরগা তাংজ মায়থোং লুক্তা লেপ্পুনা লৈখি হায়বগী মফম অদু থোকঙা তাংজপুং কৌনখি।



## ঙানপিখোং

মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই থৌরাঙ্গাবনা অয়ুক চাকঙল চারগা হি তোংদুনা তোংজেংদা লান চৎপদা নোংমাই হাওত্রাইবা, অদোম হাওতা কোইবা, অরোন লিকনম্বা, য়াইথিং কাওরোংবা অমসুং নিঙোল কোনুসু মখোয় মঙাবু মথুং তুংদুনা পুন্দুনা পুরকই। মখোয় মঙানা মকম অসি য়ৌরকপদা থাদোকপিরো হায়না কপ-লাউবদা মনপ মতিলনা মশা পুমমক পুমচোং চোংখি। অদুদগী মকম অদু মনপ মপিখোং হায়নবদগী লেমলৈ ঙায়ামসু ফাই হায়দুনা ঙানপিখোং কৌনখি।

## ঙারুৎয়ান

লংমাই কোকপা তেন্দোংয়াম্না য়াওরৌ শাতানবা লাকপদা শঙাই অমা থেংনদুনা মথুংসু তিমেন তানা শঙাইদা লংবদা পামে। শঙাইদা পাল্লিবা তাগী তাতোন অদু পায়গে হোৎনবদা পায়বা ঙমদদুনা শঙাইগী মতুং ইমদুনা তারখি। য়াওরৌ শঙাইগী শালম লীদুনা তাম্নরকপদা লমখাংদা শারং য়াম্নুনা লৈবা থেংনরম্মী। লেলোই লংমাইনা শারংবু ঙারং কৌই। শারং য়াম্লম্মী হায়বগী মকম অদু ঙারুৎয়ান কৌনখি।

## ঙারিয়ান

নোংমাই থুমনগা লেলোই লংমাইগা অনিনা মাগী মাগী লমুগী লমদৈ থঙনসি হায়রিন। থুমননা মখোয় থুমনগী লমদি থঙনবা ঙা য়াম্নুনা থনম্মী। থুমম্না ঙা য়াম্লম্মী হায়বদগী মকম অদু ঙারিয়ান কৌরখি।

## ঙাংলৌ

তাউথিংমাংনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা ময়াম্বা য়োইমোংবনা মনাওমুপা তাউথিমাংদা মপাবু থুইতোম্পোক্লা লোইদদুনা থনম্বা ভুরেল অসি তেংসি হায়রম্মী। মশানৌ তাউথিংমাংবু নূং চেগাই তাদবা ইরিল ভুরেল মরীল তেংহল্লগা ময়াম্বা য়োইমো বর্না ভুরেল অচৌবা মরীল তেংলকপদা লিলোং য়ৌরবদা ফুনাল তেলহৈবা কৌবা থৌনা ফবা মুপা অমনা ঐপী ইলমদা ভুরেল তেবা য়ারোই থিংবদগী নোংচুপ পাংনা থৈথদুনা তৌখি। ঙাহাক লৈরগা ইরিল ভুরেল মরীল তেংলকপা মনাও তাওথিংমাংস্ন লিলোং য়ৌরকপদা মথাপাংনা তৌদনা নোংচুপ পাংনা থৈথখিবদু উবদা অয়াম্বা চংখিবা কয়া কুইরবগে হংববু ফুনান তেলহৈবনা কুইথ্রে খুমই! অদুদি ইয়াম্বনা চংখিবদু ফংনবা ভুমং শমগে হায়রক্লবদা ফুনান তেলহৈবনা ইলমনি, শম্বা য়ারোই হায়না খিংদুনা চংহন্ত্রবদা মথোয় অসি লান থেংনরম্মী। লানদা ফুনাল তেলহৈবগী তেলনা পাম্বুমা তাউথিংমাংগী খোইরি লিনশাং খোক্লা ঈন্দ ইঙাং অংনা লৌথোকং চেম্লে হায়বগী মকম ভুদু ঙাংলৌ কৌনখি।

## ঙাইতে লৌকোলদুং

নিংথৌ মুংয়াংচাউবনা থাংজীং চীংগী লোকয়াদা পুথিরি অচৌবা অমা তৌরম্মী। নোংমা শোবারেলগী মচামুপী লাইরেম্মা মচিল মনাও হরেংনা মথোয় মথোয়না শেংলিবা মখি অহ্ পুথিগী মপান্দা থম্লগা ঈরুজরম্মী। নিংথৌ মুংয়াংচাউবনা

ড্রিগী ঈশিং নৈথাইবগী শাউদুনা লাইরেম্মা তরেংকী মফি মরোল অহু পায়রগা ইমুংদা চংপ্রগা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখি। মহুদা লাইরেম্মা তরেংনা ফি পীয় হায়না ঙাহনা লৈ হায়বগী মকম অদ ঙাইতে কৌনখি। লাইরেম্মা তরেংকী অতোপ্পী অদু নিংথৌ চুংয়াংচাউবনা লৌরগা ময়ুম শাহনা মখোয় অনি লৈমিয়খিবা লাকোলনি হায়বগী মকম অদুবু ঙাইতে লোকোনমুং কৌনখি।

## ঙাহাপুং

মৈদিংঙু পুন্সিবগী মনাই মুয়াম শাফবা, চাথা ইলপুবা লাইচা ঙাখিবা মখোয় অহম্মা শিংনাং থাদুনা শোই ঙাকুনা ঙা ফাবদা ঙা য়াম্মা ফামনখিদুনা ঙানা পুং শানা পৈরম্মী। পুংগী ঙায়াম অদু লম্বীদা চংপা মীশিংদা ঙা হাদুনা য়োল্লম্মী হায়বগী মকম অদু ঙাহাপুং কৌনখি।

---

## চিঙ্গোই

লুয়াং নিংথৌ পুন্সিবগী মনাই লৈখিন নোংরিবথাং, হাওহু চাউরাইয়াং, হাওকুতেক নানথা মখোয় অহম্মা লাইক ইয়াচাউগী ঈশিংবু য়া মতাং কল্লগা উতোংদা শোক্লগা চংখি। হোংনেম লুয়াং পুন্সিবনা মনাইশিংনা শোক্লবা ঈশিং অদু ওকদবগী ময়ুমদগী লাকপদা লম্বথাংদা তরা চেং, মচং তেকুবা হুইয়া মানবা চেংনা চেংবুং শানা পৈরম্মী হায়বগী মকম অদু চিঙ্গোই কৌনখি।

## চিঙ্গাংলেন

চিংঙু ঙাংলেন ঙাংশাবনা ঙাং পাম্বী ময়াম ফুরুগা থারম্মী। মানা থাবা ঙাং পাম্বীশিং অসি য়েংবদা ঙাংনা ফজৈ শোন্নবদগী চিংঙু ঙাংশাবগী মমিং লৌহুনা মফম অদু চিঙ্গাংলেন কৌনখি।

## চেক্লাপাই

ময়েম হাওনা থুমপাকপু তেক কৌই, কাইখিবনা পাই কৌই। মখোয়না পুরকপা থুমপাক্ত লমথাংদা হাংতোকুনা য়েংবদা কায়রম্মে হায়বগী তেক্লাপাই হায়নবদগী মমৈথংদা মফম অদু চেক্লাপাই কৌনখি।

## চীংমৈয়েরেং

নোংমা লুরাং লোইনাই য়াওশাবনা য়াংরৌ শাদানবদা শজি মমৈ লোংবা অমা ফংরম্মী। মানা কারিবা শজি অদুগী মঙক্তা থৌরিনা পুন্নগা চীংগী অরোংবা নাপোম তান্না পুরক্লগা য়েংবদা শজিনা মমৈ অনি লোংবনে, লোইবী-চীং নাপোম, অসিনা লোংবনে, অরোংবগী অরোংবা চীংমৈয়রোং হায়বদু এইরে হায়বদগী মফম অদু চীংমৈয়রোং কৌনখি।

## চোংজিং ( ককচিং চোংজিং )

ঙানবা তেকচা পাম্বা শোয়া লাইহং থৌবনা থুম্বা লূদা চঙবা ঙা অদু থৌবান ইরুমলাই কৌবা মকোক অনি লোঙবা মমৈ

লোম্বা লাইরেননা মুমিং থুদিংগী ঙা চাথোকপদগী শাউদুনা মথুংদু থাঙনা লু মমুংদা ঙা ফাদনা চারিবা লাইরেনগী মকোক অদু ককথংলবদা য়াইথো, খমপুং, চীংখম চাউপোক, মুংলো ঙাংলো লান্না চাক্তারিবা অত্তোপ্পা মকোক অদুনা ঙানবা তেকচা পাম্বদু য়োংকদবগী ময়া কাথোক্তুনা পাইশিল্লক্রবদা অকিবা লৈত্রবা ঙানবা তেকচা পাম্বনা মথুংত্তা পায়রিবা অথৌবা থাঙ অদু হাই ফাইদনা ককপদা লাইরেনগী মকোক অদু চোং-থোকখি। লাইরেন মকোক অককপা চোংথোকক্তুনা তাখিবা মফমনি হায়বগী চোংজিং (ককচিং চেংজিং) কৌনখি।

## চজিং

থুমন চমু লুয়াং ও'বী চিংয়াই ঙাপু খুম্পীনা ময়াগা থংনদুনা মপাম খুমন্দা হল্লকপদা মচা শেনবা মীশাবদু লমথাংদা চাক শায়হুনা ইল্লম্মী হায়বগী মফম অদু চাকশাইচৌং হায়বদগী মমৈথংদা চজিং কৌনখি।

## চাইরেন

চাইরেন লৈশং কৌবা মথৌনা লৈবা নুপা অমনা মত্তম চঙনা চাউরবা পুং অমা খোল্লম্মী। মাগী মমিং লৌদুনা পুং অদুবু চাইরেনপুং হায়নবদগী পুংনা কোল্লিবা মফম অদু চাইরেন কৌনখি।

## চোথে নুংশুকচীং পানবী নাউথেমচীং

হাওন্নু তোনদোন্নু লৌথিবীনা মচান্নুপা মচান্নুপী অমতা পোক্কবদা মুথরায় ন্নুংঙাইতদ্রবনা থৌদু নুং অমবু মপারি শক্লা নহোং শাদ্রুনা মনক্ষন্দা পোশিল্লে, হাওপাল মনিং পাকপা পাল মতুম অমবুনা মমোম শক্লা মথাদা কোল্লগা নাউথেমখি। হে ইপারি ইবুংঙো চোথে পাখংবও, ইমোম লাংলেন পানবীও, নথোয় অনিদা হমানা পাঙমেনগে নপুক্লিং চঙনা তাউও। হন্কং ঐনা বাংলসি হায়বদা নহিক নথৌনা উংনা নশোং কাংদ্রুনা, বাংখংলু হায়না মপারি মমোন্নু কোর কোরদুনা নাউথেম্মী হান্ন-বগী মকম অদু চোথে নুংশুকচীং পানবী নাউথেমচীং কৌনখি।

---

## তাখোক

নিংথৌ লোইতোং পুরাংস্নগা খুমন পুরাংবা পুরুখস্নগা অথৌবা অনিনা তিমেন বা চায়নসি হায়না লানশিংনদ্রবা চায়ন-গদবগী মাংস্নোক্কুরগা মানা মানা পায়নবা তাখোকী হৌরককম ভাক্কুরগা চাঙ্গনৈ হায়বগী মকম অদুনু তাখোক কৌনখি।

## তাংখম

লোইমোন্ন কৌওইবী লাইরেম্বীবা হৈরুই হৈনারিকনবা তাবুক-বগী হায়দ্রুনা তাংখরম হায়বদগী মকম অদু তাংখম কৌরকি।

## তাংজেং

হৈরেম খুনজান নিংথৌ কাংলেন লৌথিবনা য়াওরো শাদানবদা মপুংস্থ তানা শাদা জুনবদা শাদদি পান্দনা লাইজ ঊরেন্দা তাখিদনা তা মাংখৌই। ওল্লকপা চঙীদা ঊশিং কংদুনা য়েংলুবদা তাদ ঊয়াইদা মখাং চেংনা লৈরম্মী হায়দুনা তাচেং হায়বদগী মখম অদ তাংজেং কৌনখি।

## তেন্দোংয়ান

হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুক্সিবনা য়াওরো শাদানবা চংপদা য়াদনা পোখাবদা মপুংস্থ লিক্লং তেন্দোংবু তলা পারেল উশাদা য়ানবদগী কাউদুনা থনম্মী লিক্লং তেন্দোংবু তলা পারেল উশাদা য়ালম্মী হায়বদগী মখম অদু তেন্দোংয়ান কৌনখি

## তোনসেন

পোইরৈতোন অমদি লৈমা লৈনাউতাবী অনিনা মচা শিদবুং শিবগী মুংঙাহনবা থৈচাক্কা তাওদুনা অশিবা মচাবু হুত্তোক্লমগা মচা হিংগৎনবগীদমক্তা শিদবা-য়াই, হিংবা-য়াই থিরকপবু থিকম থংলক্লুবদা শিদবা-নাদবা য়াই অশিবু কয়বা লাইনা কয়ম তৌনা শেয়থনো হায়না তোয়না তোয়না শোক্লম্মী হায়বদগী মকম অদু তোনসেন কৌনখি।

## তোরবুং

কেপে কুয়াওবা শগোলয়াংবনা লোইবী মরেম হাওদা হবেঁন তান্দাবা চংপদা হাও মুপা পুয়মক লোংথবদা মোইবুং পোংতৌঁন

শিবী লিক্লোন চৎয় ঙকথোনবী নুপী অনিংথক লানফা শক্লা ফারগা মকোক করম্বী। লোইবী মীকৌনা মরেমগী রাহৈদা অঙাংগী মখোল অপিকপবু তোরে! কৌই। মীগী মকোক অককপবুস্ত তোরো কৌনৈ। কেগে কুরাওবা শগোলয়াংবনা নুপী অনিগী অককপা মকোক অদু পুরক্লগা পুং অমগী মথক্তা থনম্মী। অককপা মকোক থম্বা পুংনি হায়দুনা তোরোপুং হায়বদগী মফম অদু তোরবুং কৌনখি।

## তোবুল

খুয়োল খঙ্গ হুইথৌবনা লৈয়েংহনবী অমদি লৈয়েংখুবী কৌবী তালোয় অনি তুরোয়না মোইরাংদা পাল্লম্মী। তালোয় অহন লৈয়েংহনবীদি মপারি অমা শাংতুনা মনাইং মখা তেমজ। তালোয় অতোপ্পী লৈয়েংখুবীদি মপারি মমোম অমত্তা মমিংতা উদবনে, মচেম লৈয়েংহনবীনা কল্লক খঙ্গন্দুনা য়েংশিনবনে রানা লৈরম্মী। নোংমা অয়ুক অঙনবদা তরা চাকঙল চারগা খুয়োল খঙ্গ হুইথৌবনা মশানৌ তালোয় অনি পুরদুনা লবুক্তা লৌতাবা লাকই। ইশানৌ নখোয় অনিদি য়োংলেন খুংতা পায়রগা তেম্পাক লৈতুম কাংলম্মু। নশাবি ঐদি চৌংগী পামলৌদা ওক-লেন লাবা থরাউবনা পানাউ-শিংনাউ খোংতুনা পান্দোং কাবা ঙমজ্রে। কোংয়াং রানা কৈরোই খাদুনা য়াওরো শালম থিংলুগে, ওকলেন লাবা হাংলুখিগে হায়না লিকুং খুঙা পায়, থেন্দোং নমদা পোহনা খোঙশানখি। মশাবিদু চংবদা লৈয়েংখুবী অতোপ্পীনা য়োংলেন লেংদা খোংলগা থালৈ লৌয়া কোয়রকপদা

লৌরি কাচিন্দা কুপায়না শাংলম্বা লৈরাং মাবু উবদা লৈখোং
াদা চঙহনা “হা লৈরাং ইতারোই ! লৈয়েংশুবী এইহাক্না পারি
বুঙো শাংত্রিগে, ইমোম লাংলেন পোমত্রিগে মুবাগী নাপ্পদা
পারি শক্না লৈরাং নঙবু থেংচগে” হায়না হাঞ্জৈর কৌবী
লৈরাংদ হেক্লগা মুরাগী নাপ্পদা থেংতুনা মচেমগী মাঙ থানা
য়োংলেন পুস্তা পায়দুনা লৈপাক তৌরম্মী । লৈয়েংশুবী মনাওগী
নাপ্পদা চিল্লিবা লৈরাং মাবু উবদা শিঙ্লেগী লৈচৎনা ফজবনে.
মুরাগী চেংলৌ শক্না হেনবনে শকা লৈগা চৎনবন মশাবি খঙ্গ জুই-
থোবনা উরগা পুক্লিং থোয়রাংগদবা মতৌদু উবদা কন্ত-লৌশিং
চাউবী লৈয়েংশুবী মচেম্মগী পুক্লিং লাংকুবা হৌরক্নে । পুমিং
তারমদাইদা থুয়োল খঙ্গ তুইথোবনা কেক গুংলবগা তালোয়
অহন লৈয়েংশুবীনা মশাবিগী নাক্না চঙলক্লগা নাপ্পা চিক্না পাওং
মেয়রকই । “শাবি থংলেন ইবুংঙো ! নশানৌ মুংশিবী লৈয়েং-
শুবী অতোম্বীদি অথোবনা কেক চংবিবগা কেগে পাখং শকক্লবা
অমগা মুংশি পাওমেয়হনা পাখংগী থুনেল লৈরাংবু পুরাগী নাপ্পদা
খেংলগা তাওফিং হৈরাং লাম্নহনা চাথিনৈ । মশানৌ তালোয়
অহল লৈয়েংশুবীগী বাঙ্ক বাচায়দুনা থুয়োল খঙ্গ জুইথোবদো
মপুক্লিং চিংনহনা মশানৌ তালোয় লৈয়েংশুবী অতোম্বীবু
য়েংবদা মপুক্লিং হরাও মুংঙাইবা-মতৌ উবনে, নাপ্পদা ঙাপ্পিবা
লৈচৎ হেনবা লৈরাংগী লৈশক উবনে, অশাউবনা থুতোন কাশিহনা
লিক্লং থুংতা পায়রগা তেম্পোংদগী তেল শংতুনা মশানৌ তালোয়
অতোম্বী ভয়া তেল কাপ্লক্লে । লৈয়েংশুবীনা হৈয়ম পোম্বুনা

রানা তেম্পাক তৌরিবৈদা তেলনা পাইশিল্লকপ্না নুরাগী মখাংদা পানবদা লৈখোক্তুগী লৈরাং কেনবগুম মালেম থক্তা লোংনা হাইথক্রে। তেনজিন্দগী চেল্লরকপা ঈনা মশা পূম্বা পুমচোৎ চোৎ, হৈরাং মরু গুনখিবা তাউজিং মমুল ফাজিল্লকপনে, তেলগী চৈনা-পোল খাঙবা ঙমদদুনা লৌরিথক্তা থাংদোংননা মথরায় থারে। মী অতৈনা উগ্রবদি রাথোক ওইবা তারে খল্লদুনা মতৈ মনাওনা লৈয়েং খুবীগী মকোক্তা য়েংলিবা লম ফাদবা কোকশেং ফিনা অশিবা মশাদ্‌ কুপশিল্লগা লোল্লা মৈ থাবদা লাইগী নোংদমদগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা লাক্লুনা ঈখেং তৈরবা ফিহু হমখি-দুনা নোংয়াই থিঙোন খুক্লনা লোক্তাক্তা হি তোংদুনা ঙা ফাবা লাকপদা মাগী হিরুবাক্তা ফি অদু তাররে। খুয়োল থম্ব হুই-থে বনা নুংশাখীবগা লোয়ননা নোংথক্তা পাইরিবা ফিগী মতুং ইল্লা তায়রকপদা নোংয়াই থিঙোন খুবনা মাগী হিরুবাক্তা তারিবা ঈঙাং তৈবা ফি অদ্‌ পীয়্‌ হায়বদা পীত্রবদা ফিগী বাহোংদগী মখোয় অনি ফুনবদা নোংয়াই থিঙোন খুক্লনা ঙমদ্দুনা খুয়োল থম্ব হুইথে বগী মথুং অনিদ্‌ তৌ তংথাইনা তুংবুল্লনা পুল্লগী। তৌনা পুলি তৌ-পুল হায়বদগী মকম অদ্‌ তৌরুল কৌনখি।

## তাউথোং

মোইরাং নিংথৌ লাইখিজিংথু, উরা তেলহৈবা হাক্তক্তা কুমথি কুমগাংদুনা নোং তাদবদগী মহৈ মযোং কৌ থাবা য়াদবদগী হায়দুনা মী অমা শিনা অরে থমহনা নিংথৌনা অমাইবা অয়াইজী

কৌখংলগা চিংঙ্, খাংজীং লাইবু ঈরাং থৌমিদুনা ঈশিং নিবদা লক্কৌদনা নোং য়াম্না তাদুনা ঈশিংনা ঈথক ঈপোম নাইনা চেম্ব-রকপদা উপাল রাপাল তৌ শিংনাং ফুক্কুনা তাউথরকই হায়বদগী মকম অদু লৌরাং তাও কৌনবদগী মমৈথংদা তাউথোং কৌনখি।

## তাকয়েন

হোংনেম য়োই খুঙ্গাওনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইবগা উক্রোং কোংনবা ইরোই তাইপোঙ্গী কৌবা উজাউ অদু চিংলগা পুরকপদা লমখাংদা লোইদাম থাশিং গুরবী মবুক কংবী নুপী অমা থেংনরম্মী। মৈদিংঙ্না লুরাং গুরু পুঞ্জিবগী মশাইকোল কদায়দনো হংবদা পুক কংবী নুপী অদুনা মাবু অমুক্তা খোঙনা কাপ্পোকপিয়ু তাকচগে হায়রক্লবদা হোংনেম য়োই খুঙ্গাওনা নুপী অদুবু মখোঙনা কাপ্পোকপিরে। পুক কংবী নুপী অদুনা হরাঙ্ক-রদুনা "লাইরেন মৈদিংঙ্, ইবুংঙো লুরাং গুরু পুঞ্জিবগী মশাই-কোলদি অসিনি" হায়না খুদোম্বীনা থিম্নুনা তাকপা মতুংইন্না নিংথৌনা য়েংই হায়রুনা তাক-য়েং হায়বদগী মকম অদু তাকয়েন কৌনখি।

## তাকয়েন পুককানবি

মচা পোকপা ভমত্রবী পুককংবী নুপী অদুবু নিংথৌ হোংনেম য়োই খুঙ্গাওনা মখোঙনা কাপ্পোকপিগিবা মকম অদুবু তাকয়েন পুককানবি কৌনখিব

## তেনথা অমসুং তেকচম

তাউ হুইয়েং অহনবনা খোরকপা উবদা থ্বাই নোংজেংবনা 'লিরি থম্মোয় তিং লকা তেন্দম লাক্লা তেন্দম্বদা লাঙ্গোই খোংনেং শগোলগী মথাদা তেলনা পানবদা তেক্লিন তেক্কুনা ভারকই হায়দুনা তেলতা হায়বদগী মফম অদু তেনথা কৌনখি।

থ্বাই নোংজেংবগী অতেকপা তেলমৈ অহূনা জম লাউবা মখোলগা লোয়ননা নৈপাক্লা তারকই হায়বদগী তেকচম কৌনখি

## তুমু

চীংখোং পোইরৈতোন্না লৈমা লৈনাউতাবীগা লোয়ননা থুন্দাবদা ফবা শিরোই-নারোইদবা মফম থিরকপদা শেম্মী কবো মচাশিংনা অশিবগুম মুম্থক মুনা তুমহূনা লৈরম্মী হায়বদগী মফম অদু তুমু কৌনখি।

## তোকপা য়েনকৈচৌং

কেগে উমুনাই শোইশেনবগা অঙৌবা তোরাবগা অনিনা চীংয়াদা চেল্লিবা ঈশিং খোংদা লু থুমদুনা ঙা ফারম্মী। নোংমদি অঙৌবা তোরাবনা লু কাইবা লাকপদা মাগী লু অদু কংফান্দা চিংখৎতুনা থনম্মে। নুমিৎ থুদিংগী ঙা পিক থন্না য়াংবা লু অদু ঙা অমথক্তং য়াওরম্বদু উবদা অঙৌবা তোরাবনা শাউদুনা শাকন্দা য়াল্লিবা থাঙদু লৌখোক্লগা উমুনাই শোইশেনবদা থানা য়েংলম্নগা ঐগী লু কাইবা মীদু মশক থঙলবদি ঙা ককপা অম্মা

তাংজ লুরেন কক্কদবনি হায়না থাঙনা ঙাদ্রে ককথংলে। অঙোবা তোয়াবগী য়াঙাং, মাগী মিংয়েং অদ্ উবদা উমুনাই শোইশেনবদ্ শাউরদ্না অঙোবা তোয়াবগী মনাক্তা লাক্লগা নকাক্লা ঙা হাংপা মতমদা ঐঙোন্দা কল্লিগী খানা য়েংলম্লিবনো হংলক্লে। অস্থুম্না মখোয় অনিদো উশিংনদবা য়াঙাংনা চৈ-থাংনয়ল্লগা নমনদ্না ক্ষুনরে। অহানবদদি উমুনাই শোইশেনবনা লাকচরম্মী। মমৈ-থংদা চহী য়াম্বনা মপাঙ্গল ময়েং তারক্কুনা ইনথংলক্লিবা পাখং অঙোবা তোয়াবনা লাকচরে। উমুনাই শোইশেনববু নমলগা মবুক্তা ফমদ্না নাকন্দগী থাঙ শংলগা মাগী তাংজ লুরেন-তোনবু ককলে। উমুনাই শোইশেনবগী তাংজ লুরেনতোনবু পুরগা অঙোবা তোয়াবনা হোই লাউর-লাউরদ্না মযুম তাম্না লাক্লে। মতম অসিদা উমুনাই শোইশেনবগী তালোয় মরুপ্পীনা মপুয়োইবা হল্লক্লে লেমলৈ ঙায়াম ফারমাল্লে খল্লদ্না ভরা চয়োম পুরগা লাকপদা লম্বীদা অঙোবা তোয়াবগা থেংনরে। মপুয়োইবগী তাংজ লুরেনতোনবু উবদা নূরা মাদি পাখংভুনা কপ্লক্লে। করি মরমগীদমক্তা ইশাবি উমুনাই শোইশেনববু য়াইবী থবায় লৌরিবনো হংবস্থু খুল্লমদে, মশাবিগী তাংজ লুরেনতোনবু পীরম্মু হায়জবস্থু অঙোবা তোয়াবনা য়াদদ্না চংখি। লাই-বকচাউবী ইবেম্মদো কপ্লমথৈ কপলুরগা হায়ফম কৌফম খঙদদ্না মশাবি মমানমচাগী য়াইবী থবায় য়াওব্রবদা শমু হকচাং তারিবা মফম অদ্ তাম্না চেল্লক্লে। ঈঙাং পাকত্রকনা ঈমু পামক্কেম্না ঈখেং মরক্তা চংবী লক্কু মভুপকুম তারিবা মশাবিগী থবায়

য়াওগ্রবা হকচাং অদু বু কোল্লগা কপলক্লে। মহাক্না পুরকপা তোকপা য়েনফৈগা তরা চাকা য়োম্লকপা চয়োম অদু লোইবী চৌংথক্তা পুখংলগা "শাবিনী য়াইবী মশামক। নখোয়না ঐনা পুরক্লিবা তরা চয়াম অসি চারো। 'ইশাবি উমুশাই' শোইশেন-বদি য়াইবী থর'য় য়াওদ্রবনিনা তরা চাউ য়াদ্রে"। 'অসি হায়দনা মোমন্নু লাইবকচাউবীনা' কপ্পা কংপ্পা য়ানা পুরকপা তরা চয়োমদু লোইবী চৌংথক্তা থারে। তোকপা য়েনফৈনা য়োম্না তরা চয়োম্ন থাই হায়বগী মফম অদু তোকপা য়েনফৈ চাং কৌনখি।

## তৈতুপান

থাঙ্গ শোকচোঙ্গীনা মবুং কম্বোং ঙাউঙৌবা মখোয় অনিনা লমখু্নু ফাগদবগী ভাবরকপদা কৈগী শালম ফাওনা শামাঙ্ শম-দ্না চংপদা কৈনা মকোন্দগী থোরক্লগা মচল থাঙ্গ শোকচোঙ্গী কাদ্না চারে।' মদু উবদা কম্বোং ঙাউঙৌবা কিদুনা চেল্লম্মী। মচল চাবা লোইকাংত্রিজৈদা কৈনা মবুং ঙাউঙৌবদুদু হাংডুনা চাবদা কৈদু মবুক তৈন 1 (থম্ন!) চারে হায়বদগী মফম অদু তৈতুপান কৌনখি।

## তরা কোম্নচাং

শেলোই লংমাইনা থুনকম ভাংজেং লান্দাবা চংপদা হৈঙাং পাঁঙা দু থুর্মহুনা ঙা কারিবা নিংথোগী অনাই কদেম শোইশেনবদু

শিরব্রা শিগ্রিবরা হায়না মথোঙনা তাদুনা য়েংলম্মী হায়বগী শাউহনা মৈতৈ লাম্মীশিংনা নাগা ভুরেল খোংন্নুংদা লান নুমদুনা লৈরগা শেলোই লংমাইনা লান ওমহনা হন্নকপদা চোংথোক্লপা থংতুনা হাংপদা তুংথংবা শেলোই লংমাই তরাখক্তি নাম্বোকুনা চেনখি। চেনখিবা মথোর ওঙ্গানা চীংদা কাখংলগা কোয়হনা কপলম্মী হায়বগী মকম অহু তরা কোয়চাং কৌনখি।

## তাতাপুং

শেম্বী কবোনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লবদা মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বা মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লাম্বা থুমন নিংথৌ ভানহু লাম্বা নিংথৌ অগুম্বা লানওং শিন্নরগা কবোগী তাইপোং লাম্মী তেঙ্গোলবু মায়থীবা পীরগা শামু মোরাম্বা কৌবা নিংথৌগী খোংনেংশাঙ্ক মুন্দুনা পুরকই। শামুগী মথক্তা হাপ্পুনা পুরকপা তিমেন তা ময়ামদু ভাহৌবা মকমদু তাতাপুং কৌনখি।

## তরাখং

হৈরেম চন্থুয়া অমা ঈশিংদা তাদুনা শিখিবু মীয়াম চত্তদুনা খিবদা কংক্রবদা মাবু পোকপা মপানা তরানিওবা থুমিংতা খিবা কংহ হায়বদগী মকম অদু তরাখং কৌনখি।

## ভুসম

নিংথৌ য়েংস লাংবনা মাগী নুপী লাইমব থানমীথা লাকপন্না শমহুনা চংলি হায়বগী মকম অদু ভুসম কৌই।

## তরাঙ লৌচিংকৈ

চীংখোং পোইরৈতোম্না অনা-অয়েক লৈরোইদবা থুন্দাবদা হুংঙাইগদবা মকম থিরকপদা চকপা অঙোচীংগী মনাক্তা লৈবা হাওস্নু খুন্দোলগী লমদা হৈরাং চাক্রবদগী অকুম লাইহৌ তৌদুনা নিংথম চন্দুনা চংপা ঙমদদুনা ফমথে। মানা ফম্বদা নিংথম্বনা তর তর চিংশিন্দুনা মখদাংগা থুকউগা নলশিন্নদুনা নিক্তা নিক্তা নিংথম্বা খাংবদা মশাদু কৈনা কৈনা চিংলম্মী হায়বগী তরাঙ লৌচিংকৈ কৌনখি।

---

### থংজা

মোইরাং খাইদেম লৌথিবনা নোংবান ফাম্ভেক অচাবা চম্নুবু কোহদুনা মখোয় অনি মুংশিবদগী লোন-লৈনগদৌরে পাউদু তাবদা মতু হৈরেম চম্নু লৈমা লুরা খোঙ্গীনা মথরায় মুংঙাইতদুনা মপামদা লোম্না চংখিদুনা মবুং হৈরেমচা কবা হারৌথিবদা হাকংলি। হে ইবুংও! ইথংলেন খাইদেম লৌথিবনা নচল ঐবু থওইবিদনা তম্ভোকপিরগা নোংবান খাম্ভেক অচাবা চম্নুগা লুহোংগদৌরে। হুরেল মখোয় অনিনা হি তোংদুনা লম্মাং-দোংদগী মোইরাং তাম্না লোক্তাক শমদুনা লাকপদা ইবুংনা হারকপিয়ু হায়জখি। মচলগী অরাঁবা মৈচাক্ত য়েংবা ঙমদদুনা কবো হারৌথিবা মবুংনা মবুংদু খাঙলেন অদু নুংদা ঈশিং চাইদুনা থোকা কেংদগা মোইরাং খাইদেম লৌথিবা হরকপা

ঙাইখি। কেগেনা তেংথানবা মোইরাংনা হায়নবদা মথুংস্থ থাঙ-লেন অথৌবদু থারব কৌই। মথুংস্থ থাঙলেন অথৌবা পায়রগা ঙায়খি হায়বদগী মফম অদু থাঙ্গা কৌনখি।

## থোঙ্ঁথংবী

থুমন খোংগলয়াং অয়াংবনা ল মাই লমদমদা হি তোংদুনা লাক্লগা হিন্নুংদগী মথোঙ কারন চয়া কংকান্দা চোংথংলি হায়দুনা খোঙ-কারনবী হায়বদগী মফম অদু থোঙ্ঁথংবী কৌনখি।

## থোপমরো

খুম্বোং পায়াবা চেপা লেংইরোইবনা শোই ঙাকুনা ঙা কারিংঙদা থাঙ্গ কম্বোংগী মপা-মতোলশিংনা ঙসি নঙনা শোই ঙাকুনা ঙা কাবদি লেমলৈ ঙা কয়া য়ায়া চঙবগে হংবদা খুম্বোং পায়াবনা য়ায়া চঙদে ঙা থোপ'মদা চঙই থুমই নোংমা চপনা-শোই ঙাকুনা ঙা কা কাবদবু ঙা থোপ'মদা চঙবা হৌনদে থোপ-মরো লৈরমগনি শোয়রম্মী হায়বগী মফম অদু থোপমরো কৌনখি।

## থিং পাংকাই

কেগে কাকলেন নোংদম সুজা অথৌবগী মচানুপা খুংচপ চৈমিয়াংনা মপাগী মরুপ চৌংশাং লাকপগী মনাক্তা লাকপদা ঙরুং হাওখুনগী হাও পাংথংশিংনা খুংচুপ চৈমিয়াং উবদা উশিংঙদুনা মুক্তা শায়সি হায়খি। খুংপু চৈমিয়াংনা মপাগী

য়াথং লৌরগা চরৈ ভবোংদি থান্নহনা হাও পাখংশিংগা চাকঙলু চারগা মুমিং তরেংনি চুপ্পা মুক্তা শান্নখি। কোরৌ মুমিং তরেংনি খিংনা ফাইনা মুক্তা শান্নে হায়বগী মফম অদু থিংগাংকাই কৌনখি।

## থৌবাল

ঙানবা কজেং শাংবগা ঙানবা কজেং তেনবগা মখোয় অনিনা নিঙ্গাই তৌনবদগী অচুম-অরান খঙননবা লাইগী খুদম চাংদম য়েংনসি হায়নহনা ঈশিংখোং অমা লাম্না চোংনরম্মী। ঙানবা কজেং শাংবদি মীওই মীতৌ চাউ-শাংবনা উশিং থওইদনা ঈশিংখোং অহু চোংবদা লানবা ঙমদদূনা ঈয়াইদা তাশিল্লে। অদুগা ঙানবা কজেং তেনবদি মী পীকপনিনা য়াম্না শাজেন তৌনা মমিং উইশিন্দুনা মলম লমগী লাইবু নীংশিংদুনা কম্বি হৌনা চোংবদা লৈরাইদা তারে। অপিকপা মানা চুম্বদগী ইথা থাজদনা লৈরাইদা তাবদুদা কুম্মৈ য়েংলবা মীয়ামনা থৌইদা অথৌবা নমিং নমায়বু করম পানবনো করেমনখি হায়দুনা থোপান হায়বদগী মফম অদু থৌবাল কৌনখি।

## থৌবাল লমনা চুমবলম

মখোয় অনিনা অচুম অরান য়েংননবগীদমক্তা ঈচোং-নখিবা মফম অদুবুনা থৌবাল লমনা চুমবলম কৌনখি।

## থাঙ শোই

থুয়োল থাং থাক্লংবনা থাঙ চীংলক্তা ঙা য়াম্না চাবা উরদুনা কাগদবগী কাউশৌ শোয়ালু থুম্বদা ঈশিং ঈচেলন্না থাঙ য়াইওইরা

## থিংবা

চীংখোং পোইরৈতোম্না শিরোই-নারোইদবা অকবা খুন্দাবা য়াবা মফম থিবদা চীংমায় কয়া লান্দুনা চংলি। মানা চীংদগী লোক তম্না কুমথরকপদা লোকী ঈশিং ঈচেলহু নুংনা পল শাহনা ঈশিং থিংলম্মী হায়বগী মফম অদু থিংবা কৌনখি।

## থাঙ্জামপাং

কবোগী তাংঙম্না কৌবা শা-লান্দা কৈ-শিংবা অথৌবনা কবোগী অকনবা খোংমী লাম্মী তাইপোং তেঙ্গোল তরেং পুরক্লুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লবদা মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বা, মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লাম্বা, খুমন নিংথৌ তানদৃ লাম্ববা (তিনবান লাম্বা) নিংথৌ অহুম্না লৌতুনরগা মায়কৈ য়েংখোক্লহনা লানথেংনবদা তাইপোং লানমী কায়দুনা চেনখি। ববো লানমী ময়াম হাংপগী ঈখেং তৈরবা থাঙশিং অদু পাংকী ঈশিংদা কুমথরগা চাম্মী হায়দুনা মফম অদুবু থাঙ্জামপাং কৌনখি।

## নোংমৈবুং

কংলাগী মেন শুক্রংদগী নোংপোক লমদমদা নোংমৈপুং পুথোক্লুনা নোংপোক মায়কৈগী ওইনা চুপ ওইদুনা লৈখি হায়বগী নোংমৈবুং কৌনখি।

## নম্বুল তুরেল

খাংখি খোংজোম্বনা ময়েংবম চনু য়াওরৈবী লোৎনা চে লৈগী নিংথৌ ওই। মশক মজো ফজবী য়াওরৈবীবু মৈতৈ নিংথৌ

নাওঙকংবনা মুন্দুনা লৌখিবগী মুংঙাইতবনা চাবা থকপা চঙদনা মতম থর লৈরগা মমৈথংদা লেন্নু লৈমা লৌই। চহী অহুম চুপ্পা পাম্নরবা মতুংদা চিংজেন নায়ন পাঙ্গনবা পোকই। পাঙ্গনবনা ময়াং লৈবাক্কী নিংথৌ খোংনাং ফেন্দ্রিগী মচানুপী লৈরী লৈশাং-খোম্বী লৌদনা থিবোংনৌ অমম্নুং মোম্হে কৌবা মচানুপা অনি পোকই। পাঙ্গনবগী মতুংদা থাংযি তাউবুং খোংদৌবা পোকই। মপা থাংযি খোংজোম্বনা শিরবদা থাংযি তাউবুং খোংদৌবনা লুরাং গুরুগী মচানুপী ইরেম তোইবী লৈমা লোংদনা চেংলৈগী নিংথৌ ওই। পাংথং অহনবা, য়ুনাউরোই য়াইমবা কৌবা মচা-নুপা অনি পোক্লবা মতুংদা ইরেম তোইবী লৈমা অসি লাইগুং থুংবদগী মশক থিদনা য়েংবা য়াদ্রবদা লৈবাক মীয়ামগী মমাঙদা ইকায়বদগী ইরেম তোইবী লৈমবু মপামদা খিনবিখি। লুরাং গুরুনা মচানুপীবু লাইগুং কোল্লবা ইরেন অমদা লুপহনবদা লাইথুং পুম্নমক কোকখিংনা নহা ওইরিংঙ লৈশারিংঙদা ফজরম্বা শংক্ষম অদু হক্তিনখি। তোইবী লৈমনা ইরুঙ্গদা লাইথুং কোকখি হায়দনা ইরেল অদুবু তোইবী লৈমা ইরেল কৌনখি।

নোংমদি থাংযি তাউবুং খোংদৌবনা মনাই অচানবা শোইঙা-রাবা পুহনা হিদা শাদানবা চংপদা নুমিং অদ শা অমত্তা কাদপনা কল্লকপদা লমথাংদা পুন্নু অমতং কারম্মী। শোইঙা-রাবনা থুন্নু অদু লৌগদবগী মৈ লৌবা লুরাং গুরুগী মশাইকোন্দা চঙলকই। শোইঙারাবনা মৈ লৌরগা থুন্নু লৌরিংঙদা তোইবী লৈমনা মপান থোক্লগদা লাইথুং কোকতুনা মশক মতৌ ফজরম্বু

উবদা ঙক্কনা য়েংলিঙ্কেদা থুমু কাথোকখ্রে    লৈমা য়েংলিঙ্কেদা থুমু কাই হায়বদু বারী অসিদগীনি। শোইঙারাবনা চেল্লক্কনা মবুঙো থাংম্বি তাউবুং খোংদৌবদা ইরেম তোইবী লৈমনা শাইথুং কোক্কনা মশক মংতো ফজবগী পাউদ তম্বদা পামকনা মপু মনাই বা তাম্নরে। মবুঙোবু হিন্নুংদা অশিবা শাদনা হিপহল্লগা ফিনা কুপশিন্দুনা ফিদা হৈঙাং হৈনা ঈ মান্নবা তৈশিল্লগা শোইঙারাবনা মবেম্মা তোইবী লৈমগী মনাক তাম্না চেনখিদনা কপল্লুরে। "ইবেম্মা তোইবী লৈমা! ইনিংথৌ থাংম্বি তাউবুং খোংদৌবদি য়াওরৌ শাদানবদা শানা শোক্কনা শিবা মচেৎ খাক্কা লৈহৌরে। ইবেম্মবু শিন্নমদ্রইদা মশক অমুক্তং উন্নগা শিন্নবদি মুংঙাইগনি কৌরুচো অকপিবদগী ননাইনা চেল্লরকপনি। ইনিংথৌদি য়াম্না বানা হিংদন্দা ইবেম্মবু ঙাইদনা লৈহৌরে। খিল্লবদি থবায় থাবনা হায়গনি" হায়রকপা শোইঙারাবখী বাদ ঙাবদা ইরেম তোইবী লৈমদ কপ্প কপ্পদনা হিদেন তাম্না চেল্লক্লে। মশাদা কুপ্পা ফিদা ঈঙাং তৈবদ উবদা শানা শোকপগী ঈনি খল্লুনা পাখংতুনা কুমথরগা মবুংঙোগা মখোঙ কোল্লুনা কপ্লক্লে। শিশিন-নক্লিবা থাংম্বি তাউবুং খোংদৌবনা হৌগংলক্কনা তোইবী লৈমগী খুংজেং পায়রগা শোইঙারাবনা হি হোল্লুনা কোম্নুং তাম্না পুরক্লে। মখোম অমিনা অমুক নৌহৌনবা পানমিমন্নবা মথুং কাইনবংদা কাযু অতোপ্পা কৌবা মচা লুপা অমা পোক্লম্মী।

কাযু অতোপখসি অতোন অতাংবি খল্লুনা বকা মপানা লুম্ন চান্না তৌখদগী নৌবাংতুনা মযাম্না অনিযু-থম্বৈ উশিংলমক্লে।

অচিল মনা ও অঙ্গম্বা লম য়েন্নবদা ময়াম্বা অনিনা কংকম থোকপা লমবু কাম্ন অতোম্বা মনা ওন্নুপানা অহীংদা চংলগা হামুল নৈহুনা উরোং ফিন্দুনা থমখি। নো ঙাল্লগা ময়াম্বা অহল পাংথং অহন-খনা ইশানৌ কাম্নু অতোম্বা নঙনা নয়াম্বা ঐথোয়না কংকম থোকপা লমবু মুল্লিবসি করিগীনো হংবদা ইশাবি অনিদি পলেম নমা পামদবীগী মচানি। নশানৌ ঐদি পলেম ইমা অপাম্বীনা পোকপান থুমকই। পাংথং অহনবনা, করি বানো ইশানৌ অতোম্বা নঙবু পলেম পক্নৌ তিম্নবা পোকমিন্নবা ইশানৌ নত্ত-খন্নে হংলক্লবদা ইশাবি অনিবু পোকপী নমাদি ইপানা পামদে লাইথুং থুংবদগী থাইনদুনা মপামদা লৈগ্নবনি। ঐবু পোকপী পলেম ইমাদি মশক মতৌ কজবদগী ইপানা কাদুনা পুন্নকপনি। অহঙুম্বী অপাম্বী পলেম ইমানা মচা ঐঙোন্দা পীবিবা লমনি, মুনক্ষম থোক্কুনা মুনবনি হাম্বনা ময়াম্বা অনিগী লমবু মুনদুনা লোখিবা তুরেলনি হায়দুনা লম্মুল তুরেল হায়বদগী লম্মুল তুরেল কৌনখি।

## নম্বোল

চাউোই মোইমোংথা, তাতিখিংথাং মচিন মনাওনা লিংজিন্দু তুংদুনা থমাই চাংদোন থদুবা লোই তাকই। লেমলৈ অকক-অনুম্থ্ অমত্তা চিথেংলগা থাদলা ওয়াম থাজনখিন্দুনা পুন্নী [illegible] চবে খিন্না য়োয়না [illegible] মোরংহুনা তাকাকা পুনকই হায়রগী অঙম অহ নহোল্ [illegible] কৌনখি।

## নহাবুং

মৈদিংঙু পুনশিবা মুয়াম শাকবগী মনাই চাখা ইনস্রবা, লাইজ ঙাথিবনা ঙা ফাবদা ঙা য়াম্না ফামনখিবনা ঙায়ামদ্ পুং শানা কৈদোক্কনা অরাকপা মীদা ঙা হা-হাদ্না য়োল্লি হায়দ্না ঙাহাপুং হায়বদগী মফম অদ্ নহাবুং কৌনখি।

## নিংথৌখোং

মোইরাং নিংথৌ ইথাই কাইরেম্বনা মনাই ঙাইখোং লম্পু অচানবদা ঙাইখোং শুঙ্গংদা চৎলগা লোই থৌরুচো থৌদারম্মী। নহাক্না লোই থৈবা চৎপদা ঙাইখোং নিংথৌ থোংঙাবনু কুম-লকউ, নচানুপা নিংথৌবসু লাকহল্লু। নখোয়না লাকপদা কৈ অমা ফারকউ, হি অমসু পুরকউ। ইতৈমা মোইরাং লৈমা লাই-তোন লৈমা খাংনৌবীনা মেহক মেন্দোংগে; পুই ভুখোং তেংগে পৌরাংলিবসিদা মা'য়োক য়ানবা ঙাইখোং লমদা ফংবা নিংখিজবা পোংলম চৈরম খিবিকসু পুরকউ হায়না পাউখোল শিংহনা থাখি-বনু লোইবী ঙাইখোং শুঙ্গংনা হি অমদি যানদুনা শেমলগা থারকই কৈমদি থারকে।: মচানুপা নিংথৌবা থারকপা ঙাইখোং নিংথৌ থোংঙাবদি কুমকে। মোইরাং নিংথৌ ইথাই কাইরেম্বনা মাবু ভালিং থওইদম্না তে নিবনি হায়বগী শাত্তবনা থাজলন মথুংমক্না ঙাইখোং নিংথৌগী মচানুপা নিংথৌবনু মথবাক কৌবগা থোংঙা নমশিল্লি হায়বগী মফম অদু নিংথৌখোং কৌরমখি।

## নিংথৌজা

হৈরেন খুনজান নিংথৌ কাংলেন লৌথিবনা ভম্না চয়োম পুদনা য়াওয়ৌ শাদানবা লাকপদা চয়োম ঈশিংদা তাখিথবু নিংথৌ মশানা কুমদনা ঈশিংদগী চয়োম লৌথংলি হায়বগী মকম অদু নিংথৌজা কৌনখি। নিংথৌবা কৌব্রিহৈদা মকম অদু কোকপত্তা কৌনরম্মী।

## নোংশাথাম

কৌবা অঙাংঙানা য়াগী শগাই থক্তা তোংলগা মখুংঙা তাউজিং হৈরাং পায়দনা য়োইমনাই তাউদল অঙানবু কেক থোরকপদগী ঈরাংপদা মাগী মাপা য়োরকপদা য়োইময়াই অঙানবনা পেনবিরদনা মুংশা মঙাল খামই হায়বগী মকম অদু নোংশাথাম কৌনখি।

## নোংয়াই ইরাওথু

নোংয়াই হাওবা অথোবগা পোইরে মইত্তু য়াংথৈ থোইয়া অথোয়ুগ্গা অনিনা লানশীনহন্না তা চাইনবদা নোংয়াই হাওবা অথোবনা হান্না তা ছনবহু য়াংথৈ থোইয়া অথোবদুদি পাম্দনা মনাক্তা থোবা লাং পাম্নীদা পারে। য়াংথৈ থোইয়া অথোবনা তা ছনবদা নোংয়াই হাওবা অথোবগী থৌরি চাকি য়োংকমদা পারবদা মখুংনা অংশংতোক্লমলগা মমাঙ ওন্দুনা চেরে নোংয়াই হাওবা অথোবনা চেনা চেনা খুমনগী তা কাবা লু থুম্বা ইচিল ইনাও [illegible]

কনা লৈবগে ঐগী থরায় কনবিয়ু হায়না লাউবদা তানা পানফম চাদনা পানবগী চৈনাখোলনা মখোল হৌনা লাউবা ঙমদত্রনা নোংঙ্কাই লাউবদা মখোল থুরে হায়বদগী মফম অদু নোংয়াই ইয়াওথু কৌনখি।

## নোংয়াই লৈকোইবুং

থুমন লৈবাক অসি নোং চুদবনা কুমথি কুমগাংদুনা মইই মরোং থাবা য়াম্রবদা থুমন অমু নোঙ্গা পাম্বনা কোরৌ নোংদা কাদুনা চিংঙ, নোংথৌ শোরারেল অরাং পাখং য়োইরেনবদা লাইঙ ঈশিং নিবদা চিংঙ, নোংথৌ শোরারেলনা থৌজানবিগনা রাকৈয় মখোংনেং, খোংজৈ হিশাং কোকা খুমু নৌরোংগা লাইজ ঈনোইননা পীবিরকই। ইখঙ খঙলৌদনা নোং তাবক্রুবদা অয়াই চিংঙ চমুনা হৱাওদুনা ওমাংদা থোক্রগা মথুংনা নোংগী ঈশিং য়াদুনা থক্রম্মী। থুমন অমু নোঙ্গা পাম্বদা পীরকপা শোরারেলগী মখোংনেং তোংজেং হিশাং কোকা খুমু নৌরোংগাঅনিন্থু মফম কদায়না তারমগবনো হায়না থুমনগী মীয়াম্না লৈপুংদা কাবগা মায়কৈ মরিদা কোয়না লৈমা য়েংলগী হায়বগী মফম অদু নোংয়াই লৈকোইবুং কৌনখি।

## কুইনৈ

নোংঙ্কাই হাওখোং শিনাইগী অখোবগা লোইনৈ ঙৈতে অঙৌব অাইকোব পাথৌ অখোং শিঙ্গাকে অখোবগা অমিকপ

লানশীংনহুনা তা চায়নবদা নোংমাই হাওখোং শিনাইখুনা হনবা তানা ফুমদিদা য়ুংলে। মৈতৈ লাইকোক পাম্বনা হনবা তান্থু লৈকংদা য়ুংলে। তা হুমবদা পানবা ওয়ত্রবদা চায়নবা তোক্লম্মি হায়নরে। হয়েং মৈতৈ অমস্তুং খুমনগী চারোল শুরোলশিংনা খংহৌনবা থৌরু নুংপাক থক্তা মশা মশানা পায়নরিবা তাঙ্খিয়া ইরম্বী হায়বগী নুংঙ্গি কে নবদু মরৈথংদা মকম অদু নুংরৈ কৌনখি।

## মুরা খোমলেনচীং

ঈরেম নিংথৌগী মচানুপী মশক মতৌ ফজবী লেরা ওনপাই কৌবীনা নোংমা মনাই লাইরেন তোনাগা লোয়ননা লবুক্তা লৌ পেংবদা কাকৈনা মুরাগী থরক্তা চঙলগা খোম্লাং মচিল চিক্রবদা লেরা ওনপাইনা অকি-অখংগা লোয়ননা ইমা হায়না লাউ খোংলক্লে। মাগী অকিবা খোল্লাউ অদু তাবদা মনাই লাইরেন তোনানা নুংশাখীদুনা রাগী রাকথো অথৌবনা চিক্লিবা কাকৈদ, খেংথবদা মুরাগী খোম্লাং মচিল লেনদুনা মালেম থক্তা খোম্লাং মচিল তাখি হায়বগী মকম অদু মুরা খোমলেনচীং কৌনখি।

## মুরাথেল

ঈরুম নিংথৌগী মপারি মতিক মথৌনা লৈরবা য়েল্লাংবগী-দময়ক্তা লাইরেন নিংথৌ য়ুংফুলেম্বগী মচানুপী মশক মতৌ ফজরবী হৈরোইরু হায়নদুনা খাজরম্বী। মমোম হৈরোইরুগী হৈজিং খরাইজি

তাউজিং হৈরম চামনা খুজিং ওইরগা হৈশিং সুনা পুরকউ হায়ব-
দগী ঐরুম নিংথৌনা মনাই মশল থাদুনা হৈয়া· হৈশিং সুনবা
থিহল্লি। সুরা হৈয়াইন্নুনা য়েন্নাংববু পামলমদে। কেগে মোইরাং
লৈবাক্তা পাল্লিবা নমু মীপোক মীহিংবা ডম্বা থাংজীং লাইদা
লৈজগে খঞ্জরিবী সুরানি। হৈজিং খয়াই পুনবগী সুমিৎ লেপ্প-
রক্লবদা সুরা হৈয়াইন্নুদি চাবা থকপা চঙদনা কপ্পুনা লৈরিবগু
থাংজীং লাইনা উবিরম্নুনা সুরাগী মমঙদা লাক্লগা রাগমু থাংজীং
ঐনা লাক্লগা লৌরগনি তাকপিরম্নে। নোংঙাল্লগা হৈজিং খরাই
পুগদবা অহীং অদদা থাংজীং লাইনা শন্দং কৌবা শাহু ওল্লগা
সুরা হৈয়াইন্নুগী গুমাংদা লেপ্পগা খোংলকই। শন্দংগী মখোল
তাবদা তুমদা হিপ্পুনা ঙাইদনা লৈজরিবী হৈয়াইন্নুনা লোয়া
মপান্দা খোরক্লগা মমাঙদা লেপ্পরবদা শন্দংনা ময়া লাউনা
কাখোক্লুনা হৈয়াইন্নুহু য়োংশিল্লগা মোইরাং তান্না পুখি। নোং-
ঙাল্লগা য়েন্নাংবনা শামু তোংদুনা সুরা ময়ামগা লোয়ননা হৈজিং
খরাই পুনবা শেম-শাদনা লৈনরক্লবা হৈরম চামা গুগদবা হৈশিং
বাংতুনা হৈগ্রু থিনরিংৈঙদা থাংজীংনা হৈয়াইন্নু পুহনা চংম্রে
হায়বা পাউ তম্লরে! য়েন্নাংবগী হৈজিং খরাই পুগদবগী সুরা
ময়ায়া থেন্নুনা লৈনখি হায়বগী মফম অদ সুর.থেল কৌনখি।

## নাউরেম কাইবোকখোং

হৈতৈত নিংখৌ হোংনেম য়োই খুজাওনা উক্রোং হোংনবা
ইরোই তাইপোখী কৌবা উজাউদং চিংদনা পুরকপদা লম্বখাংদা·

লোইদাম থাশিং শুরবী মপুক কংবী মুপী অমা থেংনরম্মী। মচা পোকপা ঙমগ্রবী পুককংবী মুপী অদুনা লায়জবদগী মৈতৈ নিংথৌনা মখোঙনা কাম্বোকপিবদা মুপী অদু হরাওনা ভুরেল মথক্তা শারিবা থোং অদু হেক লাম্বোকপগা ময়ুম য়ৌবা নংদনা লমথাদা মচা কাইবোক অনি পোকখি। মচা কাইবোক পোকখিবা মকম অদুবু কাইবোকথোং কৌনবদগী হৌজিক্কি নাউরেম কাইবোকথোং হায়না খঙনরে।

---

## পাঙ্গৈ

নিংথৌ ককম্ব তোনগোনবগা লৈমা উকম থোঙানবীগা অনিনা শরেন য়েংনা-কোয়া য়াত্তামিন্নরিঙৈদা চিংথা ভম্লক্লনা নোং ঙাল্লবদা ভুমিন্নবত্থাদোক্লদুনা চেংলৌ থবাং পাংয়ারনা হৌগং-লকই হায়দুনা কাংয়াং য়াকোনকম কায়বদগী মকম অদু পাঙ্গৈ কৌনখি।

## পাংশোই

মৈদিংঙু হোংনেম য়োই খুঙ্গাঙনা কম্বোং চমু খুমন লৈমা শংদিং ঙানবী কোয়রম্মী। মতুঙ্গৌ লাকনি কায়রম্বা মুমিং অদুদা লৈমা শংদিং ঙানবীনা অহৌং নোংশোইবা চাদ-থক্তনা মীশেল থাংদুনা মথংলেনবু ঙাইজবদা লাক্লদুনঃ নোং হেক ঙানবগা মপাম্বা থোরক্লমা লাকপয়া য়েংলম্মী। মপাম থাঙ্গানা মীকৌনবা মংহু কম্বোংনা তেংথানবদা মুমিংপু ভুমিং কৌই। থোরকপখু

পাংলবা হায়রৈ।  নুমিৎ থোরক্লবা কাওবদা মথংলেন লাকপিক্রে হায়নবা বা শোইনরে হায়না লৈমা শংদিং ঙানবীনা মথরায় শোক্লা থেংথা নাউরোহরম্মী হায়বগী মথম অহু পাৎশোই কৌনখি।

## পুখাউ

পোইরেরোন খোংফাং অতোনবগা লৈমা লৈনাউতাবীগা অনিনা মচা শিদবুং শিবগী নুংঙাইতদ্রনা মতম কুইনা চাদথঙনা শিদ-য়াই নাদ-য়াই থিরকপদা লমথাংদা তরা চাক লায়ে, লাইজ ঈশিং পোরাংলে পুকথাউ অসিদা করিমত্তা তাখিক্রে শোক্লম্মী হায়দ্রনা পুক-থাউ হায়বদগী মথম অদু পুখাউ কৌনখি।

## পোইরো

শেলোই অতাংঙাবী লংমাই অতাংঙাবা মচল মবুং অনিনা শিঙেল লৈচিঙ্গা তাউজিং হৈতংনখিবনা অমনা অমদুং থাদোক্লবা ঙয়রক্লবদা শেলোই অতাংঙাবীনা ইহ লংমাই অতাংঙাবও! শেলোই ইপা ইতোল, ইবুং ইপ্রা খোয়নৌ ইতাশিংগী মমাঙদা ইনায়ররবস্থ ঐখোয় অনি থাদোক্লবা ঙয়ররোইদবনিবা ক্লারবস্থ ক্লামিয়রসি, শিরবস্থ শিমিয়রসি হাযনা কোমহনা কপমিয়খি। অসুয়া কপমিয়রগা ময়ুমদা চাক চাবা কাওবা চঙদনা পোইরে লমদম তায়া পোইনা হায়া চংলসি ঙাঙনদুনা চংমিয়খি হায়বদগী মথম অহু পোইরো কৌনখি।

## পুমলেন

থোইরাং নিংথৌ উরা তাতোইবা অমদি পুমন ক্লিংখৌ চিংখোং খোঙ্গাইবা নিংথৌ অখিদা মক্কেম খাওনা চহী পুনিংগী

পৌরা লংদিংখোক ওইনগে হায়জবরু মপানা য়াবিরম্বুনা মমোমগী-
দমক্তা লাংলিবা চরৈ ফিয়ামগী মথক্তা চীংদাই অরোন শৌবোন
খোকপু খোক্লাং মশীং চামা শুনা উনবিখি। লুহোংবা থিনবদা
লোইবী হাও পাখংগা মৈতৈ পাখংগা অওং-অউন পোংয়ামদু
খুংশিন্নবদা পৌরা মশীং চামাবু মশী: থিম্বুনা শিন্নৈ হায়বগী মফম
অদু পৌরাবী কৌনখি।

## পুকশ্রি

লোকখা হাওখা নিংথৌ য়েনবাইবনা অমত্তা পোকপী মমোম
বান্দংনুবু য়াম্না লুনা তৌই, মানা হায়রিবমখৈ য়াই। নোংমদি
হাওখা নিংথৌনা মমোম বান্দংনুগা লোয়ননা লোইবী পামলৌ
উবা চংপদা উতংদা হাপ্তুনা পুরকপা বাংলৈ য়ু অথুম্বদু পামেল
উদা শাবদা হৈদোকলে। মপানা মহুমবগী য়ু অমুক লৌরুচো
থৌদারবদা বান্দংনুনা মপাগী থক্রবা বাংলৈ য়ু অথুম্বদু মহুমদগী
লৌরুরগা পুদুনা লাকপদা লম্বীদা মহাও য়েংগে থক্লদুনা থক্তিকুং
থকপদা হাউমনগ্রহুনা খর খর থকপদা লোইখোকখ্রে। অথুম্বা য়ুদু
য়াম্না থকমনখিবদগী মপাগী মনাক য়ৌরকপদা মবুক কংখং-
লকলে। মহু উবদা নুংশা থীদুনা মপা নিংথৌনা মমোমগী
মবুকতু অমুক হন্না কংখংলকনবা লীয়েন লীনা মবুক লীনবা
খুংনা য়েংভুনা পুনশিল্লে। মমোমগী মবুকপু লীয়েন লীনা
লীনবা খুংনা পুনশিল্লি হায়বগী মফম অদুবু পুকশ্রি কৌনখি।

## পাঙল সিকাই

থুমন নিংথৌ থিঙ্গোনহনবনা থুমনগী অকল অথৌ খোংমী লাপ্পী ময়াম পুরগা পাঙল তাবা ময়াং লৈবাক কছারদা লান্দায়া চংপদা লানদা লানফা ওইনা ফারকপদা পাঙল সিকাই অহু থমখি। পাঙল সিকাই ময়াম লৈবা মফমনি হায়রবগী পাঙল সিকাই কৌনখি।

## পাউবিত্তেক

অয়াংলাইকা নিঙোল অখোংফাবীগা লাঙ্গম চন্নু ঙাত্তেন কৌবীগা মখোয় অনিনা হঙ্গেন পৌরা থাত্তুনা ইল চিংদুনা লেমলৈ ঙায়াম ফানবা হোংনবদা ইলগী পৌরা মখোক অশাংবত্রু খঙ-হৌদনা তেক্লপ্পী হায়রবগী মফম অহু পৌরাংতেক হায়নবত্রু মমৈ-খংদা পাউবিত্তেক কৌনখি।

## পাহা লৈময়ায়

পোইরৈতোম্না মতৈমা মৈতৈ লৈনাউতাবীগা অনিনা শিরোই নারোইদবা ঈশিং-মায়শিং য়াংলোইদবা লৈবদা নুংঙাইগদবা মফম থিরকপদা ইকি ইরোল শেগায়বদা নত্তনা ইচানুপা ইচানুপী পূম্নমক শিরে হায়না শিঙ্গবা মচানুপা চাথা খোংহনবা. কাঙদেন লৈনৌবা, সানা য়াইথাবা, লৈশাং থেকয়াইবগা লোয়নননা ইচা-নুপী থরোই নুরা অহনবী, হাওরং লংমাইলু শাফবী, হুইয়াই কোংদিংলু অহনবী পূম্নমকপু পল্ল-পল্লদুনা পোইরৈতোম্না কপ্পপী হায়রবগী মফম অহু পাহা লৈময়ায় কৌনখি।

## কায়েৎ

লোইমোল ফৌওইবী লাইরেম্বীনা খোঙনৌ মতাশিংগা লোয়ননা পোইরৈ মৈত্রবাক-থাদোক্লুনা চৎননরা বা চানবা মপু মায়কৈ থাকপা কৌব্রু, থাংজীং, বাংব্রেন মমঙ্গুং মারজিং লাই মুৰিনা থঙনক্লদুনা লাইরেম্বীনা চৎথরবদি লৈবাক মাহৌবা তারে খমরক্তুনা অহীং সুংথিল থাক্তনা লাই মফিনা হাক-চেন্লম্মি। লোইমোল ফৌওইবীনা মতাশিংগা লোয়ননা কৌব্রু মায়কৈ প্যাংলকপদা কৌব্রুনা উরে তুরেলগী ঈশিং ঙৈথংতুনা ঈচাউ-হনবদগী মতাশিংদি ঈরাম্বনা চৎখ্রে, ফৌওইবীদি ঈরানবা চুমদ্-তুনা হলকপদা বারক্‌না মুমিং নিনি ফাইহনা লৈখি হায়বদগী মফম অদু কায়েং কৌনখি।

## কোইজিং

থাঙ্গা শোকচোম্বীনা মরুং কয়োং চাউথোকবগা লোয়ননা লমঙ্গুম কাগদবগী ওন্নরকপা কৈগী শাত্রম কাওদ্না শামাও শমত্তুনা চৎপদা পাম্ব কৈনা মকোন্দগী থোরক্লুনা চাগদবগী মথোয় অনিগী মতুং ইন্নরকই। তুংদা চৎলিবী মচল থাঙ্গা শোক-চোম্বীগী মফি প্যায়হনা, কৈনা য়াম্রগা মথবাক শেগায়না কোই-দুনা চায় হায়বগী মফম অদুবু কোইজিং কৌনখি।

## কোকাকচাও

খুমনলৈমা থিংগাই চোনগী লোকমদা থাওমী অদু লৈরুগা থুনভান মেনাং লৈথাঙকাথীনা মথোয় অনিমা লৌ লংঙাচপনা

য়ারীনখি। ইতাক পুক্ত'ন মেনাং লৈখামফাবীও! ঐখোয় অনিনা লৌতারিবা লৌক্ষম অসিনা ফৌবা ফৌ পাম্নীগী মচেংগা লৌ লোম্নবা লৌক্ষমগী ফৌপাম্নী মচেংগা পাকপা কনানা হেনবগে য়েংনসি হায়নদ্রনা য়েংনবদা লৈমা থিংগাইতোনগী লৌক্ষমদা ফৌবা ফৌ পাম্নীনা ফৌকা ফবা মচেং পাকপা হেল্লি হায়রবগী ফৌকাচাউ কৌবদগী মমৈথংদা মক্ষম অদু ফৌকাকচাও হায়নখি।

## ফেনমতাক

লংমাই কোকপা শেন্দোংয়াম্না য়াওরৌ শাতানবদা চেল্লিবা শঙাইদা তা হুনবদা পাল্লদুনা তা য়াওনা চেনখি। চেল্লিবা শঙাইগী শাদুং হন্দুনা তান্নরকপদা লমথাংদা শেলোই লংমাই মপা মতোল ময়াম লাকপদু উবদা শেলোই ইপাচা, লংমাই ইয়েল্লুশিংও! নাখোয়গী নমাঙদা চেল্লিবা শঙাই অদু ঐগী ইথুংস্থ তানা ফেনজিল্লবা শঙাইনি হায়না লাউদুনা তান্নম্মী হায়রবদগী মক্ষম অদু ফেনমতাক কৌনখি।

## ফিকৌ

মৈদিংগু কোম্বৌবগী মচানুপা নাউথিংখোংন্থু শেলোই লংমাই কাংবুনা কাংকদবগী তান্নরকপদা গুমনগী অচৌবা লম তান্না চেল্লকই। নাউথিংখোংনা চেল্লকপদা মমাংদা কৈনা চেল্লম্বা ছুরেন্দা চোংথদুনা ঈয়ানবদা মফি চোংলে। অচোংপা মফি অদু কংনবা কৌরম্মী হায়রবগী মক্ষম অদু ফিকৌ কৌনখি।

---

## বাঁশিখোং

লুয়াং নিংথৌ লাম্বৌ লাঙ্জাবগী মচানুপা য়াংহনবা, য়াংখুবা মচিল মনাওনা ভূরেল খোংনুংদা উজাউ অমা য়াল্লগা মপাগী কু ঙারম্মী। কু শাবা লোয়রবদা মনাও য়াংখুবমু কু মনুংদা চঙ-মুল্লগা হাংকে খল্লিবদু খঙলতুদা চঙঙ্ক য়াদ্রে। য়াংহনবনা শাউনা কু মনুংদা চঙলগা মপাগী মশা চাগত্রা চারোইত্রা য়েংলিঙৈদা মনাও য়াংহনবনা কুমায় রৈশিনখি। কু অদু মনাও য়াংখুবনা কুয়ালোক্তগী ঈশিংদা ইস্থরক্লবদা য়াংহনবনা কু মনুংদা বাঁশি খোংলদুনা ভূরেলগী ঈচেল মতুংইন্না তাউথরকই হায়বগী মখম অদু বাঁশিখোং কৌনখি।

## বিষ্ণুপুর

পোং নিংথৌ খিকখোম্বনা মৈদিংঙ্ক ক্যাম্বদা সনাগী কাগোক্তা হাপ্পুনা পিরকপা বিষ্ণু অদু লাইশঙ শাদনা লাংখি হায়বগী মখম অদু বিষ্ণুপুর কৌনখি। বিষ্ণুপুর কৌস্রিঙৈদা লম্মাংদোং হায়নৈ।

## মিনুথোং

থাঙোই য়োইমোংবগা শোরারেলগা অনি অসি য়ায়া নুংশি-নরা নুনা থিরবা মরুপনি। নোংমা শোরারেলনা মতাও য়োই-মোংবগা উনবদা পাথৌ য়োইমোংবা! ঐখোয় অনিনা মরুপ শাবদুনা নুংশিনরিবা অসিগী মথক্তা ইচল ইচল পীনদনা থাই-শেল ওইনসি হায়রকই। শোরারেলগী বাহু তাবদা থাঙোই

য়োইমোংবনা ঐগী মেন্নু কৌবী ইচলম্নুপী অসি পাখৌদা থাজরগে
হায়বক্রবদা শোরারেলনা হয়াওনা লৌজরগে থুয়ক্কই। মচল মেন্নু
লুহোংবদা তুরেল লাম্দুনা চংনবা খোঙ শাবিয়ু হায়বদ্ শোরা-
রেলনা শাবিরে। মচল মেন্নু লৈতবনু লৈ হায়জিল্লুবদগী ঙাক্তোক
য়োইমোংবা মশামক্তা মেন্নু শাদ্না শোরারেলদা লুহোংলে।
লুহোংবা লোইরগা শোরারেলগী মযুমদা থিল্লকপদা খোং ময়াই
য়োয়কপদা ঈশিংদা চোংথখি। মীয়াম চঙদুনা থিবদা থিবা
ফংত্রবদা শোরারেল মথরায় সুংঙাইত্তনা হনখি। মেন্নু লুহোংবদা
লামবা শাবা খোংনি হায়বগী খোং অদু মিন্নুখোং কৌনখি।

## মোইরাংখোম

মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পুনশিবনু মোইরাং নিংথৌ পুরিং-
লাই সনাহোংবনা রা-হোংবদা চাক কৌই। রাহোংবা হায়বসি
ঙাংথ লয়াইগী পুলজিন্দা হৌবা থৃয়োল তেবী তেশারা কৌবা
রাপল অদুবু হোংবনি। রাপল অদুনা ফরবসি মোইরাং পুংঙাই,
ঙাহোং চাককোংই, রানা ফত্রগা মোইরাং রাই, কুমথি কুমগাংজি
লাইগী খুদম চাংয়েং য়েংনফমনি। রাহোংবগী চাকৌবদ্ চান-
নবা মৈদিংঙু পুনশিবনা মনাই মপলগা লোয়ননা মোইরাংদা
কুমক্কই। চাকা থকপা লোইরগা মৈত্রবাক্তা হল্লকপদা লম্বীদা
মনাইশিংনা রারী শানবদা মোইরাংদি হেক্তাক ঙাপল লোইনি
হায়বদ্ মোইরাং মচাশিংনা তাহুনা চেনথ্রগা মোইরাং নিংথৌদা
তমজুরে। মোইরাং নিংথৌনা অকল অথৌ কয়াইবা থবদা মৈতৈ
নিংথৌ হাংগু য়াখং পিবক্রবরা. মোইরাং খুবং তংবাই অমনা

মৈতৈ নিংথৌ পুনশিবা হাৎনবা তান্নরকই। পাউ অসি তাবদা মৈতৈ খোংমী লাম্মী পুরক্তুবনা হিদা লোক্তাক লানদনা চৎলবদি মোইরাংনা হি হৈবা হেনবদিনা মৈতৈ কংলৈপুং য়ৌত্রিত্তৈদা লমখাংদা য়াইবী মাঙবা য়াই খল্লহনা মনাইশিং হঙ্গোক্লয়গা নিংথৌদি কামু খুলদা চেনশিনখি। মোইরাংনা ঐবু হাৎকদবগী তান্নরক্লে ঐবু কনবিয়ু হায়রক্লবদা কামু ঐখোয়দি খুল পিকই মীশু য়ামদে কনবা ঙম্মোই হায়রক্লবদা মৈদিংঙু পুনশিবা অন্ত্রো তান্না চেনখি। অন্ত্রো খুল্লাকপগী য়ুমদা চঙলগা ইপা খুল্লাকপা! ঐ মৈতৈ নিংথৌ পুনশিবনি, মোইরাংনা ঐবু হাৎকদবগী তান্নরকপদা কামু খুলদা হায়জবসু কনবিরক্লে, ইপানা কনবিয়ু ঐগী য়াইবী মাঙবা তারে হায়জরবদা অন্ত্রো খুল্লাকপনা কিগমু ইপা লৈরি হায়না মপাসোম তিংলম্মী। অন্ত্রো খুল্লাকপনা খুলগী মীয়াম খোয়গা মৈতৈ নিংথৌবু ঙাকহল্লে, মী খরনা খুলগী পম্বোংদা মোইরাং লাকপা য়েংহল্লে। মৈতৈ নিংথৌ হাৎকদবগী মোইরাংগী খোংমী লাম্মীশিংনা কামু খুলদা চঙদুনা হংবদা লাক্কে হায়বদগী অন্ত্রো তান্না লাকলে। খুলগী পম্বোংদা মোইরাং লাকপা য়েংলিবা অন্ত্রোশিংনা চেনশিল্লকুনা খুল্লাকপদা মোইরাং মীয়াম লাক্লে পাউ তঃরে। খুল্লাকপনা অন্ত্রো মীয়ামদু নাথুপ্তুনা লৈহনগ্লগা মৈতৈ নিংথৌ পুনশিবনু মাগী কৌ হাপ্পা কৈ মনুংদা লোৎহল্লে। মোইরাংগী অকল অথৌশিংনা চঙলক্কুনা অন্ত্রো খুল্লাকপদা ইপা খুল্লাকপা নঙগী ননাক্তা মৈতৈ নিংথৌ চঙক্লে পাউ তারে, মীবু হায়রবদা খুল্লাকপনা

ঐগী নাক্তদি লাক্কে, অহুবু খুল চাউবনিনা মী থাদ্‌না য়ুম খুদিংদা চত্তুনা থিহনখিগে। মক্কপ মপাং ওইরিবা মোইরাং নখোয়না ইপাগী খুলদা লাকপদি ইপাগী লৈজবা অচা-অথক খরসি চারগা পোথাদ্‌না লৈয়ু লমশাং চৎপগী রাররিগনি হায়না হরাও হরাও তৌশিন্নতুনা লোম্না য়ুদা য়াই হাপচিলহল্লগা মোইরাং মীয়ামদা পীথকলে। য়াই য়াউবা য়ুংকপদা মোইরাংগী অকন-অথো ময়ামতু অশিবগুম রাক্তদুনা তারিক্তদা অন্রো কাল্লুপ লালোইবনা মোইরাং মীয়ামদ্‌ অমত্তা চিংথদনা হাংখি

অসিদগী মতম খর লৈরগা ইরাং নেয়বদা অন্রো খুল্লাকপমা মৈদিংঙু পুনশিববু মৈত্রবাক্তা হল্লো হায়না ইরিলপুং কাওবা থিনবিরকই। মৈতৈনিংথৌ পুনশিবনা মথরায় লুংঙাইরতুনা ইপা খুল্লাকপা নহাক্লা পাম্না অমতং হায়য়ু ঐ পীগে হায়রক্লবদা অন্রো খুল্লাকপনা মখুংনা লৈপাক শোকই। ইপানা লৈপাক পায়বনিনা ইপানা লেপলিবা লম অসি কাওবা অন্রোগী লম ওইজয়ো পীথোক্লয়গা মৈতৈ নিংথৌ মৈত্রবাক্তা হল্লকই। মোইরাংনা লাকচ-খিবগী লুংঙাইতবা রাখলনা লায়না ওইতুনা নারক্লবদা মচানুপা খোম্না কৌশিল্লগা হৌখিবা রারৗশিং অতু লীদ্‌না লমন খুম্মু তাকপিখি। মৈদিংঙ্‌ পুনশিবনা শিরবদা মচানুপা খোম্বনা মৈতৈ লৈবাক্তী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্লা নিংথৌ হেক ওইবগা মৈতৈগী অকন-অথৌশিংবু মোইরাংনা লাকচখিবগী লমন খুয়বা রাঁ-তানরম্মী। কবো নিংথৌগী মতেঙ্‌ লৌরবদি লায়না মোইরাংবু খুদ্‌ম চনবা ওমপনি খররদ্‌না মৈতৈগী অকন অথৌ খর্রনা

মোইরাং শারগা অহীংদা লোম্না কবোদা লান্দানবা শেম-শারে। অদুগা চকপ্রমনা হান্না চৎখিজ্রনা কবো নিংথৌদা মোইরাংগা লাল শোক্লগে মৈতৈ নিংথৌগী মতেঙ্ পাংবিয়ু হায়জখি। কবো নিংথৌনা যাকম অদু হয়েং কবোগী অকন অথৌ ময়াম কোখৎলগা পূন্না থমসি হায়দুনা চকপ্রমবু অহীং লেকুহল্লম্মী। অহীং অদু মক্তদা মৈতৈগী অকন অথৌশিংনা মোইরাংগী ফিজেৎ শেংদুনা মোইরাং শারগা তুমুদা লান্দাদুনা তুমু লৈমগী মকোক কক্তুনা হাংলগ মকোক অদু কবোগী পংম্বোংদা য়ানশিন্দুনা মোইরাংগী চয়্রাম অশাবদু শেগায়রনা থনদুগা মৈত্রবা ৱা হনখি। পাউ অসি তাবদা কবো নিংথৌনা শাউদুনা চকপ্রমবু ফারে। নঙনা কবো ঐখোয়গী লাল নেকপা লাকশিন্নরগা করিগী অহীংদা মৈতৈ নখোয়না লোম্না লান্দাদুনা তুমু লৈমা হাংপগী লমন থুমদুনা নঙ হাংগা তারে হায়রক্তবদা চকপ্রম্না ঙাইখো কবো নিংথৌ শাউখিগন্ন। অহীংদা লান্দারক্তুনা কবো লৈমা হাংখিবা লাম্মীশিং অহুবু-মৈতৈরা থুমনরা মোইরাংলা হান্না অমুক্তা য়েংলগা লেপ্পনখিসি। মৈতৈ লাম্মী ওইরম্মবদি নখোইনা ঐবু হাংনিংবা মতমদা হাংলু, ঐ করিগুম্বা শাউরোই। অহীংদা লান্দারকপনিনা শোয়দনা তরা চয়োম পুন্না লাক্লমগনি। তরা চয়োম থোক্তুনা চাবগী লা কবো নখোয়গী পম্বোংদা তাদুনা লৈরমগনি। থুমন ওইরবদি লৈহৌলাদা তরা চয়োম য়োম্নমগনি। মোইরাংনা থমাদা মৈতৈনা চংবী লানা য়োম্নমনি হায়রবদা চুপ্পা চয়োম য়োমলকপা লা য়েংনবা কবো ... ... পম্বোংদা লেগায়দনা তারিবা তরা চয়োম

য়োমলকপা লা অদ্, থম্না ওইরম্লবদা মোইরাংনা লান্দাম্বকপনি থাজরে! চকপ্রম্না মহুদা খুদোংচাবা লৌরগা অসিননি ঐনা মোইরাংদা লান্দাবদা ঐখোয়গী ইতেঙ পাংবিয়, মোইরাং অসি অকন অথৌ য়াম্না লৈ খন্দুনা উশিংএবে, মনক ফঙন্না অহীংদা লোম্না লান্দারকপনি, নখোয় ঐখোয় চঙদনা লান্দামিন্নরবদি মোইরাং খুদ্‌ম চনবা ওমগনি হায়রকলে। চকপ্রমগী রাজ্য থাঙরদনা কবো নিংথৌনা নঙ নরৈবাক্তা হল্লগা মৈতৈ নিংথৌগা তানদনা লালগী শেম-শাজুনা লৈবম্মো। কবো ঐখোয়গী শেমশাবা লোইরগা পাউ থারকে, মোইরাংদা পুম্না লান্দামিন্নসি হায়নজ্জুনা চকপ্রমবু থাবকলে। চকপ্রম্না নখোদগী হল্লকগা মৈদিংগু খোম্বদা হৌখিবা থৌদোক পুম্না তমদুনা মোইরাংদা লান্দানবগীদমক্তা মৈতৈগী অকন অথৌ পূয়মক লোম্না শেম শারম্মী। তুমু লৈমা হাংখিবগী শাউরবা কবোগী অকল অথৌ লাম্মীশিংনা খুংস্থ খুংলায় গুনা পুংকলগা অহীংদা মৈতৈ নিংথৌদা পাউ পীরক্কুনা মৈতৈগা কবোগা লৈবাক অনিগী লাম্মীশিংনা মায়কৈ য়েন্তোকদনা মতম অমত্তদা মোইরাংদু কোয়শিল্লগা মৈ থাবদা মোইরাং লাম্বী পূম্নমক চেনকম থঙন্দনা লৈবিংঙদা মৈতৈ লাম্মীনা মোইরাংগী লাম্মী ময়াম্বু খোমলগা মৈতে লৈবাক অম্না পুরক্লগা হাংখিবা মফম অদুব্ মোইরাংথেম কোনখি।

## ময়াংলাংজিং

মৈদিংগু য়ুংয়াম্বনা চাংবোম্বীগা খোকচোম চম্বগা অনি থাজন্না মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদনা পাম্মী। চাংবোম্বীনা

খাগেম্বা, থুরাইরাকপা, চৌংশোম্বা শানোংবা মচানুপা অহুম পোকই। খোকচোম চন্নুনা খোম্বা, পুথম্বা মচানুপা অনি পোকই। মুংয়াম্বনা নোংম্বাগ্রবদা খাগেম্বনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইদ্রনা পানবা মতমদা মনাওনুপা অতোম্বা শানোংবগী তাম্না হিন্থু থুরাইরাকপদা (লৈশালাম্বনা) না রায়দ্রনা লৈশাং খোংদা হি তাম্নবদা হি থেংজিন্নুনা কাইরে। ময়াম্বনা অতোম্পা মান্নবা হি অমা শিংগে হায়ববু পলেম মমা চাংবোম্বীনা ইনশিনবদগী শানোংবনা মাগী রায়খিবা হি অদুমক পীয়ু হি অতৈ পামদে হায়দ্রনা হি মান্নবা অমা শিংবদু লৌখিদে! ময়াম্বনা হি অদু কজনবা মনুংদা খেবান তৈগে, মপান্দনা সনা-মচু তৈগে হায়রবা ফাওবদা ময়াদ্রবদা ময়াম্বুং মৈদিংগু খাগেম্বদা হঙ্গংতুনা খঙহল্লে। খাগেম্বা নিংথৌবা মনাও শানোংববু কৌরগা থেম্বদম্নু ময়াদ্রবদা মবুক কত্তে, মচিল মনাওবু মুংশিবা খঙদে হায়না শাউদ্রনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবিরগম্নু তাম্বোক্লে। শানোংবনা মমা চাংবোম্বী, শোয়াইশম তংখোম্বা, ওইনাম পুকচাউ, খোকচোম অমুবা মখোয় মঙা মৈত্রবাক খাদোক্নুনা চৎথগা ময়াং লৈবাক্কী নিংথৌ সপত্রামগা ময়াম্বা খাগেম্বা নিংথৌগী মথক্তা লান্দাবিয়ু হায়না লাল নেকনুরে! ময়াং লৈবাক্কী অথৌবা য়াখারোক বীম্বোন অনিনা লুচিংলগা ময়াং লাম্মীশিংনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লে। ময়াং লাম্মীশিংনা লাকচবা তমদদ্রনা লাল হনবা তায়বদা ময়াং নিংথৌগী মবুক পেম্নবনি খন্নুনা চৌংঙাংরেলগী অরাংথংবা লমদা তাবা মৈতৈশিংগা মখোয়না লোইকবা

যথৎয়াযশিংগা লোয়ননা খোমহুনা পুখ্রে হায়বা পাউ তাবদা থাগেম্বনা মৈতৈ অথৌবা মুয়াম কিয়াম্বা, হাওবম অরোই, এলাংবম খুবম, পালা কোইরেং, মখোয় মক্লিদা মীয়াকপা যথা মুলক্তৈ য়াখং পীরবদা ল্মংজিং চৌংখোংদা ময়াং লাম্মীশিং থকোনী । মৈতৈ লাম্মীগা ময়াং লাম্মীগা লানচিংনৈ হায়হুনা ময়াং লাম্মীগী হায়বদগী মমৈথংদা মকম অহু মুঙ্গাংলাংজিং কৌনখি ।

## ময়াং ইম্ফাল

থুময় নিংথৌ খিঙ্গোনহনবনা পাঙলগা লাল শোকুগে থরহুনা থুমনগী মকম অথৌ খোংমী লাম্মী মতিক চানা পুরগা থুগাই ভুরেল ময়ীল তয়া চংখিহুনা ময়াংলৈবাক কছারদা লান্দাকই । পাঙলশিংগা লান্থোংনয়স্বদগী ময়াং কালিসাগী নিংথৌ কালায়ামগম্বু লাল শোকুরম্মী । লান্দা থুমন নিংথৌনা ভমদুনা লানকা ওইনা কায়কপা ময়াং লানমী অহু থুমন কংলাংদা থনখি । লান্দা কায়কপা ময়াং ময়ামহু মঙ্গুমদা হঙ্গয়রোই হায়বদগী মুমকম পীহুনা মমুম শাদনা লৈহনখিবা মকম অদু ময়াং মুমকাল হায়নবদগী মমৈথংদা ময়াং ইম্ফাল কৌনখি ।

## মুয়াপাং

ভক্ত য়াঙমলোন পাম্বোইবীনা থাবদা ওংদনা লৈপ্রবদা নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চিংশোঙনা উনসি হায়নবা মুমিং থাদনা নোংপোক নিংথৌনা মনাক্তা পাম্বোইবীদু থাকপা মুয়া মুয়া য়েংলাক্লগা থাবদগী মকম অদু মুয়াপাং কৌখি ।

## মোংসাংগৈ

মৈমিঙ্গু মুংস্নাম্বনা লোইমোম ফৌগৈ তরা চেংগৈবু শঙশাং ওইনা শারগা পৈরম্মী হায়বগী নিংথৌগী কোলোয় মমিং লৌদ্‌না কুয়াম্বগী ফৌগৈ মুংশাংগৈ হায়নরম্বদগী মফম অদু মোংসাংগৈ কৌনখি।

## মোইরাং

খোয়ুম লায়িংথৌনা খোয়োন ভাংখ ময়াই শায়না খুন্দানবা মোংলরে হায়বগী লায়িংথৌগী কোলোয়দু মোংবহনবা কৌয়ে। লায়িংথৌ মোংবহনবনা মালেম লেম্না য়াইকোইবুং ভাঙোই য়োইরেল মপুং য়াইদা খুন্দাদ্‌না মরানয়াই ওইখি। মোংবহনবগী মরানয়াই ওই হায়বগী মফম অদুবু মোইরাং কৌনখি।

## মানতক

কেগে কাকলেন নোংদম সুজা অথৈবগী মচানুপা খুংচুপ চৈমিয়াংনা মপা চীংশাং লাকপগী ময়ুমদা লৈদ্‌না লোকবী চকংশাংগী হাও পাখংশিংনা সুমিং তরেংনি ফাইনা লেপ্পুনা মুক্লা শামবদা হাও পাখং পুয়মকপু মায়খিবা পীখি। খুংচুপ চৈমিয়াংনা লোইবা হাও পাখংশিংবু মুক্লা থাদ্‌না থানবা চরৈকি তক্লা লৌই হায়বগী মফম অদু মানতক কৌনখি।

## মতালোক

॥৹ খোইমোম লাইলৈমা য়াখমলোই মতা তরেংনা খা মায়ংকদগী পাইয়রুগা কেদো ম্যোইয়াং লৈবাক্তা খুংলৈ। খোইমোম মখোয়

তয়েংনা চেক্লাগী শক্তম লৌরগা অহীং তাংলৌ অথেংবদা কোরৌ নোংমদোম থক্তা খেক্লা লাউনা খোংদনা মোইরাং লৈবাক শীনবা থুংনা পাইখি। মখোয় অবেংনা খোংবদা অমা চাগে অমা শি, অনি চাগে অনি শি, অহুম চাগে অহুম শি, তরেং চাগে তরেং শিদনা কেগে মোইরাং লৈবাকসি অবা-অনা তারক-লবদা নিংথৌ লাইয়ু অতেংবনা লৈবাক্কী অচৌম অথৌ ময়াম কৌথংলগা খোইমোম ফক্লবা যাথমলোই তবেংপু হাংনবা রা তান্নরম্মী। নিংথৌগী ওইথাং শখনবা খোয়ম লাইশক থগুবা থুমু লৈরিক্তাম্না অথৌবনা মপুংতা লিরুং তেল পায়রগা পুপা কুম্ব্রাগা লোয়ননা অহীংদা খোরি কৈথেন্দা খোইমোম লাইলেমা তরেংনা ওন্থবা চেক্লা পাইরকপা চায়দনা লৈখি। অহীং তাংলৌ অথেংবদা পাইরকপা চেক্লাগী শউম ফংবদা থুগ্ লৈরিক্তাম্না তেল কাপত্তুনা মথা পাংনা তান্নখি। তেলকিন্দা মৈরি থোকপা তেলনা পাইশিল্লকপদ উবদা খোইমোম মতা তবেংদু কিদুনা তোরবুং তান্না পাইরকই। তোরবুং য়োরবদা মোইরাংগী খোংমৌ লাংথৌনা রারদনা পোংথারিবদা চেক্লা মতা অরেংনা মোংবা তুরেলগী ভুখুলদা চগুলগা অঙ্গংবা ঈশিংথু খে বোম থন্না থক্লুনা অরাম খৌরাংবা কোকনখিবা লোকনি হায়বগী মতাংলোক কৌনখি।

### ময়াংথাং

মৈদিংগু খুন্তাউবনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইবা মতমদা ময়াং-লৈবাক কছারদা লৈবা মতিক, মথৌনা লৈবা ময়াং-শিংন্না মৈতৈ লৈবাক অসি চাবা থকপা রাংতে, চাহোং-তাহোংই

তাবদা মোইরাং নিংথৌ মথরায় নুংঙাইনা হনখি। নোংঙাল্লগা শামু পীনিংলক্রুহনা হৈরেম নিংথৌনা চাউরবা কোম অমা তৌরগা মথক্তা য়ুম শাঙ্গিল্লে কোম মনুংদা শামু লোংতুনা থমলে। মোইরাং নিংথৌগী মনাইশিংনা শামু লৌবা লাকপদা হৈরেম নিংথৌনা ঐগী শামুদি ঙরাং অহৌং পুনবদগী নাম্বোক্তুনা চেনখ্রে। মী থাতুনা থিহনখ্রি মতম থর লৈরগা লাকউ হায়রে। হৈরেম নিংথৌগী বাতু মোইরাং নিংথৌগী মনাইশিংদ্না থাজদদ্না নিংথৌদা হঙ্গংলি। মনাইশিংগী বাদ্ তাবদা নিংথৌ মশামক মতাও হৈরেম নিংথৌগী নাক্তা লাক্লে। মতাওনা শারিবা অনৌবা য়ুমদ্ উবদা কনাগী য়ুমনো হংলকই। ইতাও ইবুংঙো, মসি মী লৈনবা য়ুম নত্তে, শুমখোংনি খুমজে। য়ুমগী মনুংদা শামু লোংলি খঙলহনা ইতাওগী শামু লৈহ্রবনিনা শামুগী মচংতা থুমখোং অসি ওইনা পীরো হায়রক্লে। মোইরাং নিংথৌগী বাদ্ হিক্তোকপা ঙমদহুনা হৈরেম নিংথৌদো য়ানিং-য়ানিংদনা লৌজরো পীথোক্লে। কোমগী মথক্তা উপাক হারগা মথক্তা মৈ হৌতুনা থুমখোং শাশিন্নবহ মৈনা উপাক চাকপগী মৈনম ফংবদা মোইরাংগী অঙম-অথৌশিংনা হৈরেম নিংথৌগী শুমখোং অসিদি মৈনম নমই ঙাঙ্নবদগী মফম অদ্ মৈনম্বা থুমথোং কৌনখি।

---

## লফুপাৎ

মোইরাং নিংথৌ ইরাং পুরিংলাই কাংকাং পোংলেনহন্বনা মদাইরেম হাওরোক পানবিস্থ রাবা পান্দম্বা, কেগে খোইরি তোঙ্গাওস্থ অথৌবা অনিবু কৌশিল্লগা থাংজীং লাইদা শরেল চম্নবা য়াওরৌ শারম লেমলৈ ভারম স্থনা ফারুচো থৌদারম্মী। নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা খোইরি তোঙ্গাওস্থনা কেগে খোরদাক মোইরাং নোঙ্গাখোংদগী লেমলৈ ভারম ফানবা কুমম্রে। হাওরোক পানবিস্থ রাবা পান্দম্বনা লমলেন তোরবুং লমজাউদগী য়াওরৌ শারম শুনা ফারক্লগা শাবন্দা রানা কৈরোই খাদনা শাশিংদ থমম্রে! খোইরি তোঙ্গাওস্থ অথৌবদি লেমলৈ ভারম শুনা ফবা ভমদদনা লৈবাক নিংথৌগী মমাংদা ইকায়গদবত্তু থল্লবদা মরক কত্তদুনা হাওরোক পানবিস্থনা রানা কৈরোই খাহ্না থিবা য়াওরৌ শাশিং অত্ত অহৌংদা লোম্না থাদোকখি। নোংভাল্লগা হাওরোক পানবিস্থনা য়াওরৌ শাশিং অদ মচিঞ্জাক ভুনগে লাকপদা রাগী কৈরোই য়ানথংভুনা য়াওরৌ শা অমা ফাখবা লৈরমদবা উবদা মথয়ায় রারে। মানা চেকশিন্দবদগী শায়াম চেনখিহ্নুনা চিঙ শরেল চন্দবগী লৈবাক নিংথৌনা শাউত্নুনা কেগে লৈবাক মীমাংদা কেগে চৈরাকপুংদা পুখংলগা রাইবী থরায় লোগ-দবগী শরুকপুদি কেগে কনা থঙ্গ্রিইঙ মোইরাং কনা ভাগ্রিইঙ মতোংমতা শিজরগে থল্লদনা মানা শেংলিবা কিনা মভক্তা চেংনা

কিরগা য়াওরৌ শাবল পন্দোল রাগী কৈরোই থক্তা য়ান্নুনা শিজরে। মুমিং তারক্লবা কাওবা মশাবিনা হল্লক্লবদা মতু অহল খয়োইরোল চিংহাওম্নু শাকবীনা থিগদবনু তালোয় মাগী অতোম্বী খুনজান কাইস্নু শেংবা চম্নু লৈমা লাইরেনফাবীনা মরান-য়াইদা খামহনা লাক্কবনি খন্নুনা লৈথোক্লে। লৈমা লাইরেম ফাবীনস্নু তালোয় অহল খয়োইরোল চিংহাওম্নু শ ফবী ইচেম্মা চংহন্দবা ওইরিনি খন্নুনা লৈরে। অমুম্মা লোয়বী তালোয় অনিনা অমনা খামদনা লাক্তবনি, অমনা কাহনা থম্বনি খয়ম্নুনা লৈথোক-পদগী মুমিং তরানি ওজিল্লক্লবদা লৈমা লাইরেমফাবী অতোম্বীন্থু, নিংডাইদনা লৈথোকপা ঙম্লক্লদুনা চিংঙ খুদম চাংদম য়েংদবগী শাবল লৈবু হেক্লুনা মথুংতা পায়রগা থ লেন হ'রে ক পানবি-স্নবু ইচেম চিংহাওম্নু শাকবীনা খাম্বা ওইরবদি শিঙেল লৈশক ওনগম্নু। করিগুম্বা ইশাবিনা য় হবী থরায় মাংবা ওহরগনা লৈরাং লৈশক ওল্লু হায়না থাংজীং লাইনু খুক্লমহনা পাদম্বু লৈরাং লৈহু ওলে; লৈমা ল ইরেনফ বী অংতাম্বীহ নুংশাথীবগা লোয়ননা কপ্ল-কপ্লদুনা মশাবিগী মা খিবা খোম্নুল লৌরকপদা য়াওরৌ শাবল পন্দোল রাগী যৈরোইথক্তা শিদুনা লৈরমবহু খেংনরে। শাবি থংলেন মুংশিবগী হকচাংদি চংবী লকুপ্তুম শিনা ফংলে হায়দনা লকুপোই হায়বগী মফম অদু লকুপাং কোনথি।

## লমফেল

লমফেলহনবা, লমফেলগুবী মইৎ মন'হনা লৌ কুম্বদা য়াওনা খোথাবদা মখুৎ-হুম্বা তাররম্বী। লমফেলহনবা মরানা তেংপাক

লৈতুম কক্কুনা লংবদা শা উচেক অমত্তা পানবা ঙমদে। লমকেল থুবী মতুনা লংবদদি চেক্রা চিংউরেমদা পাল্লি। চৈগুনা লংবদস্থ ওক য়াতাংবদা পাল্লি। মদু উবদা লমকেলহনবা ইকায়দুনা থুমিং-তুমা লৌ পেংলমদনা ময়ুমদা হনখি। লমকেলহনবা লমকেল থবী মতৈ-মনাওগী খালৈ লৌতাকমনি হায়রুনা লমকেল মপিলৌ হায়নবদগী মফম অদু লমকেল কৌনখি।

## লমকেল কুমদমশোই

লমকেলহনবা, লমকেলথবী মতৈ-মনাওগী থালৈ লৌতাকমদা মৈদিংঙু খাঙেম্বগী মনাই অমনা শিং য়ুংতুনা লু থুম্মগী চহী থুদিংগী লেমলৈ ঙা অকা-অকুম ফাদুনা শোই চাই হায়বগী মফম অদু লমকেল কুমদমশোই কৌনখি।

## লম্মাংদোং

থুংবান তেকশোং লাইবনা মরল-মথুম য়াম্না চঙনা শগোল খণ, ঙাগ্নু, য়েন ময়াম পৈরগা কৌ চরোং চরোং থেংতুনা ঙাম্না থাম্পুনা অহোংঙু কুম্মেদা মীয়াম্না শরিক খিংদুনা লাউ খোংহুনা হয়াওবদা লম অদু য়াম্না লাংঙি হায়বদগী মফম অ থুরোই হাওবা লম-লাং-দোং কৌনবহু মমৈথংদা লম্মাংদো কৌনখি।

## লমলোংচৈপ

লোইমোম কৌওইবী লাইরেম্বীনা লমলেন খোম্বিতোক হি তোংহুনা লাকপদা নুবাং খাবৈ ঙুঙেআম্বনা অচা-অথক য়া

পুরক্তুনা মাগী লৌক্মদা ফকলোং তিংথোক্তুনা ফৌয়াম য়ৈবদু উবদা চঙলকই। অশৈপবা ফৌ মশৈপনা লৈবুং শানা পৈরিবা ফৌয়ামগী মমুংদা ফৌওইবীনা চঙলগা পোথাদুনা লৈথোকখ্রে। লুরাং থাবৈ য়ুমৈঙজাম্বনা মনা পানবা থুম্মোক অনিদা ফৌ পিক্ পিক থম্না পেক্লগা রানা পাবোং লোন্দুনা লেংথোংননা পুথগা মাগী ফৌগেদা হৈজিল্লি। মানা পুরকপা অচা-অথক ময়ামচু চান্না অরাবা থঙদনা পোথাদনা লৈবুং শানা পৈরিবা ফৌয়াম অদু হোনবদা ময়েং তাবা ঙমদ্রে। মুমিং তাশিল্লক্লদা ফৌয়াম অদু হোনবগী লোইবস্থু নাইদা, ফৌ হাল্লিবা শংবাইগী মনাম্না তংশিল্লক্লবদা পোংপু লেংনমম্থু তেকলকপা উবদা লুরাং য়ুমৈঙ-জাম্বদু অশাউবনা ল্লুত্তোন কাখিদুনা অত্তেকপা পোংপু অদুনা ফৌয়ামগী মথকতা হোনবগী লোইবা লৈতরে হায়না ফুরকপদা ফৌয়ামগী মপুংদা লৈরিবা ফৌওইবী লাইরেম্বীদু থাঙবা য়াদ-দুনা লুরাং থাবৈয়ুমৈঙজাম্বদু ইল্লয়গা চংখি। ফৌওইবীনা ইল্লয়গা লুরাং থাবৈয়ুমৈঙজাম্বদু তুপদবদগী লোংনা নিক্তুনা থাঙই হায়দুনা লোং-নিক হায়বদগী মমৈথংদা মকম অদু লমলোংগৈ কৌনখি।

### লাংজা লৌপুংকৈ

মৈদিংগু খোংতেকচা য়োইরেনবনা অঙম-অথৌ মনাই হুমহু মাখোইগী লোয়ননা কোয়ৌ নোঙাখিবা উবদা মৈতৈ লৈমা পুগৈ-য়েম চঙনা মশাখি লাইরেন মৈদিংগু থাম্বা ঙমহৌদেদা হায়না মথয়াম্ব হুংগাইতবদগী মথুংনা মথথাত্তা ফুদুনা লৈমাযথকতা ওন-থোইনা তেংথাখি হায়বগী মকম অদু লাংজা লৌপুংকৈ কৌখি।

## লাংজিং

থাঙ্গ কম্বোংনা লৌকুম্বদা লম লাপ্পদগী ময়ুমদা হনবা ঙমদদ্না অহীং লেক্লম্মী। লমদা অহীং লেকপবু থাঙ্গ কম্বোংনা লাংবা হায়নৈ। থাঙ্গ কম্বোংনা লাংলম্মী হায়দ্না লাবচোং হায়বদগী মফম অদ্ লাংজিং কৌনখি।

## লাংথাবান

থাঙ্গ কম্বোংগী পিবানা মংকং ওইনা পোং-চৈ, লন-থুম পীরগা শেলোই লংমাই নিঙোল কাইরৈমা খুনথুংদবীবু লোহ। লুহোংবা নুমিৎতা হায়নবা মংকং মশীং য়াংহুনা শেলোই লংমাই কাংবুনা নোংঙাল্লগা থাঙ্গ কম্বোংদা অয়াংপা মংকং পৌবা চংপদা লম্বীদা ফজরবা চুং অমা তাদ্না লৈরম্না উরম্মী। শেঙ্গোই লংমাইনা চুংবু লাং কৌই। লাং তারম্মী হায়দ্না লমলেন লাং-তাবা হায়বদগী মফম অদু লাংথাবান কৌনখি।

## লাংমৈথেৎ

খুমন নিংথৌ নোংয়াই খিঙ্গোনহনবনা পশি খুলগী লৈতেং চম্নু হাওম্নু মরিখোম্বীবু লুহোংদ্না লৈরগা মপাম পশি খুন্দা থনম্মী। লুহোংবা নুমিৎতা পশি খুলগী মীয়াম্না উশিং-থকৈদবা উংহুনা লানশিংনখিববু লমনথ্মগে থল্লদ্না ওল্লকপা চকীদা নোংয়াই খিঙ্গোনহুমবনা লান্দাহুনা পশি খুলগা খা অমা চুপ্পা লমখেংনহুনা মাথীবা পীরগা খুলগী পম্বোং হৈবোংপোক্তা হল্লা

চয়োম থোক্তনা চাবদা নিংথৌগী মরাংমৈ, লাংজেং চারা মরুথেং (মকোক্তা থেংপা শমজিন) কাউদনা থনম্মী। পাউ অসি তাবদা হাওনু মরিখোম্মীনা মশাবি নিংথৌগী মরাংমৈ লাংজেং চারা মরুথেংপু পুরগা মথংলেনবু তামরকপদা লম্মখাংদা থেংনদনা পীবদা নোংয়াই থিঙ্গোনহনবনা "য়োইবুনাই ইনেম্মচাও! থোয়নৌ ইরাংমৈ লাংজে চারা ইরুথেংপু মুরাগী শমু নখৎনা কুমজিং লোইনাই থক্তা থেংচো হায়রবদা মশাবিগী কুমজিং লোইনাই থক্তা মুরাগী মথুংমক্তা মুংশিনা থেংলম্মী হায়দনা লাংমৈ লাংজেং-থেং হায়বদগী মফম অদু লাংমৈথেং কৌনখি।

## লানশোনবী

মরেম হাও মতৈ-মনাওনা পোইরে তমদা কুমুকপদা ঐখোয় অনিবু রাইরা শায়াম থেংন্দুনা হুয়েন লানবু ওক্লদনা খুদক্তা য়াইথী থবায় মাঙদনা তোক্লগদ্রা হায়না মরেম হাওনুবীনা শোল্লম্মী হায়দনা লানশোন হায়বদগী মফম অদু লানশোনবী কৌনখি।

## লিকলি

চীংখোং নিংথৌ নিলুম নিন্দাম্বনা পোইরে তমদা কুমথিববু হল্লক্লবদা অবুংগী মচল থেম্বীনা মুংশাথীরতুনা মথংলেনগী থোঙ্গুল লীদনা লাকপদা মী উদনবা লোননা ইয়ক নারক্তা লিং-লিংতুনা লাকই হায়রনা লিংলি হায়নবদগী মফম অদু লিকলি কৌনখি।

## লিশোং

খু্মন হাওবা, খোইবা তেলহৈবা অথৌবা অনিনা শুমিচুপ্না য়াওরৌ শাদানবদা শা অমত্তা কাবা গুমত্রবদা মুমিং তায়মদাইদা শা অমথক কারম্মী। শা অতু পুমদনবা মরুক লেনখায়রগা মখিবোং লৌথোকপদা শাগী মখোই-মরিল অদু লোংলম্বা উবদা গুক্তুনা য়েংনরম্মী। শাগী মখোই মরিল লোংই হায়দুদা মরিল-লোং হায়বদগী মকম অদু শিলোং কৌনখি।

## লিকাই কায়োং

নোংমা খু্মন নিংথৌ য়োইখোংঙাইনা তাউবা হুই মরোইচা পুদুনা চীংফুদা য়াওরৌ শাদানবা চৎপদা শা অমত্তা কাদবদগী পাংয়াদা হৌবা নানপ পাম্বীগী মখোংদা ফমদুনা পোথারম্মী। য়াংলবা নানপ পাম্বীগী উশাদা য়াল্লিবা লিক্লাং পরেংগী মমিচু পাংকী লুরবা লাইজ ঈরোলম্নুংদা তারিবা অদু তাউবা হুইনা ঈশিং থকপা কুম্নকপদা উরদুনা খোংলকই। হুইনা ঈশিং মনুংদা য়েংলগা খোংলিবসি করিগীনো চিংনবদগী পোথারিবা নিংথৌদো হৌগংলক্লুনা য়েংবদা ঈয়াইদা কজরবা লিক্লাং পরেং অমা তাব-গুম্না লৈরিবদু উবদা গুকলে। খুমন নিংথৌনা শগোল মথক্তা লেপ্লগা চাউরবা নানপ পাম্বীদু কাখংলুনা উশাদা য়াল্লিবা লিক্লাং পরেংদু লৌথরগা শাদানবা তোক্তুনা মমুৎদা হল্লকই। কজরবা লিক্লাং থবা মমুংতুং অদুবু নিংথৌনা কাগী তালোয় ঙাম্বুরোল কাইরৈমদা চেকশিন্না থম্মু শিন্নরে। ঙাম্বুরোল কাইরৈবদা

চেকশিন্না থম্মৃ শিন্নরে। ঙানুরোল কাইরৈমনা হয়াও কুম্মৈ য়েংবা মতমদদা লিল্লাং অদু পুথোক্ক্না শামান-লেংমান্নবী মতাশিংগী মমাঙদা লেন্নবগী মওংগুম শিরম্মী। ওল্লকপা চহীদা মপারি হাওবেম অহল পোকই। মপারি নাউবানা অঙাং ওইরিঙৈ তাইবং মীরোল খঙলকপা কপ্পনা থেম্বা য়ারক্কুবা মতমদা পলেম মমা ঙাম্নুরোল কাইরৈমনা থাবা ঙাঙোই লিল্লাংবু পুথোক্লগা মপারি নাউবা চাউদ্রিবদা শিবিত্নুনা পারি নঙগী লিল্লাং ওইজৌ হায়না নাউথেম্বদা কপলমবা মপারি অত্থু কপ্পা তোক্ক্না হয়াওনা থিক থিক নোকই। মপারি হাওরন্দ নিঙ্গোই য়ায়মা পোকপদম্মু মপারিনা কপ-লাউহনা থেম্বা য়ারক্কুবা মতমদা পলেম মমানা লিল্লাং পরেং অদু পুথোক্লগা শিবিদ্না পারি নঙগী লিল্লাং ওইজৌ হায়বদগী কপ্পা তোক্কুনা হেক্কা মনোকই। মপারি অতোম্বা হাওরমতোন লৌথিবা পোকপা মতমদম্মু মপারিনা কপ-লাউদ্না নিংঙাই তোরক্লবদা পলেম মমা ওইবীনা কত্তবা লিল্লাং পরেং অত্থু পুথোক্লগা পারি নঙগী লিল্লাং মন্নুংচং থাবা ঙাঙোই লিক ওইজৌ হায়না মঙকশমদা শিবিদ্না কপ্পা থেমনৈ। মপারি অতোম্বা হাওরমতোন লৌথিবদি নিংঙাই কত্তবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মঙক্কা শিরিবা লিল্লাং অত্থু মথুংনা পায়রগা কপ্পা তোকই, লৌথোক্লগা অমুক হেক্কা মকম্মি। মানা তুমশ্রবা মতমদদা মমানা লিল্লাং অদু লৌথোক্লগা থমজিল্লি, মিকপ থোরকপদা লিল্লাং থিয়ক্লবম্মু মমানা মাঙৈ্র হায়না কোয়থি

থিজিননৈ। ময়াম্বা অনিদি কপ্পা হেক তোকপগা লিক্লাং লৌথোক্লগ্না থমজিনবদা করিস্ব হায়দে। অসুম্না লিক্লাং পরেং পী-পীত্না য়োক্লকপা মপারি অছম অদ্না নোংম-নোংমগী চাউ-শিল্লক্লগ্না কাংদোং ফারকলে, পাখং শরেপ য়েরকলে।

নোংমা লুরাংগী কংলা লম্মাংদোংদা লুরাং পোকপা হরাওবা য়েংগদবগী নোংম্বাই হাওরম অহলনা মমাদগী ফজরবা লিক্লাং পরেংদ্ লৌরগা মনাওনুপা হাওরম নিঙ্গোই য়ায়মগা লোয়ননা কুম্মে য়েংবা চংলি। ঙাহাক নৈরগা মনাও নুপা হাওরমতোন লৌথিবা লাক্লগ্না মমাদা "পলেম ইমা ইবেম্মা! নপারিনা অঙাং ওইরিবৈদা নপারি ঐগী ওইজো হায়না ঙকশমদা শিথিবা লিক্লাং ঙাঙোই লিকপু পীবিয়ু নচাদা। ঙসি নপারি ঐহাক ইমায়বগা লম্মাংদোংদা হরাওবা য়েংবা চংলুগে" হায়রকলে। মচাগী বাত্র তাবদা পলেম মমা কাই-রৈমনা "পারি ইবুংঙো হাওরমতোন! নহাক চংকনি খঙদত্না ঙসিদি নয়াম্বা অহলনা হরাওবা য়েংবদা ঙাহাক্লং শিক্লগে হায়ত্না লিক্লাং অদ্ ইমাদগী লৌরগা পুথি। নয়াম্বনা হেক কল্লকপগা নঙোন্দা ইমানা লিক্লাং শিন্নগে" হায়না মপারিবু শাউদনবা থেমজিল্লি। মমাগী বাদ্ তাবদা হাওরমতোন লৌথিবদি শাউবনা লুতোন কাম্রে। পলেম করি বানো? ঐগী লিক্লাংবু ঐগী ইবা তাদনা করিগী ইয়াম্বদা পীপ্রিবনো হায়না মমাদা শাউরম্মী। লিক্লাং পরেং অসি নৈরবদি লিক্লাংগী বাহৌদগী ঐখোয় ইচিল ইনাও অছমসি ফুংঙাইনররোই।

অদ্না লিক্লাং পরেং অসি মরু ফংনা মাঙহল্লগে খল্লকলে। হাওরমতোন লৌথিবনা মমা খঙহন্দনা মথুংস্ত্র থাঙলেন লোথোকলগা নুংদা থোনা ফেংদ্না লম্বীদা ময়াম্বা অহল হল্লকপা ঙাইদ্না লৈব্রে। কোরৌনা নারল ব্রায়রকপা মুমি-দাংবাইরমগী মতমদা ময়াম্বা হাওরম অহলনা মাঙ থাবগা হাওরম নিঙ্গোই য়ায়মনা তুং থংদুনা মুমিং তাব্রিঙেদা মমুম য়েৌগে খল্লদ্না চেলনা চেলনা লাকপদ্ অরাপ্পদা ময়াম্বা হল্লকপা ঙাইরিবা হাওরমতোন লৌথিবনা উরে। ময়াম্বা অনিনা মাগী মনাক হেক য়েৌরকপদা নারক্কা লুমদ্না লৈরিবা হাওরমতোন্না ইখঙ খঙহৌদনা চোংথোরক্ক্না ময়াম্বগী মঙক্তা শিরিবা লিক্লাং পরেং অদ্ মাগী থাঙনা ককপদা ময়াম্বগী মঙক য়াওব্রে। থাবা ঙাঙোই লিক্লাংদো ময়াম্বগী তাংজ লুরেনগা লোয়ননা মালেম থক্তা লিক্লাং চোইনা কেল্লে। মদ্ উবদা হাওরম নিঙ্গোয় য়ায়মনা চেনশিল্লক্ক্না লৈমায় থক্তা তারিবা ময়াম্বগী তাংজ লুরেমতোনবু কোনখংলগা নোং খোংব-গুম কপলকলে। লিক্লাংগী রাহৌদগী হাওরমতোম লৌথিবনা ময়াম্বা হাওরম অহলগী তাংজ লুরেনতোনবু ককখিবা থাবা লিক্লাং চোইনা ঙাখিবা মকম অহবু **লিক্লাই কাব্রোং** কৌনখি।

## লৈশাংখোং

মৈতৈগী লৈশাপাম্বা অথোবনা শাংলবা খোং অমা তোরম্বী। লৈশাপাম্বনা তোবা খোংনি হায়দুনা মাগী মমিং লৌরগা লৈশাংখোং হায়রদগী মকম অদ্ **লৈশাংখোং** কৌনখি।

## লুরাংহৈ

খুমন নিঙোল লুরাং ওংবী চিংয়াই ঙাম্বু খুম্বীনা মরাগা থংনরদগী থায়দদুনা মপামদা হল্লকপদা মপারি শেনবা মিমাবা অদু য়াম্না পিক্লা থনম্মী। শেনবা মিমাবনা চাউরক্লুনা পাখং ফাররক্লবদা মমাদু উনিংবদগী মমাগী মপাম খুমনদা লাকপদা লমথাংদা লুরাংগী শোইঙাকপশিংনা উরক্লুম্ম পাম্খৈশিং-ও চিংয়াই ঙাম্বু খুম্বীগী মপারি শেনবা মিমাবা অসি মমানা পিশক পিক্লা হুত্তোকলম্বদু য়েংঙ্গু হায়রক্লবদা লু থুম্বা'ঙা ফাব-শিংনা ইঃ মকোক মরু ফরাদা রাং-চাউরবনো হায়না শোয়-রম্মী। লুরাংশিংনা ঙক্কুনা ইঃ হায়না শোয়রম্মী হায়বগী মফম অদু লুরাংহৈ কৌনখি।

## লৈতাং

শমন কোম্বৌজাম্বনা শেলোই লংমাই নিংথৌ চন্থু কোইশং কোইরাম্বু শাকবীবু লৌরগা মুপী মপামদা য়াওং ইম্পুনা লৈরম্মী। কোইশং কোইরাম্বু শাকবীনা ফনেক খোইদোম শেংলিটৈ,'কুমং নাম্লদা খেংলিটৈদা শমন কোম্বৌজাম্বনা কোই-বদা খুমন 'পাখংশিংগা য়েংথিনখি। নোংমা শামন কোম্বৌ-জাম্বনা মতোমদা লাকপা উবদা খুমম পাখংশিংনা লৌতুনরগা উম্বংগী' শিংজংথোক্লা থাহনা খুরগা লাইহৈ 'ঈয়োলহুংদা ইথনুনা থনরম্লে। নোংঙাম্লপা শেলোই লংমাইদু 'থীয়াম্বা থিবদা কংজেংবদা মঙানি তথা' থুমিংতা শমন' কোম্বৌজাম্বগী' অশিবা' মশাদু

ঊশিংদা ভাউথংলকপা উয়ে। লাইজ ঊপাকথক্তা শেলোই লংমাই মীয়াম্না তাক্লা থাইনা উয়ে হায়রিনা লাইজ-তাক হায়বদগী মফম অদু লৈতাং কৌনখি।

## লুরাংশংবম

লুরাং গুরু পুনশিবগী মচা-মসু লুরাং শলাইগী কাংবুনা নিংথৌ ওইদুনা পালম্মী হায়বগী মফম অদু লুরাংশংবম কৌনখি।

## লোইজিং

লোইমোম ফৌওইবীনা খোয়নৌ মতাশিংনা খোংনাং ময়াং লমদা চংসি হায়না রা লোইনরম্মী হায়দুনা লোইজিং-রা হায়বদগী মফম অদু লোইজিং কৌনখি!

## লোতাক

মৈতৈগী লৈশাপাম্বা থোগাইজাম্বা অথোবগা মোইরাং লুম্বুম্বু অথোবগা লম মুন্নবগী চায়নথদা কেগে লুম্বুম্বুনা হায়না তা ছনবদা লৈশাপাম্বা থোগাইজাম্বদা পানবা ওমত্রে। মৈতৈগী লৈশাপাম্বা থোগাইজাম্বনা অমুক তা ছনবদদি লুম্বুম্বুগী কৈদ্বা পায়ে! লৈশাপাম্বনা নহাক হাংপা তারে, নথরায় হিংনিংলবদি, নমোম হাওজোং লাংমৈনুবীবু অওং-অউনগা লোয়নবা ঐঙোন্দা থাজো হায়রকই। লৈশাপাম্বগী বাদু তাবদা মোইরাং লুম্বুম্বুনা নহোং;দা ইচা থাজরোই ঐগী মাইবী লোমো থুমকলবদা মৈতৈ লৈশাপাম্বনা তানা থিন্নুনা হাংলগা তাংজ লুরেন ককলে! লৈশাপাম্বনা লুম্বুম্বুগী তাংজ লুমনতোনদ, পুবগা মোইরাংগী

৬। ফাবশিংদা উংতুনা নখোয়গী লুম্বুম্বু অথৌবদি ঐনা লোকলে য়না তাক্লম্মী হায়বগী মফম অদু লোক্তাক কৌনখি।

## লোক্তাক য়াংবয়েন

মোইরাং থোইরা থোইদিংজাম্নগী মখণ মানবী লাংমুখীনা লোক্তাক লাইজ ঈরেলপুংবু কৈনা ঈয়োইদুনা শক্লকপদা য়াবনা নিংশাশোয় থবেং-থবেং হোন্দুনা মথয়ায় তংকদবগুম ঈয়ানখি হায়বগী মফম অদু লোক্তাক য়াংবয়েন কৌনখি!

## লিয়াপোক

লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্বীনা কোংয়াং চৈণ্ড য়াদু লৈপাক্তা য়ুংলম্বদু য়ানৌ ওইনা হৌডুনা য়াপল ফাখি। মুমিং অদুদগী তাংখম লিয়া পোকই হায়বদগী মফম অদু লিয়াপোক কৌনখি।

## লাইকোই

ভাঙোই য়োইমোংবনা অয়াং লমদা য়াওয়ৌ শাদানবদা তৌকপা অমদি মোংবা চোইচিংলেন শা অনিবু লাইনা কাগে থন্দুনা কোয়না তায়ে হায়বগী মফম অদু লাইকোই কৌনখি।

## লোকুাউবুং

মৈদিংগু খাগেম্বনা মনাইশিংগা অয়োনবা য়া তায়গদবগী লম য়েংগু সি হায়দুনা চংথোয়কপদা লোইবী হাওনা হোই য়াউবদু তাবদা ভকুনা মনাইশিঙ্গদা য়াইয়া \শালাউখোয়া,

ছয়েল লাল্লাউখোল্লা হংলক্লবদা হাও লম্ন্না চোংথোরক্লনা "ইনিংথৌ ইবুংঙো রাইরা শাল্লাউখোল ছয়েল লাল্লাউখোল নত্তে, লোইবী হাওনা হোই লাউদ্না লৌ উবনি পাউথুমই হায়বগী মক্ম অদু লোক্লাউবুং কৌনখি।

## লৈমতাক

হোইদোম চনু লৈমা লাংহৈ থোইবীনা মদু নিংথৌ হোইদোম শেনবা নহা শিরে পাউ তাবদা মথবাক্ক রাদুনা মদু নিংথৌগী শিকম থিরকই। লমথাংদা অহল ওইরবী চৈগু পায়বী থোইরি খোম্বা নিঙোল চানা হোদোমদা হংবদা নহু হোইদোম শেনবা নহানা শিবা মক্মদি মাঙদা উরিবা লোইবী চীংথৌচীং অসিদনে হায়না মথুংনা থিন্দুনা লৈমা লাংহৈ! থোইবীদা তাক্লম্মী হায়বগী মক্ম অদু লৈমতাক কৌনখি।

## লৈমথোং

লাইবা নহা উঙাম থাবনা লাইজ ঈচেল মতুংইন্না উঙাম চিংহুনা লাকপদা য়োইবু লৈমা খয়োইনিংঙীনা ইল চিংহুনা ঙা ফারম্মী। উঙান চিংলকপগী ঈথক ঈপোম্না ঙা ফাবা য়াম্রে হায়না অথিবা য়াবা খোনকম্না চৈবহ তাবদা লাইবা নহা উঙাম থাবনা শাউহুমা সুরাগী মথুংজেং পাম্বরগা চিংবদা য়োইবু লৈমা খয়োইনিংবনা খোংনা-লাউনা কপলম্মী হায়বগী মক্ম অদু লৈমথোং কৌনখি।

## লাম্নরপুং

কবোগী তাংজম্বা কৌবা লান্দা হৈ-শিংবা অথৌবশা কবোগী অকনবা লাম্মী তাইপোং হেক্লোল হরেং পুন্নক্ত্না মৈত্রবাক্তা লান্দারক্লবদা মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বা মোইরাং নিংথৌ শোংলেন লাম্বা, খুমন নিংথৌ তানদ্ লাম্বা (তিনবান লাম্বব) নিংথৌ অহুম্না বা তাম্নরগা মায়কৈ য়েঙ্খোক্লদ্না লাম্থেংনবদা তাইপোং লাম্মী কাক্নদ্না চেনখি। লাম্দা কবোগী তাংজম্বা অথৌবনা অপুচাউ চনিংশিংবগা পোনজ্রাং লাম্নরবগা অহুম্ কারগা হাংখি! কবোগী মতিক মথৌনা লৈরবা শান্ থোরাকশু মুন্নহৌই। সনা-লুপা, শেল-থুম মতিক চানা পুন্নকপা পোনজ্রাং লাম্নরবু হাংলগা কুরা পুংনি হান্নদ্না মকম অদ্ লাম্নরপুং কোনখি।

## ললাম্বুং

কংলাগী মেন গুরুংদগী কৌব্রু লাইচিন্দা ললহাবুং পুথোক্ত্না লিকমলগী ওইনা চুপ ওইখি হায়বগী ললাম্বুং কৌনখি।

## লুথোকলম

মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু অতেংবগী অমাং পখোং কাকপা কাকলেন নোংদম লুজা অথৌবগী তালোম লুরাং চমু হাওজু কৈশিতোম্বীগী মকোক কক্লগা লুরাং লালোই তরেংমা পুদ্না চংখি। কাকলেন লুজা অথৌবনা মশানৌ মংশক তামকা লুরাং লালোই তরেং হাংকদবগী তাম্নকপদা মশানৌ মনেম্চা

কৈশিতোম্বীগী অককপা তাংজা লুরেন অদু লালোইনা লম্মখাংদা লংথোক্লম্বতু কাকলেম্না থেংনরম্মী। তাংজা লুরেনবু লংথোক্লম্মী হায়বগী মকম অদু লুথোকলম কৌনখি।

## লালুরালোক

কেগে কাকলেন নোংদম শুজা অথৌবগী মপারি থুৎচুপ চৈমিয়াংনা মপাগী মরুপ গুরু: চীংশাংলাকপগী মকমদা লোইপোৎ থোবা চৎপদা লোইবী হাওয়াম্না লোম্না শরৌ শিন্নরগা থুৎচুপ চৈময়াংবু হাংখি। চীংশাংলাকপনা মী কনা থগুদনবা চীংগী লোকপান্দা হোবা উগী উশাদা থুৎচুপ চৈমিয়াংগী লালু মকোক্ত য়ান্দুনা থমখি। লালু য়ানবা লোক হায়নবদগী মমৈথংদা লালুরালোক কৌনখি।

## লৈহৌ

লিল্লাবীচা নোংনংমুগী মচানুপং মন্দোল অহলগা থোমদোন অতোম্বগা মচিল মনাও অনিনা হোইরৌ শামবদা থগুহৌদনা মকোক্তা য়েৎলিবা কোকয়েং অগুৌবতু মৈনা ভুয়া চাকখি। মৈনা ভুম্বা চাকখিদুনা কোয়েং লৈহৌদ্রে হায়মা শোল্লি হাঙ্ক থদগী মকম অদু লৈহৌ কৌনখি।

---

# য়াইখোং

নোংয়াই খোংবু য়াইম্নুচা মীতি লাইকিদবা কাওরেল মাপা তাম্বা মণগুম্বা অথৌবনা মনাই মাকপিতেং হাওমিয়াচাগা লোয়ননা থূমন লম চাউনবা লমকনগে নোংয়াই লম পাক্লবা লমলোক্কে থল্লহনা চুংলেন শুক্তা ছক মথুংস্তু তিমেন তা পায়রগা ময়ুমদগী খোংশাল্লকই। মোইরাং খোইরি তোঞ্জাওস্থু অকিবা থঙদবা মী উশিংত্তবা মানবী মতুপ হাংদবা অথৌবস্থু মনাই খোইরি লৌশিংবগা লোয়ননা মোইরাং লৈবাক চাউনবা লমকনগে, কেগে পাকপগী মথক্তা হেম্না পাক্লবা লমহাইগে থল্লহনা ময়োং চেপয়াননা, মথুংস্তু তিমেন তা পায়রগা ময়ুমদগী থোরকপদা লম্মথাংদা থূমন মোইরাং, লৈবাক অনিগী অথৌবদো ওক্লরে। থূমন লমকেংপা মোইরাং লমহাইবা অনিসি অমনা অমবু উশিং-থওইনদবনা খোয়মা ইমায় লৈনগুমসি য়ামজেম ইনম মুক্লগম্নুসি হায়না লানশিংনহুনা তা চায়নরম্মী। মোইরাং খোথরি তোঙ্গাওম্নুনা মপাঙ্গল থেক্লা তা হুনবদা খোইমা লা দোং শম্না লাক্লগা কুম্মী তুনা পালে। নোংয়াই থোংবু য়াইম্নুচানা তা হুনবদস্থু ককলু শেংলৌ লেংলগা মালেম লৈকংদা য়ুংলে। অথৌবা অনিনা মথুংস্তু তা হুনহুনা চায়নবদা তানা মশাদা পানবা শুম্নত্রবদা থোংবু য়াইম্নুচানা "পাথৌ খোইরি তোঙ্গাওম্ন-ও! তা হুম্নুনা ,চায়নবা অসিনদি ইশাদা তা পানবা শুম্নত্রে।" থুংনা কংনা কোয়রগা নপাঙ্গল ইপাঙ্গল য়েংনরসি হায়রবদা মোইরাং খোইরি তোঞ্জাওস্থু অথৌবস্থু হয়াওনা য়ারে। অকিবা

খঙদবা উশিংনদবা অথৌবা অনিনা শরেল নোংশানা ঙংবগুম লাউনরম্লগা চোংশিন্দুনা মোংবা তাজিন খুরৌ য়েংনরে, হাও মুক্লা লেংকাই চননহুনা নম্নরকলে। শামা পাঙ্গল মান্নবা মথৌনা লৈবা অনিদো অমনা অমর্বু লাকচবা ঙম্নদনা লাক্লরকপনা নুমিং তাশিল্লক্লবদা পায়মা লৌশিং শিংবা কেপে খোন্নি লৌশিংবনা মবুঙো খোইরি তোঙ্গাওস্নদা ঙসাই লম্বীদা হায়নরকপা ৱাফমহ কাউরত্রা হায়না লোম্না মমিং খংতুনা তাক্লক্লবদা মবুকচেল পিক্লবা খোইরি তোঙ্গাওস্ননা চৈর ফিঙ্গো-ননুংদা লৈরিবা খোংবু ৱাইনুচাগী পাথৌ শাফোংদববু (অথিবম্বু) নারোন্দা ময়ানা চিকথায়বদা খোইবু ৱাইনুচাদি ৱানা খোংনা লাউনা শিখি হায়বগী মফম অদু ৱাইখোং কৌনখি।

## ৱাইচৈ অমসুং ৱাইতোন

লৈমুং চাখা খোংচোনমুবীগা লাইরিংথৌ মার নিংথৌ ওংলৌতোন লৌথিবা অনিনা য়োংলেন খুত্তা পায়রগা লৈপাক তৌদুনা হৱাই থাংপাক থারম্মী। মথোয় অনিনা থাবা হৱাই থাংপাক অহ মরী চংতুনা মপাল শাংতুনা হৱাই য়াম্না পাল্লরবদা লাঙ্গোই শামাদোল অয়াংবা শগোলনা চঙতুনা চাথোক্লবদা ওংলৌতোন লৌথিবনা শাউদুনা শগোল কানবা লিকাপী লাং শাক্লম্মী। লাংদা থুরবা শামাদোল অয়াংবা শগোলনা লাংঙ পুহুনা চেনগ্রবদা ওংলৌতোন লৌথিবনা শগোল কাংদবগী

মতুং ইম্না তাম্নে। চেল্লিবা শগোলগী লাংজন মৈতোল রাইরে হায়বগী মফম অদু রাইচৈ কৌনখি।

চেল্লিবা শগোলগী লাংজন মৈতোল রাইনা য়াম্নে হায়বগী মফম অদুবুনা রাইতোন কৌনখি।

## রাইতোন লময়েংকাই

তাংখুল লুহুপ্পা চীংবুরোইবগা থাঙ্গাল চীংশাং খোকলোই হৌবগা খুল অনিনা লম মুন্নবা রাহৌগী মুংঙাইনদনা লমলেন রাইতোন্দা লানশিংনখি। তাংখুল লুহুপ্পা লৌশিংবনা চেল্লকুনা মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবগী নাক্তা চঙলক্তুনা হঙ্গংলি। মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা ইনিংথৌও। নদাইরেম তাংখুল লুহুপ্পা চীংবুরোইবা ঐখোয়না থাঙ্গাল চীংশাং খোকলোই হৌবগা খুল অনি অসিগী অকল-অথৌ হাওয়াম পুম্নমক লমলেন রাইতোন্দা তা চায়নগদবগী শেম শাদুনা লৈহৌরে। মৈদিংঙুনা সনা খোঙলেংবিরগা মিংয়েং তাবিয়ু হঙ্গংলবদা চরাইরোংবনা মৈতৈগী অকল-আথৌ খোংগী-লাম্মী পুরগা রাইতোন তাম্না লাক্লুনা তাংখুলনা শারম্বা শঙ্গাইদা কনরুনা মিংয়েং তাখি। লোইবী খুল অনিগী হাওয়াম্না মরোং চুং ওইনা পায়, মখুৎমু তানা য়েংনা পায়রগা চোংশিন্নদুনা খিন্নবদা তাংখুলনা লাকচরে। তাংখুলনা হেনজিলকপনা খাঙবা ঙম্লক্লুনা থাঙ্গাল হাওয়াম কারহুনা চেন্নবদা থঙ্গাল রাপী হাইবনা চেনশিল্লকুনা চরাইরোংবগী খুম্না খাদা তুরগা "মৈদিঙু! নদাইরেম থঙ্গাল

ঐথোয়দি লাইনিংথৌবদগী লানশি য়াম্লকলে। ইনিংথৌনা লান থামবিত্রবদি থঙ্গাল থুল ভুম্বা, তারে হঙ্গংলক্লবদা চক্লাইও য়োংবা মিংথৌনা মনাই অকল অথৌ থাদোক্লুনা তাংখুল্ল খামহনখি বাইতোনদা লম মুন্নবগী লানশিংনহুনা য়েংনবদা থঙ্গাল হাওয়াম কায়হনা চেল্লি হায়বগী মকম অহ্ বাইতোন লমজেংকাহি কৌনখি।

## বাইরি

থংমাই মায় নিংথৌ ওংলৌতোন লৌখিবনা শামাদোল অয়াংবা শগোলবু ফাদবগী তাময়কপদা ফাবা ওমত্রবদা লৌশিং তৌদুনা য়াংকোক্তা চেংকুপ হাপ্লগা থেম্বদা শগোলনা চেংকুপাতি চাদুনা মচিম্না বাইখি হায়বগী মকম অহ্ বাইরি কৌনখি।

## য়াংঙু

মোইরাং নিংথৌ অতেল্লক লোইচাওবগী অচানবা মনাই লোইজা অম্বগী ভালোয় অতোম্বী চাউম্ অসি হেম্না বাং-চাউই। মহাক্না লৈশাদুনা মপামদা লৈরিভৈদা মাগী বাং-চাউবহ্ উবদা মী পুম্নমক্না ওকুনা য়েংনবম্মী। লৈশাবী মপুং ফাত্রিবী চাউম্ অসি নোংম-নোংমগী বাংবা হেনগংলকলে বাইঙুমলে হায়রুবা বাংঙু হায়বগী মকম অহ্ বাংঙু কৌনখি।

## বাংজিং

হুমিং অমা ভাখিমগা অতোম্বা হুমিং অমা থোয়ক্ত্রবা বাবা থবক ভবগী পোথাকম থওত্রে মপারি হাওদবু মথোর

হাওদংহনবমনা নিংখিনা নাংঙয়োক নাউকোনবা ভমাংত্র হায়না খাই নোংজেংবম পোংবা য়াজ অতনবনা শ উনা নোং হেক ভানবগা মথুংতা লিরুং পায়রগা তেন্দোং নমদা পোদ্‌না মুমিং থোরকপা ভাইদ্‌না লৈখি। ভাউ ভুইয়েং অহনবনা মশোক মভাল নাইনা থোরকপদ্‌ উবদা লিরি থম্মোয় তিং লকা ভেলৈ লাক্লা তেন্দম্বদা ভাউ ছুইয়েং অহনবগী লাঙ্গোই খোংনেং শগোলগী মথাদা পান্দুনা লোইবী চীং নাপোম ক্ষিম্বগুম য়াংনা চাউনা তারকই হায়দনা য়াং-চীং হায়বদগী মায়বদগী মফম অদ্‌ য়াংজিং কৌনখি।

## য়াথা

ভাঙোই য়োইমোংবনা তোকপগা মোংবগা ক্ষাগদবগী তাম্নৈদা কোয়াং য়া পাপী ফুকুনা থারম্মী হায়দুনা য়াথা হায়বদগী মফম অদু য়াথা কৌনখি।

## য়াংথোনবি

লুয়াং থায়ং য়ুমোইজাম্বনা য়াওয়ো শাদানবা চংপদা মীয়া থারুম্বা লাংহু ছগদবগী লোথোকপদা য়াশানা শো শারিবা লাং অদু কাকংতুনা য়াশান থিন্দুনা শিরে নোংভালবা কাওবা ময়ুমদা হল্লক্লবদা মুংবান মপা মতোলশিংনা থিবদা ফংত্রে। মমৈথংদা কাকয়েনা মুংথিলদা নোংথক্তা য়াংনা পাইরক্লগা মালেম লৈখা তম্না পাইথবিবদু উবদা অশিবা অমা লৈরম্বা তারে থল্লদুনা কাকয়েনা তাখিবা মফম অদ্‌ থিরকপদা

লুরাং খারং য়ুম্মোইজাম্বদ্ শিদ্না লৈরম্মা থেংনরে। কাক-য়েম্না রাংনা পাইনা ভাকপদগী থিবা খঙখি হায়দ্না রাংথিম্নি হায়বদগী মফম অদ্ রাংথোনবি কৌনখি।

## রাইথো

কম্মোং চেংখু চেংয়াম্বীনা মপারি ভরামঙা মমোম ভরা-মঙাদা চমলৌ য়েনশাং হেকলুচো থোদারম্মী। মপারি মমোম-শিংনা চমলৌ য়েনশাং হেক্কদবগী লাকপদা খুঙ্গাল লাইরু চেংশিলহৈবা চনু লিমগোইগী মপারি নোংয়াই লিকচল লামাবনা থেংনরম্মী। খুমন ইপা ইপুগী লমদা করিগী চমলৌ য়েনশাং হেকপা লাকলিবনো হায়না নোংয়াই লিকমন লাম্বনা শাউডুনা ভাম্নবদা মশম মনা রাইনা থোনা কারম্মী হায়বগী মফম অদ্ রাইথো কৌনখি।

## বাথাই

কংলৈ নিংথো খাবা শোকচানবনা মদাইরেম হৈরেম ইলঙবীদা ইল চিংঙ্ অদ্গা মদাইরেম খুঙ্গাল লোং-হৈবীদনা লোংথোল্লু হায়বদা মথোয় অনিনা ইল চিংদ্না লোং থোলবদা ঙা য়াম্না ফারে। অকাবা ঙায়াম অদ্ কোঙ্কা থোংনা পুবস্থ ঙনদা বাকয় হিদা হাপ্লগা পুবম্ম য়াদদ্না লৈরে। লৈরিবা ঙায়াম অদ্ কোরৌ মৈশা লাংলবদি পংন্থনা পুম্নগনি খল্লদ্না ভমকা রাংমলোন পাম্মোইবীনা রাপুম খায়রগা লেমলৈ ঙায়ামদ্ খল্লম্মী হায়দ্না বাথাইকোল হায়বদগী মফম অদ্ বাথাই কৌনখি।

## বাংটৈখ

গুরু শিদবনা শানথুপলগে থরদুনা অথুবদগী থোরকপদা নমু তাইবং মীয়াম্না উখিবদগী লোংপা য়াদতুনা লাক্লগা কৈদুং-পুংদা লোংলম্মী। নমু তাইবং মীয়াম্না গুরু লৈত্রে মকম কদাম্দা চংগ্রবনো হায়না অরাংবদা কাখংতুনা থিবদা কৈদুং-পুংদা লোংতুনা লৈবদু মীয়াম্না বাংনা খৈনা উখি হায়বগী মফম অদু বাংটৈখ কৌনখি।

## বারোই চীং

সুংবান কাইবি য়াশোবা, লুবাং শল্লাং অহোংবনা পোইরে থুনগুমগে বাঙম থুন্দাগে থরদুনা সুংবান মপাচা লুবাং ময়েল্লু পুম্মকপু কৌরগা হায়নদুনা য়ারেপ বারোইনখি হায়বগী মফম অদু বারোই চীং কৌনখি।

## শগোলমাং

থংমাই যার নিংথৌ ঙংলৌতোন লৌখিরনা মাগী ইংখোলদা থাবা য়েনশাং নাপী মনা-মশিংবু মাঙহনবগী শাউরনা শমাজোল অয়াংব শগোলদু কাগদবগী তামরকপদা মকম ইথত অহোনদা মাংখি হায়বগী মফম অদু শগোলমাং কৌরখি।

## শগোলবন্দ

· কৈন্থিংগী, থাংগেহা হাতকা ময়াং ৌরাকী নিংথৌ মপত্রবগী, য়াফুংদগী মাংখরোক অমমং শীজোল থমিনা লুজিংদুনা লাম্না-রকপা ময়াং লাম্নীশিংনা থৈতে খুনক চাকমরেরা ইথৈচ চিরোল

ঙৈবা কাংবুনা শেঙ্কাদা লোৎতুনা থমলিবা নিংথৌগী খোংনেৎশা শগোলগী লোংকম তাকখোকলুবদগী ময়াং লাম্মীশিংনা শগোল হুত্রুনা পুপ্রবদা মৈতৈগী অকল-অথৌ লাম্মীনা ভাররগা লম্বখাং-দগী মুন্দুনা শগোল অদু পুরকই। নিংথৌগী খোংনেৎশা শগোল অদু লোত্তুনা থম্নবা থৈবা লাকপদা মতম খরা পল্লম্মী হায়রদুনা শগোল-পল হায়বদগী মকম অদু শগোলবন্দ কৌনখি।

## শিংজমৈ

মুতুম চন্দ্র লৈশাংখেম ওংবী কামুথোঙ্গীনা শিংনাং ময়াম হৌবদু উবদা মপাম মুতুম ইংথোলবু থানরবসু মৈদু থানরবস্র কাররগনি থল্লদুনা শিংনাং ময়ামদু যাল্লগা মপুল পুন্দুনা পৈরম্মী। শিংনাং মপুল পুন্দুনা পৈরম্মী হায়দুনা শিংজা-পৈ হায়বদগী মকম অদু শিংজমৈ কৌনখি।

## শঙ্গোমশঙ

মহারাজ চূড়াচান্দগী হাক্তকা শঙশাং শাদুনা যণবী ময়াম লোইরগা শঙ্গোমদু কোনুংদা থিন্দগংলি। শঙ্গোম তুম্বী যণবী ময়াম থম্নবা শাবা শঙনি হায়বগী মকম অদু শঙ্গোমশঙ কৌনখি।

## শজেলখোং

থাবা শলশেনবা ভাবা শলভাকপা অনিনা মুখিং থুদিংগী উশিং লান্দুনা শল শেনবসি মুংভাইতে থম্নরদুনা শিংনাংবা খেংখোঙ ওই, থিকলোইনা খোংথক ওইরগা খোং শাই।

মখোয় অনিবা শল শেনবা চংপদা লান্নবা শাবা খোংনি হায়বগী শঞ্জেলখোং কৌনখি।

### শন্দংখোং ( মথা লম—য়াংঙু মনাক )

পলেম মমাত্তোন মুখুবীনা পোকপা য়াওস্নু খুন্দোল লাকপা কৌরগা মোইরাং নিংথৌ সনা য়াখ্নানা, "শানৌত্তোন চীংখোং য়াইস্নও! মৈতৈ নিংথৌ খৌরাম্বাবনা হি তোংহনা শেন্দ্রা মুগাপ চীংদা ছয়েল লান থেস্না চংপসিদা মোইরাং লৈবাক্কী মী অমত্তা শীং চনবা ঙা থিবা চংপা য়াদ্রে। নহাক্না তেল য়াই ওইবা কাপ্তুনা কিহল্লুচো" খৌদাখি। য়াওস্নু খুন্দোল লাকপনা ময়াম্বা নিংথৌগী য়াথং পুরগা লাক্কুনা খৌরাম্বাবগী হি ভম্না তেল কাপ্লদা তেলজিল ময়াই হাইগংখিবদগী মৈতৈ নিংথৌগী হিদদি পান্দনা ময়াম্বা মোইরাং নিংথৌগী শঙলেনগী শাইজিনদা পাল্লবদা নিংথৌগী মপূক্লিংদা চিংনখি। ইনাও য়াওস্নু খুন্দোল লাকপসি মৈতৈ নিংথৌগা লৌতুনরগা ঐবু হাংকে খৌরাংলমানে থল্লতুনা অহীংদা মশক ওস্থোক্কুনা মীচম শাগরা শন্দং চিংহনা লোমা চেনখি। মোইরাং নিংথৌনা মীচম শানা শন্দং পুদুনা লাক্লগা অহীং লেক্লমী হায়বগী মকম অদু শন্দংখোং কৌনখি।

### শন্দংখোং ( অবাংলম—মোংসাংগৈ মনাক )

মৈতৈ নিংথৌ খোম্বনা মনাই লায়ান লমখুগা লৌতুনতুনা লায়ান নিংথৌ থানিকপা কাগদবগী হৌরিবা হি পাম্বীনা

নৈথেক্কুনা শব্দং শারগা ফিনা কুপ্ত্‌না থমই। মনাই থাতুনা লায়ান নিংথৌদা তমদা কুম্নকউ শব্দং অসি লৌরো হায়রক্লবদা মৈতৈ নিংথৌগী ফত্তবা মরোশিং অহু থঙলহুনা ঐদি অদল ওইরে শোল্লে তমদা কুম্নকপা ঙম্মোইদোরে ইচানুপা অনি থারক্কে মথোয়দা পীরকউ হায়না মচান্নুপা ঙশিংবা অমম্বুং মরেবা অনিরু থারকই। ই পাম্বী নৈথেক্কুনা ফিনা কুপলগা শব্দং শাই হায়বগী মকম অহু শব্দংথোং কৌনথি।

## শওম্মুং ( অরাং—শওম্মুং )

মৈতৈ নিংথৌ থৌরাম্বাবনা ককম্নুংদা যাওরো শাতানবদা মরাইবক তাঙবা শওম অমা কারম্মী। শকুম অহু মীয়ামবু য়েংহন্নবগীদমক্তা পুং য়াংনা থোল্লগা মথক্তা পুল্লম্মী। শওমবু পুং মথক্তা পুল্লি হায়বগী মকম অহু শওম্মুং কৌনথি।

## শওম্মুং ( মথা—ওইনাম শওম্মুং )

মৈতৈ নিংথৌ থৌরাম্বাবনা কারাম থুল অসি মৈতৈ ঐথোয়গী লমনি হায়রবদা খুমন নিংথৌ পুনশিবনা খুমনগী লমনি মৈতৈগী নত্তে থুমই। অশুম্না লম মুন্নবগী নিংঙাই তৌনরবদা লাইগী খুদম চাংদম য়েংনরসি, শওম অমা ঈশিংদা থাদহুনা তাউহল্লগা মানা পনবা মকম অহু মৈতৈ খুমন অনিগী লমথৈ ওইনরসি লেপনথি। শওম অমা তুরেল্দা থাদবদা ঈশিংগী ঈচেল মতুংইন্না তাউথরিবা শওম অহু

ফুরেলগী লৈরাইদা হৌবা চরোৎ হাবুংনা পল্লবদা শওম পল্লে হায়দুনা শওম-পল হায়রবদগী মকম অদু শওম্নুং কৌনখি।

## শাচেপ

লিক্লাবীচা নোংদংনুগী মপারী মন্দোল অহন খোইদোন অতোম্বা মচিল মনাও অনিনা কোরৌ চুপ্পা য়াওরৌ শাদানবদা শা অমত্তা ফাদনুনা য়াওরৌ শাখোং থিংলগা মৈ থাবদা অচাকপা মৈরি লাম্না চোংবদা শা অমা উগী কারক্তা য়েপতুনা শিরে। উগী কারক্তা শা য়েপতুনা শিনা লৈরম্মী হায়বগী মকম অদু শাচেপ কৌনখি।

## শামুরৌ

থিংবাই নোংমাংবগী থালৈ লৌ নিনবদা মনাই হাওবা য়াঙ্গোই থমলৌ লিতোম্না চানবা শা লাওই, মতু থানিং য়াংদৈনুনা থক্লবা য়ু লাওদুনা পুরকই। মতে মনাওনা লাও-দুনা পুরকলিবা শা য়ু অদু শানা হাওবা হেনবরা য়ুনা হেনবরা য়েংনবদা শানা বাংলে য়ুনা মৌরে। মবা হাওবা য়াঙ্গোই থমলৌ লিতোম্না লাওলকপা শাবুদি মতু থানিং য়াংদৈনুনা লাওলকপা য়ুনা মৌরে হায়নরবদা মতু থানিং য়াংদৈনুনা থংলেন ইকায়গদগী শরুকপুদি য়ুনা বাংলে শানা মৌরে হায়রিবু হায়জবদা ময়ায়া য়াবিরদুনা শানা মৌরে হায়না তাংনবদগী মকম অদু শামুরৌ কৌনখি।

## শিংখোং

মকোক কক্লবা ভুবী অঙনববু শিরব্রা শিব্রিব্রা হায়না লোইমোম কৌওইবী লাইরেম্বীনা কোংনা কোংনা রেংলম্বী হায়ভুনা শি-কোং হায়বদগী মকয় অদু শিংখোং কৌগনি।

## শিংথা

হাওকুরোইনাই অতাল শোইশেনবা তক্কা শোইদা লু থুমভুনা ঙা ফারিঙদা লুবাং চমু খোংচোংমুবী মতা তক্কা ঙা লৌবা লাকই। ইশানৌ নখোয় তক্কা ঙা লৌবা লাক-পসি ঙসিদি ঙা চংগ্রে অহৌং লেকপ্রো হায়রবদা খোংচোংমুবী মতা তক্কা ইশাবি তক্কমক! ঙসি অহৌং লেক্লগা নোং-ঙাল্লগা ঙা পুদুনা চঙখিবদা ঐখোয়বু পোকপা পলেম পম্বোনা মোংবা ইরানরাইদা চঙহন্ত্রবদি করম তৌগনি থুমকই। ইশানৌ তক্কমক, করিগী পায়মা মুংদা চিংনরিবনো? নখোয়বু পোকপা পলেম পম্বোনা ইশানৌশিংবু চঙহন্ত্রবম্ভ নগুংলাংগীদমক পাৰং ঐখোয়মু শানৌশিংগী নভুং ইনগে কোরৌ নোঙ্গামিয়সি ঙাঙনভুনা অহৌং লেকমিয়খি। নোংঙাল্লগা খোংচোংমুবী মতা তক্কা ঙা পুদুনা ময়ুমদা চঙখিবদা পলেম পম্বোনা চঙহন্ত্রে। খোয়নৌ মতা তক্কা মশাবিশিংগী খোঙুল লীভুনা লাকপদা লপ্পখাংদা হাওকুরোহনাই অতাল শোইশেনবা তক্কা উয়রভুনা ঙসিদগী মুমিং মঙানি তবা মুমিংতা কোরৌ নোঙ্গামিয়সি হায়না শিংনাং মতাং মঙা থেক্কুনা শিরয়গা মশাবি তক্কি

ম্বাওরো শাদানবা চৎখি। শাবি শানৌশিংনা শিংনাং মতাং খেঙ্কুনা শিংথানরম্বী হায়বগী মকম অদু শিংথা কৌনখি।

## শুগ্নু

লূবাং নিংথৌ পুনশিবগী মনাই লৈথিন নোংথিলয়াং, হাওকু চরাইয়াং অমম্বুং হাওকুরেক নয়াম্বা অহুমদা লাইজ ঈয়াচাউগী ঈশিং শোকলুচো খৌদারক্লবদা মখোয় অহুম্না উনিং মককু অমমদা ঈশিং শোক্লুনা পুরকপদা লমখাংদা য়ুহুনা কংগ্রবদা অমুক হন্না চৎলগা ঈশিং শোকলুই হায়হুনা শোক্কু হায়বদগী মকম অদু শুগ্নু কৌনখি।

## শুগ্নু ইরাইতা

হোংনেম লূবাং পুনশিবগী মনাই লৈথিন নোংথিলয়াংনা ঈশিং শোকপা চৎপদা খৌরাংহুনা পাক চাউনা উরিবা ঈশিং ইপাক অদু শোক্লগা থকে তৌবদা উনিং মককু অমা কাওবা শোকপা য়াদনা কংখিহুনা য়াঙ্গোইগী ঈশিং শোকই। লাইজ ঈশিংবু য়াইনা তাকখি হায়বগী মকম অদু শুগ্নু ইরাইতা কৌনখি।

## শেক্তা

থংমাই মায় নিংথৌ ওংলৌতোন লৌখিবনা শামাদোল অয়াংবা শগোলবু লেপ্তুনা আম্বরকপদা লমশাং চেনবগী বায়বা অয়োলহু মশেক তাদনা কন্না চেনবা ওমদদনা কারম্বা: আঙ্গোই শগোল মশেক তাই হায়বগী মকম অদু শেক্তা কৌনখি।

## শেরৌ

লৈবাক নিংথৌগী মকমদা লংজরবা মরালনা মপোং কাহুনা হাংপা তান্নবা মীশক অদু শুগ্নদা লোই থানৈ। নিংথৌনা লম লমদগী হাপ্পা অথন্নবা হঞ্জবা তন্নানিথোইদা পাউ চেন্দুনা হঞ্জবশিংনা মরাল লৈরবা মী অদগী মথুংতা পৈন্না অমমম পুল্লগা মথং মথং থারকই। লৈশাংথোংদগী হোৌনা মথুংতা পৈন্না পুন্দুনা ইঙৌ খোংবান পরিংদা লাকলিবা মরাল লৈরবা মী অদু লমথাংদা ভায়হুনা লৈরম্বা হঞ্জবশিংনা মানা মানা পুনকম খোংকপা পৈন্না অমমম পুল্লগা থান্নকপনা শুগ্ন হেক মৌবদা মথুংতা পৈন্না তন্নামাথোই পুল্লকই। অরোয়বদা শুগ্ন হঞ্জবনা মাগী থৌদা পৈন্না অমা পুল্লগা পৈশা তন্না-নিথোই শুনা পুল্লগা মরাল লৈরবা মী অদু মীহাংপগী মথুংতা শিনখৈ। মরক অসিদা কনাশুম্বা মরল মথুম লৈবা থুংকল পাঙনবা মীশিংনা মচা-মশুবু শুগ্নদা লোই থারবদি লোম্না মাংজৌননা চংশ্রগা শুগ্ন হঞ্জবীদা শেল থুম পীহুনা হায়জ-নোঞ্জহুনা বানোম্নবদি শুগ্ন হঞ্জবনা অরোয়বা পৈন্না পুল্লি-রৈভদা পৈন্না তন্নামাথোইশুনা পুল্লক্লবস্নু শুগ্ন হঞ্জবীনা পৈন্না-শিং অদু খোজুনা নবুথৌগী কানথোং পায়রবে হায়হুনা কনেক্লা কুপশ্রবদি নবেঙ্কৌনা কনবিরে থন্নহুনা হাংনদে, নিংথৌনু শাউরে। শিবগী মরাল লৈরবা অদুশুম্বা হাংখিদবা মীশিংনা শুগ্নদা লোই ভইদুনা থুল লীংহুনা লৈনখি। মীহাংপ-শিংগী মথুংতা চল্লবা মরাল লৈরবা মী অদু মীহাংপশিংনা

চীংজকোক চীংদগী য়ানবা শিংজংখোক্পা থাদুনা হাংলগা শুরুং মমুংদা ইম্বখি। মীহাংপনা "শে" হায়না ইম্বখিবা অশিববু লাইনা থুংশিন্ননা লৌই হায়বদগী মকম অদু শেরো কৌনখি।

## শেন্দ্রা ইরাইকোল

মোইরাংগী অশেবনা পুং-শেল রৈত্তনা অশিবা মীগী মতুং ইন্দুনা খৌরম পাংথোকলুরগা মরেংবান্দা কি য়াল্লুনা হল্লকই। মদুদা য়াওরকপা তরেং শেনজা অদু নামৈ ফিজিদা কিরগা ঈশিংদা ঈরানবদা ভুংদা কিরিবা শেলদু মাঙদনবা মাঙদা কিগদবগী লৌথোকপদা মথুংতগী নাম্থোক্লুনা ঈশিংদা তাখি। খোংকম লেঙদনা থিঁবদা মথুংনা খেংনহ্নুনা লৌখংখি। লাইজ ঈরাইদা ইরাইপ্রবা শেজাবু লৌখংখি হায়বগী মকম অদু শেন্দ্রা ইরাইকোল কৌনখি।

## শামুককোন

মোইরাং নিংথৌ অকোংজাম্বগী মচল ইবেম্মা লংমুখীবু মণশেন হজবনা লোমা হুহুবা পুরগা শা-মণ লোৎপগুম লোংলম্মী হায়বগী মকম অদু শামুককোন কৌনখি।

## মণলান

থাঙ্গা মুথুবীগা কম্বোং মুংহনবগা অনিবা থালৈ লৌকুম্ফ হনা লৈরিতৈদা পুল্লুনা থম্বা কাওরেল মণ খৌরি থদংলগা লাল্লুন' চংখি হায়বগী মকম অদু মণলান কৌনখি।

## শেম্বা কবোপুং

লান্দা কারকপা শেম্বী কবোগী তাইপোং লাম্মীগী মকোক মরু মরামদ, মশীং থিবা শুমদনা পুং ওইনা পৈহনা থনম্মী হায়বগী মকম অদু শেম্বী কবোপুং কৌনথি।

## শোমসোক

শেম্বী কবোগী মীশিংনা ঈশিংবু নম কৌই। মাকলং ভুরেলগী ঈশিংগা ভুরিংপি ভুরেলগী ঈশিংগা ভুরেল অনিগী ঈশিং, মচিল অনিদু শোক্লবগুম ত্তিন্নরে হায়বগী মকম অদু নমশোক হায়নবদগী মমৈথংদা শোমসোক কৌনথি।

## শেংবাই ঈনমশেং

চীংখোং পোইরৈত্তোন্না মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীগা অনিনা শিরোই নারোইদবা অনা অয়েক চেল্লোইদবা খুল্লাবা ম্নাবা মকম থিরকপদা লোক্তগী চেম্বরকপা অচেনবা ঈশিং ঈরানবদা মাগী শেংলিবা ফনেক ফিনুংদা থাগী হৌনবী ঈনা ঈহৌরকপদগী তৈবহ্ ঈশিং ঈচেন্না মশা মউ মনম মথাবু ঈক্লজ্জনা মকি মরোল ঈ তৈবদু ওদোক চামথোক্লনা ঈশেং শেংলে শোল্লম্মী হায়বদগী মকম অদু শেংবাই ঈনমশেং কৌনথি।

## হঙ্গুন

পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খৌরাম্বাবনা খুমন নিংথৌ পুনশিবগী মচাম্লগী শমকবী লৌই। খৌরাম্বাবগী

মচান্নপী তমবা বাঙমলোন চিংখৈথাম্বীবুনা খুমন নিংথৌ পুন-
শিবনা ,লৌদ্রনা লৈবাক অনিগী নিংথৌ অনিদ্র মাকলৌরেম
কৌনদুনা পুকচেল খোয়বেল তিন্নবা পাল্লম্মী। মৈদিংগু
থৌরাম্বাবদি নুপী অনি লোল্লি। থৌরাম্বাবনা অঙোম চন্নু
তোগাইঙম্বীবু মীরাইরগা খুমন চন্নু শময়ফবীবু লুনা চান্না
তৌবদ্র উবদা কন্নক খম্বল চাউবী তোগাইঙম্বীনা মনাইগা
লৌতুনরগা লৈমল চন্নবা শিঙেল নাচোম অমা শময়ফ-
বীগী চৈরে তাবু মমুংদা লোন্না হাপচিনহনখি। লৈ নাচোম
অসিগী বাথোক্তগী হায়শিন্নুনা নিংথৌগী নাকোং স্নোর-
বদা শময়ফবীবু মখুক লোংঙি, মখিল চুমদে ভুংদা লৈবাক,
নিংথৌগী অকায়বা লাকনি খনদ্রনা শময়ফবীবু শংলিংবগী
মখুত্তা শিন্নদুনা অঙাং ওনহনখি। মমোম শময়ফবী শিবগী
পাউ তাবদা খুমন নিংথৌ পুনশিবনা শাউদ্রনা মচান্নুপী
হাংখিবগী লমন থুমগে খন্নুনা মৈতৈ নিংথৌবু হাংনবা মনাই-
শিংগা বাতামখি। খুমন নিংথৌনা হৈরেন থুঞ্জানগা লাল
শোক্নবা তারে হায়শিন্নদ্রনা মৈতৈ নিংথৌবু লাল নেকখি
অমরোমদা খুমন নিংথৌনা হৈরেম খুঞ্জানদস্নু মৈতৈ নিং
থৌগা লাল শোক্নগে লাল পাংবিনু পাউ থাখি। মৈ
দিংগু থৌরাম্বাবনা মৈতৈগী অকল অথৌ খোংমী লাম্মী
পূরগা হিয়াং হিরেন তোংদ্রনা তুরেল মরীল ইন্না খুমনগী
লাল পাংবা লাক্লম্মী। খুমন নিংথেংস্নু খোংমী লাম্মী মরা
পূরগা হি তোংদ্রনা মৈতৈ নিংথৌ লাকপা তাইরম্মী। মৈতৈ

অমম্বং খুনম লৈবাক অনিগী অকল অথৌশিংনা চি ভোংদ্না লাল চৎমিন্নবদা নিংথৌ অনিনা মাগী মাগী হিদা ত্তোংলিবা সনা হিগাউ পুবগী মমিং হংনখি হায়বগী মকম অদ্ ইস্নুন কৌনখি।

## হনজিং

লুরাং খুমী খুদম্না শীং চনবদা শিংজং কাউরমহুনা অমুক হল্লুই হায়বগী মকম অদু হনজিং কৌনখি।

## হাওগৈ

মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্হৌবগী মনাইশিংনা শেলোই লংমাই মমাম হাংলুবগী শাউহনা শেলোই লংমাই নিঙোল পেতঙা লিকলু লৌথিবী লৌহুনা য়াওং ইন্দুনা লৈম্বিবা মচানুপা নাউথিংখোংদা লমন খ্ম্নবা হাংকদবগী তান্নরকপদা খ্মন নিংথৌ পুনশিবগীদা চেনশিন্দুনা মচানুপী কৈরুংহাংবী লৌহুনা হোংনেম য়োইখ্ঙাও হায়না মমিং ওথোকুনা লোংখি। মতম খরা লৈরগা মোইরাং নিংথৌ সনা রাখ্বানা র চোবদা মতাও খ্মন নিংথৌ পুন্সিবনু চাক কৌবদা মমাক নুপা হোংনেম য়োই খ্ঙাওবগা লোয়ননা মোইরাংদা লাকপদা মোইরাং নিংথৌগী মচানুপী নম্বনচাউবীগা উনহুনা নুংশি-নবদগী নম্বনচাউবীস্থ লৌখি। মৈদিংঙ্ উরা কোম্হৌবনা শিরবদা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইবিনবা লৈতহুনা নিংথৌ

পান্দ্রবদা খুমনন্দা য়াওং ইন্দুনা লৈরিবা হোংনেম য়োই খূঙ্গাওবু' কৌরুই। মৈতৈ অকল অথৌ ফম্নাইবশিংগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইবা লাকপদা মরেম, মরিং মূক্তিনচিংবা লোইবী হাওয়ায়া পৈন্থনা পানবোল, শিংবোল লাপোৎ, শিংপোৎ থেন্দুনা হোংনেম য়োই খূঙ্গাওনা লাকপদা ওক্লমই হায়থনা হাও-পৈ হায়বদগী মফমদু হাওটৈগে কৌনখি।

## হাওবতাক

হাওবা শোইশেনবনা দোলাই তোংদূনা ভয়েল লাল চৎপদা মনাই থৌবা নাউরোইবা নাওয়োইবীদা শমল কোম্হৌ-জাম্বনা শেলোইই লংমাই নিংথৌচম্মু কোইশাং কোইরাম্মু শাফ-বীদা য়াওং ইনবদা খূমনগী পাখংশিংনা লৌভুনবগা শিংজং খোক্লা থাহুনা শমল কোম্হৌজাম্বনা শিখিবা মফম অহু অসিনি হায়না তাক্লমই হায়বগী মফম অহু হাওবতাক কৌনখি।

## হিয়াংথাং

ভাগ্যোই য়োইমোংবগী বাকয় মথোংনেং হিয়াং নাপল-থোং মাংখিববু থিবা ফংলহুনা উরিনা পুন্নগা চিংহুনা পুরক-পদা মুমিং তাখিহনা পুবা য়াদবদগী হয়েং পুনবা থনম্মী। নোং হেক ভানবগা মনাইশিংনা বাকয় হিয়াং নাপলথোংহু চিংগদবগী লাকপদা হিয়াংহু যুং ওন্দুনা লৈরমলে। ভাগ্যোই য়োইমোংবগী হিয়াং নাপলথোং অদু যুং ওন্দুনা মাতখি হায়বগী মফম অদু হিয়াংথাং কৌনখি।

## হিয়াংলম

মৈদিংগু মুংয়াম্বগী হাক্তক্তা শুগ্নু অসি নোংমদা হিনা লৈহেননবা চংশা শুম্বা লৈবাক মীয়াম চংজনা অনৌবা হিলম্ অমা তৌরম্মী। নৌনা তৌবা হিলম্ অসিদা নিংথৌনা মৈতৈ লৈমগা লোয়ননা হিয়াং হিরেন তোংদুনা শুগ্নুদা চংশদা ঈশিংদা হি লাক্নুনা মৈতৈ লৈমা খোকচোম চম্নুগা মনাই থোংশেম্বগা শিখি। মৈদিংগু মুংয়াম্বনা হিয়াং হিরেন তোংজনা চংখিবা হিয়াংলমনি হায়বগী মফম অদু হিয়াংলম কৌনখি।

অতোপ্পা রাম্বী অমনা মোইরাং নিংথৌ শাংতোন খুবনা মনাই অকল অথৌ থোংমী লাম্নীগা লোয়ননা হিয়াং হিরেন হিজাউদা, তোংলগা নুংতেক নিংথৌ চেংলৈপুবু লাকশিনবা চংলি। মোইরাংগী অকল-অথৌশিংনা তেন্দোং নমদা পো লিরুং থোংনেংনরগা লিরি চম্নুনা হিবান্দা মুক্ত মুক্তজনা হোঃ য়াঃ য়াঃ লাউদুনা নুংতেক থুল তম্না তেল কাপশিন্দুনা লান্দাবদা নুংতেক নিংথৌ চেংলৈপুবু মায়থোবা পীরগা হল্লকপদা মোইরাং নিংথৌনা মনাইশিংদা তম্নুম অচানবা পুম্নমক, নথোয়না নুংতেক থুলগা লাম্বেংনবদা য়াম্না রাবক্লগনি, হিয়াং হিরেন হিম্নুংদা ঐথোয় পুম্নমক শাহাক্নং পোথাখিসি হায়রকপন্থ নৈতাউ পায়বা হিনাউ শাখিবা কোনবা নাউশংচানা শেরাম্বনা হাত্নুনা হিয়াং হিরেনগী হিরু হিনাউ ওন্থোক্লগা হি অদু লৈরাইদা কোনজিল-লকপদু উবদা মীয়াম্না হিয়াং হিলম শোয়রে হায়না লাউনখি লায়বগী মফম অদু হিয়াংলম কৌনখি। (মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা)

## হিয়াংথাং

হৈবোক নিংথৌগী মচানুপী অমত্তা পোকপী মশক মতৌদা চঙখোনবী ঈরাই লৈমনা লিরা তুরেন্দা ইল চিংহুনা ঙা কারম্মী। থুমনগী থুংকল পাঙনবা থুমন কোকপনা ভাই-রেম্না শাবা হি-য়াং কৌবা অয়াংবা হি অহু তোংহুনা লিরা তুরেল খোংনুং ইম্না য়াওরো শাদানবা লাকপদা মশক মতৌ কজবী ঈরাই লৈমবু উবদা মাগী চিহু থাংলম্লগা ঈরাই লৈমগী মনাক্তা চংখি। হি-য়াং কৌবা হিদু থাংলম্মী হায়রবগী মকম অহু হিয়াংথাং কৌনখি।

অতোপ্পা য়াম্মী অমনা:— মৈদিংঙু পামহৈবা, শান্তিদাস, গৌরেস্ব। খোংনাংথাবা, খোংবা হিমাইবা মখোয় মরিনা হিয়াং হিরেন ইশম চাইবা তোংলগা ফুবাল্লাদা উতোংচাক চাবা চংলম্মী। খোংবা হিমাইবনা হি ইশমচাইববু লোক্তাক ঈয়াই শম্মা হোন্দুনা লাকপদা লোক্তাক ময়াইদা হি ইশমচাইবনা চয়াং য়েনশম চরূপ চরূপ চাদুনা ঙরং ঙরং ঙংলক্লবদা খোংবা হিমাইবনা থাঙনা হিগী হিবান্দা য়ানবদা থাঙকমদা ঈ মতুম মতুম শিপ্পতুনা হেঃ হেঃ নাহেহুনা থক থক নিক্তুনা হিনা চৈনাখোল থাঙহুনা চংলু য়ারক্লবদা শান্তিদাসনা মখুংতা পায়-রিবা মালাহু মন্ত্র শোল্লগা হিদা ফুবদা হিহ লূপকদবগী হাই-রকলে। মহ উবদা কিয়হুনা পামহৈবনা খোংনাং থাবদা ইপূনা থম্মা থামবিত্রবদি হি লূপতুনা য়াইবা মাঙবা ভাবে হায়রক্লবদা

খোংনাংথাবনা অনাবদু তাইশিল্লো চৈনাখোলসু য়াংলো লাই-রিংথৌ শাউবিরগনু হায়না মথুবাক্লা হিদা নানবদা শিন্নরম্বা ঈ খক্কুনা নাহেবা তোক্কু.না হান্নগী মতৌগুম্না হিদু ঈয়ায়দা চৎপা হৌরক্লে। মদু উবদা মৈদিংগু পামহৈবা মথবায় নুংঙাই-রে। ফুবাল্লা য়ৌরবদা উতোং চাক চাবা লোইরদুনা পামহৈবনে, খোংনাংথাবনে শান্তিদাসনে অগুম্ব ফুঙ্গা নুংজুম শানা কোয়না কমমিন্নরগা রারী শারিংদা খোংনাংথাবদু ইখঙ খঙহৌদনা লাউরগা চোংখৎপদা লৈপাক্লা তারে, চেগাইনা খোৎতুনা ঈ থোকলে। মাগী মতৌদু উবদা শান্তিদাসনা করেমুতুনা নোক্লম্মী। পামহৈবনা ইপুনা ইখঙ খঙহৌদনা লাউরগা চোংখৎপিববু কন্নিগীনো হংলক্লবদা, "নিংথেম ! নোংচুপ লমদগী থাংজ তরেং পাইরক্কু.না সনা কৈথেল য়ৌরকপদা কৈথেল কায়রে। মদু নপুনা খাঙ্গগী লাউবনি। ঐনা খাম্বদু য়াদতুনা কংলা তম্না পাইশিনখিবদগী কংলা মৈ হৌরে" খুম্নকপা খোংনাংথাবগী বাদু তাবদা পম্বা য়াদতুনা হিয়াং হিরেন ইশনচাইবা তোংতুনা অশম্বা হিলম মতুং ইন্না কংলা তম্না কাখৎলকলে। কংলা মৈহৌবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা শগোল তোংতুনা শরিক খিংদুনা পাউ তাকপা লাকপদা লমথাংদা নিংথৌগা থেংনরে। পাউ অদু তাবদা নিংথৌ পামহৈবদি মানা তোংলম্বা হিয়াং হিরেনদু চুরেল লৈয়াইদা খাংলম্নগা শগোল তোংদুনা কংলা পাংখি। হিয়াং হিরেন ইশমচাইববু খাংলম্মী হায়বগী মকম অদু হিয়াংথাং কৌনখি।

## হিয়াংথাং—হিয়াংতেক ( ককচিং খুনৌগী মনাক )

নোংমা মোইরাং নিংথৌ উরা ঙাঙোইবগী মনাই লম্বু ওইবা খোংঙাই য়াংখুবম্না নিংথৌগী য়াথং পুরগা লোকথা হাওখা নিংথৌ য়েনরাইবদা চহীগী লোইপোং থৌবা লাকই। মুমিং অসি লোকথা হাওখা নিংথৌদি লোইবী চীংদা য়াওরো শাদানবা চংখিহুনা লৈরমদে। মোমল্লু তালোয় হাওবু তোল-সোল লংমাইমু শাংদে ঙাইমুবীদা মতাও নিংথৌ কদায়দা চংখি-বগে হংবদা "হা ইবুং কয়াইবা, নচলদি তরা চাক চাদ্‌না লৈরে, ইমুংদা চঙলক্লুনা কম্বিরো" হায়রকই। মচল শাংদে ঙাইমুবীগী য়াদ্ তাবদা লম্বু ওইবা থোংঙাই য়াংখুবনা ইকায়বা হঙোইবা লৈতনা ইমুংদা চঙদ্‌না কয়ম্মী। মশক মতৌ কজবা কেগে কয়াইবা উবদা পায়মা থোয়জংনা তিল্লাং থোয়দাক্লরবোই শাংদে ঙাইমুবীনা মিংয়েং নত্তবা য়েংদ্‌না য়াঙাং চুমদবা ঙাঙদ্‌না "ইবুং কয়াইবা নচল ঐগা পায়মা পুকতিন্নসি অপাম মুংশি য়ারী শামিন্নসি" হায়রকপদ্ মতাও নিংথৌগী য়েংদ্‌না থোংঙাই য়াংখুবনা য়াখিদে। মানা ইকায় ইকি য়াংমা লাম্না হায়জবা য়াদ্ য়াখিত্রবদা ইকায়বা কংবদগী শাউদ্‌না লম্বু ওইবা থোংঙাই য়াংখুববু য়াইবী মথরায় লোগে খল্লক্লে। ইভাও হল্লক্লে চংলগে হায়হুনা থোরকপদা থরাই থোঙ্গাল য়া মা হেক লানবগা লোকথা হাওখা নিংথৌনা শাদানবা হল্লকলগা লম্বীদা থেংনরে। ইভাও ইবুঙো তরা চামিন্নখিসি য়াংলৈ অথুম থকমিন্ন-খিসি হায়না মতাওবু মরানয়াইদা পুশিল্লক্লে। লোকথা হাওখা

নিংথৌগী তালোয় শাংদে ঙাইনুবীনা থকুবা রাংলৈ অথুম্বা পুথোরকপদা মোইরাং ফম্নাইবগী থকুবা রাংলৈ য়ূদনা হূ হাপ্লা পীরে, মশাবি লোকথা হাওথা নিংথৌদনা রাংলৈ অথুম্বা পীরে। ইতাওগা রাংলৈ য়ু লাম্নহূনা থকমিম্নদবা কুইরে হায়হূনা মতাও ফম্নাইবগী য়ু অদু মানা লোয়রগা থকলে। মতু উবদা শাংদে ঙাইনুবীদি হায়দোকপন্থু য়াদ, য়েংবা ঙমদদ্রনা ইমুংদা চেনশিল্লগা ওন্থোকপগী লাইবকনিদা হায়না মথুংনা মথবাক্তা ফুরগা কগুনা লৈখ্রে। হূ য়াওবা য়ু থকলুবদগী লোকথা হাওথা নিংথৌদি থুদক্তা য়াইবী মথরায় থারে। মতু উবদা মোইরাং ফম্নাইবতু ঙক্তনা মতাওবু শংত্রিক য়েংলম্নগা কিরক্তনা চেল্লগে থল্লক্লে। মশাবি লোকথা হাওথা নিংথৌনা য়াইবী মথরায় মাঙলবদা পুকচেল কত্রবী শাংদে ঙাইনুবীনা মরোই লোইবী হাওয়াম কৌরবা মশাবি নিংথৌদু মোইরাং ফম্নাইবনা লোই থোবা লাকপদা য়াইবী মথরায় লৌরে হায়না কপ-লাউহুনা য়ুমথোং থুংনা চেন্দুনা পাউচেল্লে। শাংদে ঙাইনুবীগী মীকপ মীয়াউথোল তাবদা লোইবী হাওয়ায়া মথুংতা থাঙ্‌তা পায়রগা লম্বু ওইবা থোংঙাই য়াংথুববু য়াইবী মথবায় লৌগদবগী তাম্নরক্লে। হাওয়াম্না তামরক্লবদা থোংঙাই য়াংথুবনা চিংহু থাংজৌং লাইবু চেৎনা থাগোমদুনা ময়ুম মোইরাং পাংনা চেল্লক্লে। লানজদবা মনাইগী অরাবহু থাংজৌংনা উবিরদুনা নুংশিবিরবোই য়াইবী মথবায় কনবিরগে থল্লহূনা লাইজ ঈপাক লানগদবগী চেল্লকলিবা মনাইগী মথাঙদা চাউরবা হিয়াং হিরেন অমা প্লাক্লবা ঈপ্লিংগী ঈমারদা কৈগাক

কৈনা ভাউদুনা লৈহল্লে। থোংঙাই য়াংখুবনা হয়াওনা হিয়াং হিরেন্দা চোংথদুনা ঈপাক অহু লাম্হোক্লগা মোইরাং তান্না চেনখি। মোবু তান্নবক্লিবা লোকথাগী হাওয়াম্না হিরেন তান্না চেন্থরক্লুনা হিন্নুং য়োবদা হাওয়াম্না লেপ্পা চন্নবা হিয়াং হিরেন অহু অস্থম অস্থম শাংদোরকলে। হিন্নুং অহু শাংমনখিবনা হাওয়াম্না হি লানবগী লোইবা থমবা লৈত্রে, কংকাল য়োবা ঙমত্রে। লোইবী হাউয়াম পুম্বনা হিন্নুংদা হেক থুংবগা চাউরবা শাংলবা হিয়াং হিরেন অদু ময়াইদা তেক্লুনা লোকথা হাওথাগী হাওয়ামদু লাইজ ঈবোলম্নুংদা ঈয়াক্লত্তুনা য়াইবী মথবায় থানখি। মুমিং অহুদগী হৌনা হিয়াং হিরেন থাংহনা লৈরম্বগী হিয়াংথাং কৌনখি। হাও-য়াম্না তোংবদা হিয়াং হিরেন্দু হিয়াইদা তেকই হায়রবগীসু হিয়াংতেক কৌনখি।

## হুইকপ

নোংবান নানবা শাখিবা, মনাও নানবা শাক্‌বা মচিল মনাওনা য়াওরো শাদানবদা ময়াম্বনা শা তয়া হুনবা তানা শাদদি শান্দনা মনাও নানবা শাকবগী থুবোমদা থিল্লম্মী। মনাও নানবা শাকবগী থুবোমদা থিল্লিবা তাগী তাংন্দগী শিন্থরকপা ঈহু উবদা মাগা লোয়নরকপা য়াংলৈ তাউবা হুইনা চেনপ্লগা নানবা শাকবগী মতুগী নাক্তা চঙশিল্লগা মমৈ থুপ্পা মনা হয়া কপলম্মী। য়াংলৈ তাউবা মহুইচাগী মত্তৌহু উবদা মথংলেন নানবা শাকবু য়াওরো শানা শোক্লুনা ঈমু নাইমু তানা য়াইবী মাংলত্রা থক্লত্তুনা

-সুংশাথীনা মখুৎনা মথঙ্গাক্তা মুনা কপ্ল কপ্লহুনা চেল্লকই। চেলনা চেলনা লম্বীদা য়াংলৈ তাউবা হূইনা অনৌবা খোঙ্গাংগা লোয়-ননা কপ কপ্তুনা চেল্লি হায়বগী মফম অদু হুইকপ কৌনখি।

## হৈকক

থংমাই মায় নিংথৌ ওংলৌতোন লৌথিবনা মাগী ইংথোন্দা থাবা মনা-মশীং অদু লাঙ্গোই শামদোল অয়াংবনা মুমিং খুদিংগী চাথোক্লবদা শাউহনা ফগদবগী তান্নবদা শামদোল অয়াংবা শগোলবু কায়গা পাইজনা মখুজিল মাশা ককথংলি হায়দুনা শাকক হায়বদগী মফম অদু হৈকক কৌনখি।

## হৈঙাং

চিংদাই নিংথৌ থাম্বিংবগী মখোম হাওরৈমা পিদোংস্থু, সুফবীবু মৈদিংঙু, ইরেংবদা থাজৈদা মপা চিংদাই নিংথৌনা মখোমগীদমক্তা উনখিরকপা তাউজিং হৈঙাংদু মশাবি নি থোগা হৈঙাং হৈতংমিন্নরম্মী হায়বগী মফম অদু হৈঙাং কৌনখি।

## হৈরেম লৈমতাক

হৈরেম চন্নয়া অতেংবীনা লাইজ ঈয়াইদা তাহনা শিবদু মপানা খঙদহুনা কোয়ো সুমিং মাপলনি চহনা খুঙ্গং লৈকায় লায়া খিবদা কংখিদে। তরানিঙবা সুমিংতা খোয়নৌ মতা লৈমা ঙাইরোইনাইনা মপাগী নাক্তা চেল্লকুনা খোয়নৌ ইতা অতেংবীদি লাইজ ঈয়াইদা তাহুনা শিরে তাকলে। হৈরেম চন্নবু

মতা লৈমা ভাইরোইনাইনা তাকলে হায়বগী মকম অদু হৈরেম লৈমতাক কৌনখি।

## হৈরেম মরকশি

খুমন নিংথৌ অতোন পুনশিবগী মনাও নোংয়াই লোয়াম্বা অসি তালোয় অনি খাজিক্লা লুমলেন খাবাংনবা লোল্লম্মী। লোয়বী তালোয় অনিনা অমনা অমবু লৌতায়বদগী মথংলেন লোয়াম্বনা য়াওরো শাদানবা চংশদা তরা চয়োম য়োমবিদা, বাংলৈ য়ু হানবিদবদগী নুমিৎ চুপ্পা য়াওরো শাদানবদা বাবনা মবুক লায়ক্লবদা নোংয়াই মপা মতোলশিংগী মমাঙ্দা ইকায়-বদগী চাদা থক্তনা অরাম থৌরাংবনা হেজিল্লক্লুনা ঈশিংগা কংকালগা তাইনবা মরক্তা থৌগংনদুনা শিখিবা মকম অদুবু হৈরেম মরকশি কৌনখি।

## হৈয়েল

খুমন নিংথৌ পুনশিবনা লাল নেকপদগী মৈতৈ নিংথৌ থৌবাম্বাবনা মনাই মশল, অকল-অথৌশিংগা লোয়ননা হৈরেম খুঞ্জালগা লাল শোক্লবদা লাল ভগ্নহুনা হল্লকপদা লমখাংদা মৈতৈ নিংথৌনা মনাইশিংদা হৈ য়েল্লুনা পীজরম্মী হায়বগী মকম অদু হৈয়েল কৌনখি।

## হৈরোক

নোংয়াই চেংমনাউ অদোম থোংলেন কোইজানা মরোই খুমন কদাং লায়রবগা মখোয় অনিনা বাকৈ হি শানবা শামেল উকাউ নাচুম্বা য়ানবা চৎলি। কদাং লায়রবনা বাকৈ হি শাকা

য়াবা অচুম্বা উজাউ থিরকপদা খোয়ুম লাইহৈরি ফিগে কুরাউ-পান মানবা তাউজিং হৈ থেংনদুনা চরৈ ফিগাউ থম্না হেক্তুনা পুরকপদা লমথাংদা অদোম থোংলেন কোইজাগা থেংনরে। খুমন কদাং লায়রবনা ফিগাউ শানা পুরক্লিবা হৈরাং অদু উবদা "ইরোই খুমন কদাং লায়রবও! কয়াদা নিংথিজবা হৈরাংনো, কয়াদা ফজনা পানবা তাউজিংনো" হায়না মরোই খুমন কদাং লায়রবগী ফিগাউদগী তাউজিং হৈরাংদু হৈরোকখি হায়বগী মফম অদু হৈরোক কৌনখি।

## হাওবম মরক

মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লা থবান্দা কোম্নুং শেমজুনা নিংথৌ ওইরবদা কোম্নুংগী নাক্তা ভূরেল চেন্দবা ফঙে থন্দুনা হান্না রাই-শেল পুলনৈপান ওানবা চৈছুম লম কৌদনা চেল্লিবা রাইশেল মরীল অদু লাংথবাল লোমদা নৌনা তৌরগা হিয়াথাংদা নম্বুল ভূরেলগা শমুহনখি। হান্না চেল্লিবা ঈশিং ঈচেল অদু মীয়াম্না লৈপাক হৈহুনা থিংলগা অনৌবা ভূরেল মরীল অহুদা চেন-হল্লবা হোংনবদা ওয়ক্তবদা লোম্না হাওনুবী অমা ফুম্বদগী খিংবা য়ারজুনা নৌনা তৌরিবা নম্বুল ভূরেল মরীনদা ঈশিং পুখখি। হাওনুবী ফুমখিবা লমলেন মরক অহুবু হাওফুম মরক হায়বদগী মফম অদু হাওবম মরক কৌনখি।

## হৈয়াংগোইথোং

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নৌনা তৌবা নম্বুল ভূরেল লান্দুনা মনাইশিংনা কোম্নুং কাবা য়ানবা মীয়াম্না চংথোক চংশিন্দা খুদোং

চাগদবগী মখোয় অনিগী মতুং ইন্নরকই। মহু উবদা মচিল মোপ্‌না লমদম অসিগী য়াওরে শাসি এশোক্লা য়াওরেদকো হায়না ঙাওনা ঙাঙনদ্রা লাক্কই হায়বগী মফম অদু য়াওরো কৌনখি।

## য়াইরিপোক

পাম্হোইবীনা নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চৌংশোম্বগা লেংয়নবা লম কোয়র কোয়রদ্না খাবা উনন্নবা লাকপদা য় রদ্না লম্মখাংদা পোখারম্মী নোংপোক নিংথৌনা হৈরাং চানিংদ্না শোনবদু তাবদা পাম্হোইবীনা মকোক্কী শমলাং অমা থংলগা লৈপাক্লা থাবদা খুদক্তা হৈরি পাম্বী ওইনা হৌরকই। মথংলেনগী অরাম খোয়াংবা কোক্কবা হৈরি পাম্বীদা পাম্বা হৈরাং অহু হেক্লগা মেৎতুনা শীজখি। পাম্হোইবীনা হৈরি পাম্বী থাবদগী য়াইরি ময়াম পোকখি হায়বগী মফম অদু য়াইরিপোক কৌনখি।

## য়েল্লাংবচৌং

ঔরুম নিংথৌগী মচানুপা য়েল্লাংবগীদমক্তা চাইরেন নিংথৌ য়াংকুলেম্বগী মচানুপী হৈয়াইস্নু হায়নদ্না থাজরম্মী। হৈয়াইস্নুগী হৈজিং থয়াই পুগদবগী য়েল্লাংবনা শামু তোংদ্না নুয়া ময়ামগা লৈমিন্নৈদা থাংজীংনা হৈয়াইস্নু পুন্নে হায়বা পাউদু তাবদা য়েল্লাংবদু ইকায়বনা মমুমদা হন্দনা নুং ওন্দুনা লৈখি হায়বগী মফম অদু য়েল্লাংবচৌং কৌনখি।

## লোইরবা।

